আনন্ত গোপাল শেৱ্রডেগী 'নিশা গীত'

# অহীংগী ঈশৈ




*মৈতৈলোন্দা*

কেঐচ. ইবেতোন দেবী




# অহীংগী ঈশৈ

## আনন্ত গোপাল শেবডেগী 'নিশাগীত'

(অশেংবা নুংশিবগী পুক্লিং হুরবা বারী)

মৈতৈলোন্দা

কেঐচ. ইবেতোন দেবী

*"Love gives naught but itself and takes naught from itself*
*Love possesses not, nor would it be possessed,*
*For love sufficient unto love."*

— KHALIL GIBRAN



মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ

বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ




ANANTA GOPAL SAWDE'S 'Nisha Geet' translated as
AHINGGI ESHEI (Novel) in Manipuri
by KH. IBEMPOKDEVI

অহানবা ফোংবা : ওক্তোবর, ২০০৪ ইং

অনীশুবা ফোংবা : জুলাই, ২০০৫ ইং

লাইবিক মশিং : ৫০০

ফোংজবা : হামোম প্রেমানন্দ সিংহনা মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকীদমক ফোংবা।

মমল : ৭০/-

মথুম : কলেক্সন

নম্মম প্রেস : পদ্মা প্রিন্টর্স, পাউনা বজার, ইম্ফাল-৭৯৫ ০০১

পম্খৌ ওইরগসু
নৌনা কায়নগ্রবা
চেংলৌ শক্তম নীংশিংবা
ভমজদ্রবা খাডেম্বম গৌরাচান্দ সিংহ
পম্খৌ নওগী নফমদা।

# সেক্রেটরিগী ৱারোল

আনন্ত গোপাল শেৱড়েনা ইৱা হিন্দীগী উপন্যাস 'নিশা গীত' পু ওজা খাঙেম্বম ইবেতোন দেবীনা মণিপুরীদা হন্দোকপীদুনা 'মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ, বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চকী তককশুবা লাইবিক ওইনা পুথোকপা ঙমজগদৌবিবা অসি ইবিবিবা ওজাসিগী লেপতবা থৱায় যাওবা হোৎনবা কনবগী মহৈনি। অইবীসিনা 'নিশা গীত' পু হিন্দীদগী মণিপুরীদা হন্দোকখিবা অহানবা কপিদু লাইবিক ওইনা ফোংদোকপা ঙমদ্রিঙৈদা উচিনা চীকথৎখিবদগী ইনৌ-নৌনা শক ২০০৩ দা অমুক হন্না হন্দোক্তুনা পুথোকচরিবনি। লাইবিকসিবু ইবিবিবা ওজাগীসু ব্রাঞ্চ পরিষদসিগীসু অনুবাদকী অহানবা খুৎথাক্নি। অহানবা হায়রসিমক্তবু পুন্নমক্কী ওইনা অশোয়বা কোঙ্গায়নি, অদুগীসু মথক্তা অনুবাদনী। পুন্নমকসি ওইজরবসু সাহিত্যদা থৱায় কথোকচববী অইবীসিনা পামজনা মযামগী মফমদা খুদোল তমজরকপা লাইবিকসি পাবিবিবশিংগী মফমদা শিন্নজবে।

বিষ্ণুপুর
সেপ্তেম্বর, ১৭, ২০০৪ ইং

ব্রজমুহিনী দেবী
*সেক্রেটরি*
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
বিষ্ণুপুর ব্রাঞ্চ

## বাহৈ অমতং

হৌখিবা ইং ২০০৩ গী ডিসেম্বব ৩১ দা আব কে কর্ত্তাসনাগী হন্দোকপা লাইবিক অনৌবা অয়ুক ফোঙবা নিংথৌখোং গার্ল হায়স্কুলদা যাওজকবনি। মতমদুদা আই এস কাঙজমনা লাইবিক্কী মবমদা মবীক চুন্না ঙাঙবীখি। ঐগু ঐগী হান্নগী হন্দোক্লগা লাইবিক ওইনা পুথোকপা ঙমদদুনা থম্বদগী উচিনা চীকথক্তুনা লৈববা নিশা গীত অমুক হন্না হন্দোক্তুনা পুথোক্লবগী নাখল পোক্লক্তুনা কলাসিগী অক-অবাযদি খঙ্গহৌদনা অঙাংনা মৈ পাযবা কিদবগুম অমুক হন্না হন্দোকপদা নত্তনা প্রেমচান্দনা ইবা নির্মলা বুসু হন্দোকচখিবনি।

How to translate books in different languages ঐ তশেংনা খঙজহৌদে থবর্কাস পাযকববা কান্দদি ঐ চমন্নখিবনি অদুবু ওজা ব্রজমুহিনী অমদি বাহেংবম চাওবা সিংহ অনীনা লাইবিক অমমম অইবা ওইবিঙৈদা কৃপ্না নৈনবীদুনা শেমদোকপিখি। অদুগী মতুংদা অনীশুবা প্রুফ বিদীংসু ব্রজমুহিনীনা তৌবিখি অবোইবা ওইনা ইবোসনা যাম্বেন্না ঐনা হাযজকবদা যাবিবক্তুনা অচিনবা কযাবু কাইথোকপিদুনা ঐগী লাইবিক অনীমক প্রুফ তৌবিখি। ওজাশিংবু ঐনা কাউজবোই।

পদ্মা প্রিন্টর্সকী ইপ্পাশিংনা অথুবা মতমদা লাইবিক অনীমক পুথোকপা ঙম্নবা থবায় যাওনা হোৎনবীবগীদমক থাগৎচবি।

*হন্দোকচবী*

কেঐচ ইবেতোন দেবী
বিষ্ণুপুর বার্দ নং-৮
পিন ঃ ৭৯৫ ১২৬

# য়াওফম তাকপা

## অঙনবা অয়ুক



## নুমিৎ য়ুংবা



## নুমিদাংবাইরম

# অহীংগী ঈশৈ

আনন্ত গোপাল শেবডেগী নিশা গীত হায়বা উপন্যাস অদু কে ঐচ ইবোতোননা ইমালোন্দা অহীংগী ঈশৈ হায়না হন্দোকই। লাইরিক অসি পাগে হায়না হেক পাযরুবদা মখুমদা যাওরিবা লাই অদু উবকই। লাই অদু পোমশাৎনবা অঙাংবা মচুগী অতবগুলাপ অহম ফাংবা চবোং অমনি। নোংচুপ লমদমদা হায়নৈ- আতবগুলাপ অহম ফাংবা চরোং খুদোল তন্নবদি আই লভ ইয়ু হায়বনি হায়না।

অদুবু ইবেতোনগী মফমদি ইমালোলদা হন্দোকলিবা লাইবিক অসিবু য়ৌনা নুংশিজবনি হায়না ঐনা লৌজে। হন্দোক্লিবা লাইবিক অসি মচা নক্তে অচৌবনি লামায় ১৩৫ পাল্লী। মসিদা ইবিবা লোল অসি চস্মী মপা চানা চানবা য়েংদুনা হন্দোকপনি। পাবদা লোল অমদগী অতোপ্পা লোল অমদা হন্দোকপনি হায়বা খঙহন্দবা ওস্মী। অনীশুব খুৎনম অসিদদি অহানবগী খুৎনম অদুদা য়াওবা অরান অহই মখৈ চুমথোক্লবনিনা পাবদা হেন্না নুংঙাইরে হেন্না খুদোং চাহন্লে।

ইবেম্মা ইবেতোনগী উইন কনবা, খাঙবা ঙম্বগী থৌনা মপুং ফানা লৈবা, চঙশিল্লুরবা থবক্তা হনবা লৈতবা, সাহিত্যবু থবায় হকচাং য়াওনা নুংশিজবা পুন্নমক অসি উরগা মতম শাংনা সাহিত্য সেবা তৌরকখিগনি হায়বসি ঐগী চেৎনা থাজজবনি।

খাইদেম প্রমোদিনী খাঙানবা

# অঙনবা অয়ুক

## ডাক্তর মধুসুদন

পুন্সিদা মীপুম খুদিংমক অনীংবা থুংই হাযবদি ঙমদে, তোইগুম্বসুং ডাক্তব মধুসুদনগী পুন্সিদদি লাইবক থীবা হাযবদুনা অকাযবা পীবা ঙমখিদে, হাযবসিদি যাবা তাবনি। মহাক্না হেক জ্ঞান তাবকপদগী হৌনা ডাক্তব ওইগনি হাযবসি মাগী অমত্তা ঙাইববা অনীংবনি মদু মহাক ওইবা ঙমখি।

অসিগুম্বা মহৈ যানবা হাযবসি মীপুম খুদিংমক্কী লাইবক্তা ইবমদে অযাম্বগী লাইবক্তদি নীংবা কাযবগী মঙলান্দা অৱা-নাহে খোন্দমক ইবিবম্বনি। অদুগুম্বা মঙলান্দুবু মহৈ যানহনবা ঙম্ববু পম্মুং কৌনৈ।

মমিং লৈববা অনীংবা পাঙথোকপা ঙম্বশিংগী ইতিহাস ইনৈ। মদু মীওই লিশীং -লিশীংগী পানবা পোৎ ওইখি। অদুগা পাংথোকপা ঙমহৌদ্রবা মঙলান কযাদি লাইবক থীবশিংগী লোৎশিন্দুনা থম্বা তাখিবনা, সংসাবদা কন্নানসু উবিখিদে।

মধুসুদনগী ডাক্তব তন্নীংবগী অনিংবসি মওন মওন খনবা ৱাখলগী অশা নত্তে। মদুমক পাংথোক্তবা যাদ্রবা, মগুণ লৈববা অপাম্বা অমনি। মহাক্কী অশাসি হৌখ্রবা অমদি লাক্কদৌবিবা পুংজা খুদিংদা শন্দোক্তুনা লৈববনি। মহাক্কী ৱাখল, লমচৎ, তুম্বা-

চাবা মতম পূন্নমক্তা লোয়নদুনতা লৈববনি। অসিগুম্বা অপাম্বা ৱাখলসি মতৌ কবম্না মহাক্কী থম্মোয়দা ফাওবকখিবনো হাযবা লুনা থোকই। কবিগীনো হাযববু ডাক্তব হায়বা ৱাহৈসিগা শকখঙনবা সহবগী মপা অমগী মচা নত্তে। সহবদা লৈবা অঙাং খুদিং সিনেমা-পোস্তব বোর্দনচিংবদগী 'ডাক্তব' হাযবা ৱাহৈ নৎত্রগা মীওইদুগী মবমদা শোযদনা খবাদি খঙবা ঙম্মী। অদুবু মধুসুদনদি অদুগুম্বা মীওই নত্তে। মহাক্কী ছিন্দৱাডা জিলাগী মনুংদা লৈবা সতপুৱাগী চিদাইদা তাবা শ্রীপুবগী উমংদা লৱাইগী লৌউবা নিপা অমগী মচানি। মহাক অনৌবা সভ্যতাগী পোৎথোক ওইব্বিবা উকিন, ডাক্তবশিংগা ইউন-উনবা নত্তে।

অদু ওইদুনসু কবিগুম্বদা খুঙ্গংসিদা, নাগপুব পচমবীগী সডক চৎলি। খবা চৎলগা মাইল অমা মখাযবোম লাপ্পা মফম বাম কোনাগী ষ্টেসন্দা বঙ্গাল-নাগপুব বেলৱে লাইন্দা বেলগাড়ী চেল্লী। মবমসিনা সহবদগী তশেংনা লাপথোকখিবদি নত্তে। সডকসিদা নুমাৎ খুদিংগী গাড়ী খবা লোড়ীনচিংবা মালগাড়ী চেল্লী। মসিনা মীশিংনা জিলাগী কোনুং ছিডৱাব। লৈবাক্কী কোনুং নাগপুবদা চৎথোক চৎশিন তৌই। অসিনা মধুসুদনবু যাম্না শোখববা লৱাইগী খুঙ্গংদা পোকপনি হাযবসু হাযমনবা থোক্কনি।

ওইবা যাৰ্বাদি মমাগী অবোইবা আশানি। মহাক্কী অমত্তা ঙাইববা মচানিপাবু ডাক্তব ওইদুনা লমদম অদুগী ৱাব-নাববা মীওইশিংগী সেবা তৌবা পামজবম্মী। মদুনা মধুসুদননা ধ্রুবতাবাগুম, পুন্সি চুপ্পা পান্দম ওইনা থমখি। থৌদোকসিসু অঙকপনি।

অঙাং ওইবিবা মধুসুদননা চহী মঙা শুবকপদা মচন অমা ফংজখি। মদুগী নুংঙাইর্বদি ফাওখি অদুগা লোযননা মমাগী অৱাবা ইবোইনবা নাহেখোল অমদি মৈচাক খাঙবগী মতৌদু মাগী নৌববা থম্মোযদা মতম পূম্বগী ওইনা দাগ অমা থম্বীবম্বনি। মদু মহাক কৈদৌঙৈদসু কাওবা ঙমখিদে। মহাক্না মমাবু কবিগুম্বদা যাম্না তোম্ব্না লৈবা থেংর্নখিদে। মহাক্কী মফমদদি ইমাগী অৰ্থদি শক্তি, থৌনা, তপথবা অকিবা লৈত্রবা, মপান নাইদ্রবা গুণগী পূৰ্কৈনি। মহাক্কী মমাদো, ডাকু, হুবানবা, ভূত-প্রেত, অশিবা অমত্তসু কিদে। মসিগী ওন্নবা মাযকৈদা 'ইমা' হাযদোকচবদা তু-চুংজখিবনি। মমাদো কবিগুম্বা ফমুংদা হিপ্পুনা লৈবা থেংনখিদে। মাগীদমক্তদি মতম লৈবা খিবিক্তা মাযপাকপী, কবিগুম্বা ফিভম অমত্তদসু মায়থীখিদ্রিবীনি। অদুগুম্বী মমাদো চাবোকপগী

অৱা-মৈচাক্লা নাহেদুনা লৈবা উবদা পিক্লীবা, নৌববা মাগী থম্মোযদা অকনবা শাফু পীখিবনি। মসিনা পুন্সিগী ওইনা, য়াম্না অঙকপা, নিংবা কায়বগী নুংশা মপী হোনজখি।

হৌজিকসু মধুনা নীংশিংলকই— অদুক্কী মতিক ৱাকরবা, নাহেদুনতা লৈব্ববা, মমানা ঙাইহাক অৱা পোখাজদুনা তুমথবকপদা মঙাইবিঙেদা, মমাবু নাপু মচুগী ফি অমনা কুপ্তুনা, মথক্তা কুমকুম, লৈনচিংবা চাইশিন্দুনা কদায়দনো খঙদনা পুবিখিবনি। মফমদুদগী মহাক অমুক হল্লকখিদবে। মপাবুংনা অঙাংগুম, লাউ-লাউদুনা কপখিবনি। অৱাবগী ইহৌদুবু থিংবা ঙমদদুনা মধুবু মথানুংদা কোনশিন্দুনা কপখি। মহাক্কী অশাবা পিনা মাগী মথক্তা তপ-তপ তাবকখিবদো। অদুগুম্বা পিবাংগী অশাবদুসু পুন্সি চুপ্পা কাউবা ঙমজদবনি।

পিক্লবা মধুগী থম্মোযদা তোইনা হংলি-অসুক চাওববা ঐগী পাবুংবু কপহল্লিবা, অকিবা ফংলবা থৌদোক্তুবু কবিনো? মসিগী মবমসু মা খঙবা ঙমখিদে। মদু কবিগুম্বদা যাম্না চাউববা থৌদোক অমদি ওইবমগনি হাযবসি মানা খনখি। অসিগুম্বা থৌদোক্লা মাগী নৌববা থম্মোযদা মতম পূম্নমক্কী ওইনা চৈথেং পিখিবনি।

অপিকপা মচন অমা পোক্লীবদুসু নুমীৎ নিনী হুমনি কপ-কপ্তুনা লৈবম্বদো নোংমদি কদাযদা চৎখ্রবনো খঙহৌদবে। মধুদা মদুগী মীহৌবা লৈতে, মবমদি মানা মবম ওইদুনা মমাবু অমদি মপাবুংবু যাম্না ৱাহনখি অমদি কপহনখি।

অমুক নীংশিংলকই— লৈকাযগী মীওই কয়ানা মপাবুংবু উনবা লাকখি, কনানা মঙোন্দা থেমজিনবিবম্মী। কনানা মাবু মতোমতা তাদনবা মতম খবাদি মনাক্তা লৈবিবম্মী। মধুগী মাযথোঙ অমদি মকোক্তা নুংশিনা নাম্বুবিবদুনা হাযবকই "কযাদা মবাযবক থীববা অঙাংনোসে?"

মীওইশিংদুনা মপাবুংদা কযাবক হন্না হাযবম্বা তাখি— "কবিগুম্বা নাগপুবদগী ডাক্তব লাক্লম্বা থোক্লবদি মধুগী মমা কনলম্বা যাবনি'।

মধুনা মাগী নৌবিবা থম্মোয়দা তক্তনা খনখি— তশেংনো 'ডাক্তব' হাযবসিবু কবিনো? মদুনা ইমাগী অৱাবা কযাদগী মতৌ কবম্না কনবা ঙমগদৌবিবা? তশেংনো মখল অমগী ঈশ্বব ওইবমগনি।

নোংমদি অযাম্বা থৌনা খোমজিনজবগা মপাবুংদা হংলকই— "ডাক্তব' হাযবসিবু

কবিনো পাবুং"?

"ইবুংঙো ডাক্তবনা অনাববু হিদাকপীদুনা মাগী থবায কনবা ওস্মী"।

অদুদি ডাক্তব ঈশ্ববনিকো?"

মানা খবা খল্লগা ব্বাহং অমুক হংলুই—

"নত্তে ইবুংঙো। অওইবদি মখোযসু মীনি। অদুবু অব্বাবদা মতেং পীবিবা, অনাবগী থব্বায কনবিবনিনা ঈশ্ববগুস্বনি, খল্লী।"

"হুং"

মসিদমক মাগী মচিন্দগী থোকখি। মদূদগী কবি কবিনো খনদুনা লৈবকই।

অহীং মপাবুংগী নাকন্দা হিপ্লী তুম্বা য়াদবনা অদুগা খঙহৌদনা কৌবকই—

'পাবুং?'

"কবি তৌবে, হৌজিকফাও তুমদ্রিববাও?"

অসি হাযদুনা মচাবু মথানুংদা চেৎনা কোনশিনবিবকই।

"পাবুং ঐ ডাক্তব ওইগনি, যাম্না ফববা ডাক্তব।

কবিগীনো?"

খঙহৌদনা মপাবুংনা হাযদোকখি।

"ঐহাক মীওইবগী থব্বায কনগনি"।

"ফবে ইবুংঙো নহাক্কী ইমাগীসু অনীংবনি।"

"অদু ওইবদি ঐসু ডাক্তব ওইগনি"।

মপাবুংগী মথাদা লৈশিন্দুনা হাযবকই।

"যাম্না ফবে, ঐখোয মধু যাম্না শিংলেনে" অসি হাযবদুনা মপাবুংনা মথাদা চেৎনা কোনশিনবীখি। অদুগা হন্না হন্না চুপ্লকই। মধুসুদনসু মপাবুংগী মথাদা মকোক লোৎশিনজদুনা মখুৎ মচা পিক্রবা অনীদুনা মপাবু কোনজবকই। মপাবুংগী অযাবা ফংলবনা মধু, মাগী অপাম্বা অনীংবদু মবা চেৎলবদুদা অহীংদু যাম্না নুংঙাইনা তুমজখি।

নুমিত্তুদগী হৌনা মাগী ডাক্তব ওইবগী অনীংবদুসু মবা চেৎশনখিবনি।

উগী মউ মচাদা শীংজংনা থাখিবগী দাগতু উদুনা চাওব ফাওবা অসুম লোযননা চাওমিন্নবকপগুম, মধুসুদনগী অনীংবসিসু নোংমা নোংমগী চাওখৎলকই। মসি সূপ্নগী

অনীংবখক নত্তনা অকনবা মাযথীবা পিবা ঙন্নরোইদবা আশা অমা ওইবকই, মাযথীনিংঙাই লৈত্রবা পম্বুং অমসু ওইরকই। পুন্সিগী মিকুপ খুদিংদা কাউবা যাদ্রবা পম্বুং ওইনা লৌবকই।

কবিগুম্বা মপাবুংগা ছদবাডা চৎপদা ডাক্তবগী হিদাক-শঙ উকববদি যাম্না হবাওজে। মতমদু মাগী চহী ৬ বোম শুবকপদনি, লাইবিক মযেক চৎলবনি। ডাক্তবগী সাইন বোর্ডতু পারুই। মখোযগী হিদাক লিক্লীশিং ঙকশমদা যাল্লীবা নলিশিং অমদি ক্লীপ্তা যাল্লীবা থর্মোমিটবনচিংবা পোৎ-চৈ খুদিং পূক্সিং চংনা যেংলুই। মদুগী মতুংদদি ড্রামা, বামলীলা নৎত্রগা কুম্মৈ পুন্নমক মদুদগী হন্থনা খল্লকই।

অমুকখক ছিদবাডাদা মপাবুংনা চৎথোকখ্রিঙৈদা মধুসুদন পুন্নমক্তগী লোন্না থোকখিদুনা পুং অনী/অহুম মফম খঙদনা লম্মাংনকবে। মপাবুংনা হল্লকপদা মাবু উদবদা কযা বাজখিবা। কোযথি থিকবদদি টনিগঞ্জদা লৈবা ডাক্তব অমগী হিদাকশঙ ফান্দা যাম্না নুংঙাইনা ফমদুনা ডাক্তবনা কবি-কবি তৌবিবা হাযবদু পূক্সিং চংনা যেংদুনা লৈবম্বা থেংনকই।

কবিগুম্বা খুঙ্গংদা ডিষ্ট্রিক্ট কাউন্সিলগী টুবিং ডাক্তব লাকপা থেংনকবর্বদি মহাক্না যাম্না ভক্তি অমদি ইকাই খুম্নবগা লোযননা যেংজৈ। ঈশ্ববমক লাকপগুম খল্লী। কবিগুম্বদা মীৎযেং হুদুনা ডাক্তবগী হিদাক অমদি পোৎ-চৈশিংদু শোকপা ঙমজববদি কাযা হবাওজখিবা। অদুনা মাগী মব্দপ-মপাংশিংদা ডাক্তবগী থবক্কী মবমদা যাম্না চীংলেম্না বাবী তৌজে।

অমুকখক স্কুলদা ওজানা অঙাংশিংদা হংলকই— "চাউবকান্দা নহাক কবি তৌগনি?"

"অমীন" অমনা পাউখুম পীবকই। লবাইদা অমীনগী ইজ্জৎ যাম্না লৈবদু উকদুনা।

"পুলিসকী সিফাই" অতোপ্পা অমনা হাযবকই, হাপ্তগী বাজাবদা খাকী শেৎপনা লেমজবদু উকবদা।

"ওজা" অহুমশুবা অঙাং অমনা হাযবকই। ওজানা চৈনা ফুবগী শক্তি পাযবদু পামজকবনা।

ওজানা যাম্না হবাওনা হাযবকই "ভালো"

"মধু নঙদি"

'ঐদি ওজা, ডাক্তব ওইগনি।" মহাক্না চাওথোক্লা হাযবকই।

"কবি হাযবা নঙ ডাক্তব ওইগনি হাযবা" ওজানা ইকাইবা পীবগী মওংদা হাযবকই।

"হুং ওইবনি" অসি হাযনা-হাযনা কপ্নীংলকখি। মীৎলু পিবাং ইহৌবকখি। অদুদগী স্কুলদা ফম্নীংলক্তে। যুমদা চৎলগা মপাবুংদা তম্লকই। মপানা মচাবু পূক্নিং থৌগৎপিববদা হবাওজে "ওজানা হাযবিবদু অবানবনি"। অদুগী মতুংদদি মহাক্না ওজাবু থম্মোযদা ঙাকপিখিদে।

মপাবুংদা হাযবগা ছিদবাবাদগী বববগী নলী চাগী উপু লৈহল্লে। শ্রীপুবগী হাপ্তা কৈথেন্দগী তোঙান-তোঙানবা উপু লৈহল্লে। শ্রীপুবগী হাপ্তা কৈথেন্দগী তোঙান-তোঙানবা মচুগী লিক্লী তকক-তবেৎ লৈকবে। তীন মচেৎ অমা কক্লগা ববগী নলীগী মযায মক্তদা পুন্দুনা ষ্টেসস্কোপ শাবে, চাগী নলীনা থর্মোমিটব অমা শাবে। আনা অনী পীবা চাগী অশংবা অনোক অমসু লৈবে। অম্ভাংবা অশংবা নাপুমচুগী লিক্লীশিংদুদা ঈশিং শোক্লগা, মদুদা খবাদা চিনী খবদনা থুম অমদি খবাদনা অনীমক যানশিন্দুনা হাপচিল্লে। অদুগা চে মচেৎ অমদা চৈনা মুক লুপ্তুনা খোইদ্রিং-খোইদ্রাং তৌনা "ডাক্তবশঙ" থাবে। ডাক্তব সাহেব যাম্না চীংলেম্না অশংবা অনোক্তু উপ্তুনা ফক অমদা ফম্নী। অনাবা লাকপা যেংদনা লৈবী।

লৈকাযগী চহী মবী শুববী মুন্নীনা মচীন শেম্নদুনা নাহেদুনা হাযবকই— 'ডাক্তব কোক চিকই।"

"ওঃ কোক চিকই হাযবা।" ডাক্তব সাহেবনা হাযবকই মহাক্নী চহী নিপাল শুবে মবোন শেংলবা মতমনি। ডাক্তবনা হাযবকই— "হৌজিক ফহলগে, কিগনু।" অসি হাযদুনা মুন্নী মকোক্তা তীন্না শাবা ষ্টেথস্কোপ থাদনা যেংই— "নুংশা স্বব হোল্লু

"শ্বব হায়ববু কবিনো"

"ইম্হোকপনি নুংশা শ্বব হোনবসু খঙদ্রবা, ফবে সে, হিদাকসি থকউ।" অসি হাযদুনা ডাক্তবনা থুম হাপ্লা হিদাক্তু মুন্নীদা পীথকই।

"হুঃ যাকই" মুন্নী মনাতোন শুগত্তুনা হাযবকই।

"ফবে, অসি অমুক থকউ।" অসি হাযদুনা ডাক্তব সাহেবনা চিনী হাপ্লা হিদাক্তু

হৈদুনা পীথকই। করিগুম্বা অনাবনা হিদাক থক্লীংদ্রবদি ডাক্তরদগী থাপ্না লৈখ্রবদি মাগী ডাক্তরগী ফিভম করম তৌনি? মসিসু য়াম্না মুন্না খল্লকই।

মতৌ অসুন্না ডাক্তরগী মশান্নসু শান্নরকই। মতমদুদা দুর্গা পূজা মনুংদা রামলীলা শান্ননবা থৌরাং তৌরকই, মসিদা মধুসুদনবু রাম শাহননবা হায়নরকই মরমদি মহাক মশক মতৌ ফজবা, চুং-ফিরাল চাবা । মানা রামগী পার্ট পকচগনি। অদুবু মানা "ঐদি ডাক্তর শাগনি" হায়দুনা লৈরম্মী। "রাম লীলাদা ডাক্তরগী পার্ট য়াওদে" মরীগুবা ক্লাসকী গোবিন্দনা হায়রকই। চহী মরীরোম হল্লী। লীলাদুগী অশীল অরাঙনী।

"করিদৌনা য়াওরোইদৌরিবনো? য়োংগা হিংচাবাশিংগা লাল শোল্লবদা অশোক অপন য়াওরকপদুগী লায়য়েংবগী দরকার ওইদোইরা?"

"ওইরোই, নঙনা রাম শাদ্রবদি কনানা শাবিগনি?"

"লক্ষ্ম শাহল্ল?"

"যাদে"

"অদু ওইরদি ঐ রাম শারোই"। অসি হায়দুনা য়াম্না নীংবা কায়না মচি অমদা চৎতুনা ফমখি।

"নঙ রাম শাররোইদবা?" গোবিন্দ শাওনীংলকই' পার্ট লৌবিনবা মী য়ামদবগা মদুগী মথক্তা মধুসুদনগুম্বা হৈশিংবা অঙাং অমগী অরাৎপা। শাওনীংবগী হায়রুরবদি লাক্তুনা ইন্নীংলকখিবনি। মী য়ামদবনা, খরা খল্লগা মাগী রোন হাপ্পনা ফরনি খল্লে।

"অদুদি পার্দাসু চিংবা তাই?"

"হোই চিংগে।"

"অদুগা লায়েংবদি য়োং অশোকপতমক য়েংগদবনি।"

"করিগীনো? ঐদি অশোকপা লোইনা লায়েংগনি।

"নত্তে হিংচাবশিংদি ফত্তবনি"

"হুং" অসি হায়দুনা তুমিন্না লৈখি। খুদক্তা মুন্নী লাকই

"মধু রাম শাদ্রবদি ঐসু সীতা শাররোই"। ডেডলোকনি; মুন্নীনা কন্না হায়রদুদফাও মহাক রাম শাবগী ব্রাফম যাদরে। অদুনা পার্দা চিংবা অমদি অশোকপা লায়েংবদমক থমলে মদুদা য়োং অমসুং হিংচাবা অনীমক লায়েংগদবনি।

অসুম্না নোক-খেদুনা, শান্ন-শান্ন অরা-নুংঙাই অনীগী মবক্তা অঙাং ওইবগী মতম হৌখিবা খঙহৌদে।

মধুসুদন যৌবনগী শৈহৌদা খোঙদাশিল্লকই। ছিডবাবাগী গর্বমেন্ট হায স্কুলদগী মেত্রিক পাস তৌদুনা নাগপুব কলেজদা মিংচল্লে। অঙাং ওইবিঙৈদগী হাযনবকপা মতুংইন্না বাইওলোজী তল্লে। ইন্টব পাস তৌবগা মেডিকেল কলেজদা তম্বা যানবগীদমক্তনি। কাম্থান তুবেলগী থৌজান্দগী সতপুডা জঙ্গলগী কৃপাদগী মাগী লৌবুক্কা চাবা-থকপা কোন্ননা পীবনি। অসিমক নৎত্রবসু মধুসুদননা ডাক্তব তম্নবগীদমক্তদি দবকাব ওইবা খুদিংমক পীনবা থৌবাং তৌগনি। কবিগুম্বা লৌ-ইখ্খোলগী শরুক খবা যোল্লবসু অমদি মীগী শেন্দোন তোল্লবসু যাই। কবিগীনো হাযববু মধুসুদননা ডাক্তব ওইবা হাযবসে মহাকখক্তগী অপাম্বা নত্তে লাই ওইথ্রবী মমা ইবেম্মাগীসু অবোইবা আশা ওইখিবনি।

মধুগী মমা লাইবিক যাম্না হৈবীসু নত্তে অদুবু বামাযণ মহাভাবত যাম্না ফজনা পাবা ঙম্মী। মহাক সংসাবগী ওইবা ব্বাফমশিংদা যাম্না ব্যবহাব ফজবী ধর্ম্ম লৈবী ঈশ্বব থাজবী নুপী অমনি। ভাবতকী নুপী ওইবীগী ফিদম অমদি নুপী ওইবীগী অফবা গুণ খুদিংমক মঙোন্দা লৈবম্মী। মবমসিনা মহাক্কী মপুবোইবনা প্রেম অমদি ভক্তি থমজবকই। যূম্বান পুক্নিদা যাম্না ইংনা নুংঙাইজখি তৌইগুম্বসুং মহাক্কী অনীশুবা চাবোক্তা ঈ হাথখিবদগী যাম্না শোকথখি। নুমীৎ মবিনি শুবা মতমদা সংসাব থাদোকখিবনি।

অঙাং পোকপা হেক লোইবগা মাগী অবোইবা মতম লাক্লে হাযবসি খঙজখিবনি। মবমসিনা মপুবোইবদা হাযবকই— "দেশকী অঙাং ওইনা শিবগী মশীং হস্তহননবা মতিক চাবা খুজিন থৌবাং তৌগদবনি। শিক্ষা অমদি লাযেংবগী থৌবাং যাম্না তঙাইফদে অদুনা ঐগী মধু ডাক্তব তমহন্নীংই। পুক্নি চুপ্পা থবকসিদা পূক্লিং চঙনা ঙম্ননবা হোৎনহন্নীংই।"

মধুসুদন অমদি মপাবুংনা অবোইবা মমাগী ব্বাহৈশিং বেদগী মতৌগুম খনখিবনি। নুমিৎসিদগী অঙাংসিগী তুংগী ফিভম লেপথ্রবনি।

ইন্টব পাস তৌববা মতুংদা মধুসুদন মপাবুংগী মখোঙ কোন্দুনা খুকল্লগা বোম্বাইদা

ডাক্তর তম্বা চৎখি। মতমদুদা মপাবুংনা চেৎনা কোনশিনবীদুনা য়াম্না হৃবাওনা হায়রকই— "চৎলো ইবুঙো! মসি নহাক্কী শিক্ষাগী অরোইবা থাকনি। য়াম্না পূক্রিং চঙনা পাও। পৈশাগী ৱাখল তৌগনু? চহী মঙাগী মতুংদা নঙনা ডাক্তর ওইদুনা লাক্লবা কান্দা লাইরৈবাক্তা নমাগী আত্মানা শান্তি ফংগদৌরিবনি। মহাক্কী অশির্বাদ মতম লৈবা খিবিক্তা নহাকপু ঙাক শেনবীগনি।" অসি হায়দুনা লাইওইখ্রবী মাগী লোয়নবীবু নীংশিংলক্তুনা মীৎলু অনী পিরাংনা থুমহৎলকখি অমদি ৱা ঙাঙবা থোক্লক্তে।

মধুসূদনসু পিরাং ইহৌরক্তুনা মপাবুংগী মথাদা চেৎনা কোনশিনজরকই। অদুগা কৌরকই— "পাবুং" অসিগুম্না কৌবসিদা হায়নীংবা ৱাফম কয়ামরুম ফোঙদোকখিবনি। হায়খিবগুম তৌই— "পাবুং! নঙনা ঐগী ইমানি ইপানি। ইমাগী য়াথং পাংথোক্লবা হোৎনবদা হকচাংদগী ঈ মরীক ফাওবা খরাচ তৌরবসু মদু ঐগী তৌফম থোকপা ইথৌনি। মসি ঐনা শোয়দনা মপূং ফানা পাংথোক্কনি। পাবুং নুংঙাইতবা তৌবিগনু।"

মাগী মপাবুংনসু মধুগী লোনথোক্তবা ৱাহৈগী অর্থ খঙখিবনি অদুনা মকোক্কী শম নাম্থবিদুনা পূক্লিং পেন্না চূপ্পীদুনা য়াম্না নুংশিনা বিদায় পিনখিবনি।

# নর্স সুশীলা

মুম্বাই কিং এডবার্দ মেমোবিয়ন হোস্পিটালগী মেটর্নিটী ৱার্ডকী কা অমদনি। ঙসি মধুসুদনগী মখাদা কুনশুবা কেসনি। তবামাপলদি লোইখ্রে অদুনা ঙসি অবোইবা কেসনি মানা পাংথোক্কদবা অদুগা ফাইনেল এম বী বী এস পবীক্ষা ফমবা যানবগী অয়াবা পীগবনি। কলেজগী নিযমদি ছাত্রদুনা কুনশুবা কেস মপূং ফানা পাংথোক্রবদি ফাইনেল ফম্বগী অযাবা পীবা যাদে মবমসিনা মহাক্কী অবোইবা মথৌ পাংথোক্কনি খনবদসু নুংঙাইবা ফাওই। হৌখিবা কেস তবামাপলমক মায পাকখিবনি মবমদুনা ঙসিসু মায শোযদনা পাক্কনি হাযবসি মাগী থাজবনি।

মহৌশাগী মতৌগুম ঙসিসু মাগা লোযননা হোস্পিটালগী নর্স অমা থাবকই। মদোমদা মাগী ৱাখল চঙলুদে। নর্সতি মহৌশানা অদুম হোংবনি।

মাগী মহৌশা ওইবা লমচৎসু নুপী অঙাংশিংদা দবকাব লৈতবা ৱা ঙাঙদবা মীনি। ডাক্তব, ছাত্র, নর্সশিংগী মবক্তা ফাগি তৌনবা, নুংশি মবী লৈনবকপনচিংবসি অযাম্বনা যাওনবকই। মধুসুদননসু খঙখিবনি। মশামক্তী অসিগুম্বা ৱাখলদা কৈদৌঙৈদসু যাওজকদে। মাদি মাগী থবক্তা নুংঙাইথোকচৈ। শুবা নোম্বা কনবতনা পোখাফম ওইজবকপনি। অসিগুম্বা ৱাখলদা মতম মাংহনবা লৈজদে।

লাযেংবা অমদি বাউন্দ চৎপনচিংবদা থৱায যাওবকই। চহী কযাগী লেপ্তুনা নৈনজবকপা অমদি হোৎনজবকপনা ইকাইখুম্নবদা মতিক চাববা ডাক্তব অমগী গুণ চেন্নবনি। কনাগুম্বা সাইন্টিস অমনা মাগী পুথোক্কদবা পোৎ অমা চাংযেংদা তুম্বা চাবা পূন্নমক কাউথোকপগুম, মধুসুদনসু লোইনা কাউথোকখ্রবনি। মাগী ডাক্তব ওজাশিংনফাও মাগী পূক্লিং চঙবা, হোৎনবা কনবা, অনীংবা ফংনবা হোৎনবদা নীংহন্নদবা অসি উকবগা ঙক্লবিবনি।

মাগী অবোইবা পবীক্ষানা নকশিন-নকশিল্লক্রীবমখৈ মপূক্লিংদা নুংঙাইবা অমদি

অপেনবা পোক্লকই। অদুগুম্বা অনীংবদু ফংনবা হোৎনবদা চহী কযা হৌব্রবনি অদুবু ফংনবগী মতম নকশিন-নকশিল্লক্লগা মপুং ফানবগী ৱাখল তৌরকই। অসিগুম্বা পদ্মুং যৌগদৌববা মথৌদা পূক্লিং চঙবা অনীংবদা মায পাক্লগদবা নহা অমবু নুপী কয়ানা মতৌ কবল্লা মীৎচৌগী লাংনা শুমহৎপা ঙম্বগে হাযবা অদোমদা মাদি কবিসু খঙদবে। অদুগুম্বা ৱাখলদুদগী মাদি তোপ্পা, যাম্না থাপ্পা লৈজবিবনি।

মাগী হৌজিক কুন শুবা কেস সোমদা পূক্লিং চংলকই। গুজবাতী নুপী অমনি। চহী ১৮/১৯ বোমগী লেঙ্গানি। মশা পাই। পূক য়াম্না কংদে। মাযথোঙ নাপু মচুনি। মমীৎকী মঙান শেংফাম্তে। ঈ ৱাৎপগী খুদম ফংই। খাঙমদ্রবা অৱাবনা চাবোকপীগী মমাযদা হমাং মবিক-মবিক্লা ইবং-ইবং লংলি। অৱা-মৈচাক খাঙবদা মশাসে য়াম্না নুংঙাইতবে, যাম্নসু শোঙ্কবকই। সেকেন্দ ১৫ ফাওবা মাযগৈ অমদা ওন্দুনা লৈজবা ঙমজদে। কবিগুম্বদা অৱাবদু খাঙমদনা ৱাথবকপগুম তৌই। মিনিট অমমুক তুমিন্না লৈব্ধবগা অমুক য়াওল্লকই, নাহেবা হৌবকই।

মধুসূদননা মাগী কিথি কিরুম্বা মীৎতু উকব্ধগা খুদম ফগদবা মাল্লক্তে। মাগী অৱাবদু যেংবা ঙম্নক্তে। মহাক হৌজিক ফাওবদি অৱা-অনা যেংবগী হৈনবী লৈবক্লবনি অদুবু ।

পুং অহুম লোমগী মৈচাক খাঙলবা মতুংদা যুগ অহুমগা মান্নবনি। অঙাং উনবে, যাম্না ফজববা, কুচু ঙৌবা অঙাং নুপা অমা ফংজবে তৌইগুম্বসুং মহৌশা লাইবেম্বীগী খুৎশাম্নসি যেংবীযু অঙাং ফংজবগা মমাগী শিবগা লোয়নবকপসিবু?

পোকপা শিবগী মবীসে থাওমৈ অমা চুখৎনবগীদমক, অতোপ্পা থাওমৈ অমনা আত্মা-বলিদান তৌবনি।

মধুসূদননা অশিবদগী কম্নবা ইঞ্জেকসন কযা, হিদাক কযা কাপ্লে, পীথক্লে। অদুগী ফল অমত্তা উবা ফংদ্রে। লাইবক থীবদি মমানা মচাদুগী মশক ফাওবা উজবা ফংখিদবনি।

তশেংনমক মমাদুগী প্রাণ ওইববা থাওমৈদু মুৎখ্রে, খঙলকপদদি-উপায লৈত্রবগুম মকোক নোল্লদনা প্রকৃতিগী জয তৌঙমদ্রবা শক্তিগী মমাঙদা মপুং ফানা মাযথীববা অমগুম লেপ্পুনা লৈবকই।

লয়দুনা মানা নৌনা পোক্লাবা অঙাংদা। মাগী যেংলকপদা নর্সকী মতম্বাক্তা লৈবম্মী। মহাক্কী অদুগুম্বা মীৎয়েংদুদা কবম-কবম্বা রাখলগী ঈচেল চেনথবক্লীবা কনানা খঙগনি? মমা লৈখিদবা অঙাংদু উকব্বগা মহাক্কী থম্মোযদা মীনুংশিগী ঈথক ইহৌবকই। মশামক্কী মমা লৈত্রবা তোল্লবা অঙাং ওইবিঙেগী পুন্সিবু নীংশিংলক্নুনা মীৎলু পিবাং ঈহৌবকই।

অঙাংদো কপ্লী। নর্সনা মচা নুংশিবগী মীৎযেংনা মীনুংশিগা লোযননা অঙাংদুবু যেংদুনা লৈবম্মী। নর্সকী অদুগুম্বা মীৎয়েংদুদা কবম-কবম্বা রাখলগী ঈচেল চেনথবক্লীবা কনানা খঙগনি? মমা ওইবীগী মীনুংশি, প্রেম, মমতা অমদি থৌজানগী মপূং ওইববা নুপীগী রাখল ফোঙদোক্লী। শক খঙদ্রবা, মবাইবক থীববা, অঙাং অমগীদমক্তা কনাগুম্বী নুপী অমত্তনা অসুম্না লাংতক্নবা কবিগুম্বদা মহাক্না উখিদ্রি। ঙসি ফাওবা মহাক্না নুপীশিংগা মবীসে নর্সশিং অমদি লেডী ডাক্তর শিংগতনি।

অদুদগী নর্সকী নোঙ্করুবা মাযথোক হনগৎলকপদা মধুসুদনগী মীৎযেংগা চানকবি। মখোয অনীমক্না খঙজখি, অনীমক্কী রাখল মান্নবা মমি তাবিবনি হাযবদু। মীকুপ অনীদি মীৎফম হোংনদা লৈনবকই অদুদা মখোয অমনা অমবু শক খঙজবগুম ফাওবকখি। অসুম্না মীৎযেংসিনা মখোয অনীমক্কী আত্মাসে পোৎশক অমত্তনা শাবগুম ফাওনবকই।

মসি পুন্নেমকসি গুজাবাতী নুপীদুগী লৈখিদবা অমদি নৌনা পোক্লক্লীবা, মবাযবক থীববা অঙাংনা অনকপা শাক্ষী ওইখিবনি।

মখোয অনী ইহান হেক হান্না উনবনি। অদুবু মখোয অনীমক্না ফাওনবকই। মখোয কুইববা মমাঙদগী খঙনবক্লবগুম্মী। মখোযনা খঙনবকপসি কযা কুইববনো হংলক্লবদি মদুসু হাযবা ঙমজবোই।

পুংমুক্কী মতুংদা কেসতুগী রিপোর্ট ইবা লোইবকপদা মধুসুদন্না নর্সতুদা হংলকই-

"অদোমগী মিংবু?'

"সুশীলা রাজেশ্বর" ইংনা তপ্না মোং হাদনা হাযবকই।

"মিস নৎত্রগা মিসেজ"

মিসেজ'

ইনা ইনা মধুসুদনগী খূৎতু লেপখিবা খঙহৌদে। মানা মঙক থাঙৎতুনা নর্সবোমদা যেংখৎলকই। মহাক্কী লাযবক্তা চন্দনগী বিন্দী নমদে। মীংগী হায়কববদি তশেংনা হিন্দু ওইবগুম তৌই। লযদুনা য়েংলকপদদি লুখ্রাবী ওইনা উবকই।

মধুসুদনগী থম্মোযদা চৈনা ফাওবকই। নুশা শ্বব শাংনা হোল্লকই।

নর্স সুশীলাসু মধুসুদনলোমদা যেংলকই। মহাক্কী মীৎযেং তৌবিমন খঙবা উৎপগী ভাবনি অদুগা মধুসুদনগী ব্রাখলদুবুসু খঙখিবগুম তৌই।

পূংখাযগী মনুংদা হাউস সর্জনদা বিপোর্ট পীবল্লগা মধুসুদন মাগী লৈফমদা হল্লকই।

# মান্নবা আত্মা

নুমিত্তুগী অহীংদু মধুসুদন তুম্বা যাবমদে। গুজবাতী নুপীদুগী অকনবা চৈনাখোন্না কাথেক্রুবা মায়থোঙদু হন্না-হন্না নীংশিংলকই।

চাবোকপগী অহানবা কেসনি মসিদা মহাক মায পাকখিদবসে। তৌবসু নুপীদু মমা ওইবগী থৌদাং পাংবা ঙম্বগী ফিভম যৌখিদবনি। যান্না শোন্নী। মুম্বাইগী মোৎলবা লম্বীদা অশেংবা নুংশিৎ-নুংশা ফংজদবা মফমদুদা মপুবোইবগা লৈবনি। নুপাদু বেঙ্কতা লুপা ৭৫ ফংদুনা ক্লার্ক ওইবনি। অবেপ্পা লৈতনা নোম্বা অদুগা মতিক চানা চাদবনা মবম ওইদুনা পুন্সিগী শক্তি হান্নদগী লৈবক্তবনি। মদুগী মথক্তা মমা ওইবীগী থৌদাং। চহী অমগী মমাঙদগী পাউতাক লৌদুনা লৈবা ওইবদি ওপবেসন তৌদুনা মমা ওইবদগী পোথাহনবা যাবনি। কবিগীনো হাযববু অসিগুম্বী নুপীদি মমা ওইববগী মতুংদা হীংগন্দে। কবিগুম্বা মচা পোক্লবসু অঙাংদু নুমীৎ যান্না কুইনা হিংগন্দে।

অসিগুম্বা মবাযবক থিববা নুপী লিশীং লক্ষা নুমীৎ খুদিংগী লৈবাকসিদা শিবিবনি। কনানা খঙগনি। মখোযগী পুন্সিদি থাঙ্গৎপগা কায়খিবা ইযাইগী কোঙ্গোননি। মখোযনা শিবদা মবী মতানা পি ইবিক অমা/অনী শিন্থবমগনি। অদুদগী মশাগী শুবা নোম্বদা অমুক কাউনখিবনি। কযা কুইনা কপকনি? মখোযদা কপ্পবগী মতম ফাও ফংজদে। নুমীৎ খুদিংগী শিবগীদমক কনানবু কপ্লুগনি? কপ্পদি ইনাক খুনবশিংগী মবননি।

মবকসিদা মহাক্না মমানা শিখিবগী মবমদা পাবুংনা হাযখিবদু নীংশিংলকই মহাকসু অসুন্না চাবোকপদা মমল যান্নবা থবায মাঙখিবনি। কবিগুম্বা ডাক্তব মতম চানা ফংনবন্নবদি হীংলম্বসু যাবনি। মসিদগী মহাক্নী থম্মোযদা অসিগুম্বা তঙাইফদ্রবা আশাসে পোক্লকখিবনি।

মহাক কনাগুম্বা ফিদম্নীংঙাই ওইববা লেডী ডাক্তব অমগী মতেং ফংলবদি মহাক্নী হিদাকশঙদা চাবোক শঙ অমদি শোযদনা হাংগনি। মদুদা লাইববা, ইনাকখুনবা

অমদি তোল্ল-তারবা নুপীশিংনা লায়েংবা ঙমজনবা থৌরাং তৌগনি। মদুদা মমাগী অরোইবা অনীংবদুগী লমনগী শরুক খরাদি শীংজবা ঙমগনি খল্লখি।

অদুবু, অদুগুম্বী লেডী ডাক্তর কদায়দা ফংগনি? পম্বুংনা মাঙওইনবা, সেবাদা থৌইনশিন ওইবা অমদি মাগী মরুওইবা পান্দম পৈশা ঙাক্তা খন্দবা মতমসিদা মহাক্লা নর্স সুশীলা রাজেশ্বর নীংশিংলকই। অদুবু মাদি ডাক্তর নত্তে, শুপ্নগী নর্সনি। মহাক মুম্বাই থাদোক্তুনা ময়ায়থংবা প্রদেশসিদা লাক্কদবনি। মফমসিদা মহাক্কী প্রাক্তিস হৌননবা, অদুবু মদু য়াম্না থাজবা ৱাৎলি।

অমম্বদুদসু মহাক্কী মীৎমাংদা নর্স সুশীলাগী মায়থোঙদু তশেংনা উরকই। য়েংবদদি মহাক ফজবসু নত্তে, থিবসু নত্তে, পুলৈ কুচুনি, চুং ফিরান চানা ৱাং চাওই, মখোঙ মখূৎ মতিক চাই মমীৎ তরাও-তরাও। মহাক্কী মশক উরুবগা মেডিকেল কলেজগী ছাত্রশিংনা 'ইমা' হায়নরিবনি। চহী ৩৪/৩৫ রোমগী ফিভম্নী। মহাক নুমীৎ খুদিংগী শঙ্গোম মচুগী অঙৌবা সাড়ী শেৎলি। মহাক অয়াম্বা মতমদা ৱা য়াম্না ঙাঙদে। নোকপসু মী খরাদনা উরম্বা য়াই। মঙোন্দা ফাগি জুগাই তৌবা কনাগী শক্তি লৈতে। হোস্পিটালগী হাউস সর্জন অমদি ডাক্তরনা ফাও মঙোন্দা ব্যবহার তৌনৈ। মাগী পারসোনেলিটিদা মীবু লাকশিনবা ঙমবা গুণ চেল্লী। মানা করিগুম্বা আপরেসন থিয়েটর নৎত্রগা ৱার্ডতা চঙলকপদা ইচিক হেক্তা চিকখি। তৌবদি মহাক ৱা ঙাঙদে অদুবু মাগী মওং মতৌনা মাবু ব্যবহার তৌদবা ঙমদে। মহাক মথৌদা পূক্লিং চঙনা তৌই। অনাবনা মঙোন্দা তৌবিমল খঙবা উৎতবা ঙমজদে। মানা হিদাক পীথকপা থর্মোমিটর থাবা, মলম পতি পুনবগী মওং নুংশিবগা লোয়নৈ অদুনা মানা ড্যুতি তাবা হরাওনৈ। মতম লৈবা খিবিক্তা মাগী ড্যুতি মতম ঙাইনৈ।

মহাক্লা ৱার্ডতা লাকপদা কনাগী ফৈজুপ নাম্বুরম্বা চুমথোকপিরম্মী। মকোক পৈনা লৈরম্বা তপ্না থাঙ্গৎতুনা চুম্না হিপহনলম্মী। কনানা ওরম্বা থেংনরবদি মদু চেনশিন্দুনা মনঙ্গন্দা তপ্না নানবীরম্মী, থুনা মচিন তেংথোকহন্দনা-তৈথোকপিদনা তপ্না অমুক হিপহনবীরম্মী। অদুবু অসুক য়াম্না তৌরবসু ৱাদি ঙাঙলমদে। ৱা ঙাঙদনা অসুক য়াম্না ভাব ফোঙদোক্লীবা অঙকপনি।

মধুসুদন খঙই, নর্স সুশীলাদা মতমসিগী নুপী অমগী ফজবগী মওংদু মঙোন্দা

লৈতে, গুলাপকুম্বী খজাই, থম্বাল মাননা ফজবী চিম্বান, শজি মিৎতা, কাণ্ডাগী মণ্ডক অসিনচিংবা। অদু ওইদুনসু মাগী মাযথোঙদা ফজবা লিচৎকী মমি তাই। হৃক্চাংগী ফজবদগী হেন্দোক্তুনা আত্মাগী ফজবদু নর্স সুশীলাদা লৈ। অসিগুম্বা গুণদি মাগী মওং মতৌদা মবাং কাইনা লৈতেংলিবনি। অসিগুম্বা মনুং হৃনজিনবা ফজবগী উবা গুম্বা মীৎযেংগীসু তণ্ডাইফদবা লৈবনি।

নর্স সুশীলাদা অসিগুম্বা মখলগী ফজবনা লৈতেংলি হাযবসে মধুসুদননা খণ্ডখি। মমা লৈত্রবা, নৌনা পোকপদা ঙাইবিবা, মবাযবক থীববা অঙাংদু মতম্বাক্তা ফম্নদুনা মমতাগী ইথক হৌবদুনা যেংদুনা লৈবম্বদু উকববা মদুগুম্বা মখলগী ফজবগী শরুক খবাদি উজবা ফংখিবনি। নুমিৎতুদগী মহাক্না খনখিবনি, নুপীসি অতৈ নুপীশিংদগী তোপ তোপ্পনি।

হোস্পিটান্দা মাগা মীৎচানকবা খুদক্তা মানসু মধুসুদন হৃকচিনবা গুণবু-চাংযেংলি হাযনা খণ্ডখিবগুম তৌখিবনি।

মধুনা নীংশিংলকখি— কবিগুম্বা অনাবগী বার্ডতা নত্তনা 'জুনীপবেল' গী অবিবা লৈকাযদা নৎত্রগা কোলীবাড়ী থবক শুবা অমদি লাইবশিংগী খাংপোক্তা, মরু ওইনা লাযববা মাজদুবশিংগী কোলোনীদা হিদাক্কী বোক্স পাযদুনা কৌবদনা চৎপা অমদি লেম্না হিদাক পিবম্বদো। মতমদুদদি মাগী মমান্নবীশিংদি পার্টনবশিংগা সিনেমা হোলদা লৈবিবা মতমনি নৎত্রগা লেডী ডাক্তবশিংগা হবাও-তবান্না লৈবিবা মতমনি। মতমসিদা অবোনবা খণ্ডনা নৈনবকপসিদদি মঙোন্দা বাফমশিংসি মযেক শেংনা নীংশিংলকই। অদুগা সেবিকাসিগী অশেংবা শক্তমদু উবকপদদি মহাক ঙক্তবদি ঙমখিদে।

মখোয অনীগী মবক্তা যান্না রানা রাহে পবেং মঙা গুম্বদং মঙাইবমগনি ঙাঙনখিবা। অদু ওইদুনসু মধুসুদন খণ্ডখি, মখোয অনীগী মান্নবা ধর্ম্ম, মান্নবা পূক্নিংগী ফিভম অমদি লিচৎ। মদু খল্লুবগা নুংঙাইবা অমসু ফাওবকই।

ওইদুনা থল্লবা অমদি অখুবা মীৎযেং মবকসিদা মসিগুম্বা সেবানা মপূং ওইবা অচৌবা ধর্ম্মোয়গী ওইবা মীওইসি ঈশ্বরগী মতৌগুম্বনি। মিনম-সোবিনা নমথাক্না মপূং ওইবক্নবা ওইজবা থ্নিববা, অমুবা লৈচিনলক্তা মঙালগী মবীক অমগুম্বনি। অতোপ্পা মীনা ফিদমনিঙাইনি।

মতমসিদা মধুসুদনগী থম্মোয়দা অঙকপা ৱাহং অমা হংলকই। মহাক্না নর্স সুশীলাগী মরমদা খল্লীবসিগুম সুশীলানসু মাগী মরমদা খল্লমগদরা? ৱাহংসি করিগী মাগী থম্মোয়দা হৌরক্লীবনো? মশা মতোমতা শুকচরকই।

অহীংগী ঈশৈ



# মমাগী সাধনা

এম বী বী এসকী পরীক্ষা লোইখবে। মধুসূদন মযূমদা হল্লকই। পাউখুম ফজখিবনা মানা থাজজৈ, পাসসু শোয়দনা নম্বর রাংনা তৌবক্কনি।

ফলগা লোয়ননা মমিং থাবা চে পাউ পীবা লাকপদু উবব্দা মধুসূদনগী মপাবুংনা কযাদা হবাওজখিবা। মীৎলুদগী পিবাং ঈহৌবক্রদুনা হাযবকই— "ঙসি নমাদো লৈবম্বা থোক্রবদি কযাদা হবাওজগবা? মাগী নুংঙাইবগী চাওথোকচবগী ঙমখৈ লৈবমলোই?"

মধুসূদনগী মীৎলু পিবাং ঈহৌবকই— "পাবুং" লৈখিদ্রবী ইমাগী অনীংবা মপুং ফাবর্বনি তৌইগুম্বসুং মিংচৎসিবু যেংনবা মহাক্তী লৈখিদ্রবনা অদুগীদমক্তী রাদবা ঙমদে। পুস্সিদা অসুক চাওনা মায পাক্রবসিদা মমাগী অৱাৎপনা মাগী থম্মোযদা ইহাং হাংবগুম ফাওবি। থম্মোয পুঙমদনা ইহৌবকই— "ইমা, ইমা"।

মমাগী মবমদা শেংফাত্তবা নীংশিংবগী মমি তাবি মদু কযা খোইথুম্নবিবা। চহী কযাদগী থম্মোযদা পূজা কৎচবকপদগী কযাদা নোল্লক্রবা, শেংলবা মীওই ওইববনো? মমা অমদি ঈশ্বরগী মাযকৈদা ভক্তিদা কনানা হেনবগে খনবা লুনা থোকই। মঙোন্দদি অনীমক শক্তি অমত্তগী মশক অনীগুম্বনি অদুগী মপাবুংনা মাগী অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক খবাগী মবমদা রাবী তৌবকই। মদুদা মমাগী মীনুংশিনা থল্লবা থম্মোযগী চাংদমনিঙাই লৈত্রবা মমি তাবিবনি।

মতমদুদা মহাক চহী অনীগী অঙাং ওইবমগনি লাই থোক্তুনা নাবম্মী। মশা পূম্বা পোক-পোক পোকথোক্রম্মী। খাঙমদবা চৈনাখোল্লা মধু যাম্না নুংশিনিংঙাই ওইববা মওংদা পুক্লিং নুংশিনা কপ্লম্মী। মমাগী থম্মোয কাযখিবনি। কপ্না-কপ্না মহাক্কী শক্তি লৈরক্তে। মহাক হীক-হীক কপ্পা নত্তনা অহীং নুংথিল অনীদা মমানা লশিং মফোন্ যোমদুনা মতম্বাক্তা পল্লগা খোঙ্গাই চন্দুনা ফম্লম্মী। অহীং চুপ্পা মীৎ কক্লা অমা উইখিদে। মিনিট অমা ফাওবা তুমখিদে। অহীং চুপ্পা মিংশেল খাঙলুরবা তুংদা পূং অমগীদমক্তা,

মানা অমুক্তা ঙাইহাক তুমথগ্রিঙৈদা মীনাইদা শিনরম্লগা নোংমগী তৌগদবা থৌরম, ইরু-মাইথজবা, পূজা পাট, তল-চানচিংবা থক-চাবা লোইরদুনা অমুক পুং ২৩ গীদমক তপস্য তৌনবা হল্লকই। মরকসিদা ঈশিং থকপদগী হেন্না করিসু চাদে। মপাবুংবুদি শোকহনদে করিগীনো হায়ববু শোক্ক-শন্নবদগী নারকপনি। মপাবুংনা হায়রকপা পূন্নমক মহাক্লা লৌরমদে।

নুমীৎ তরেৎনি শুরফাও লাই থোকপদু ময়েং তাদরে। মমা নুংশা থিরকই। মীনাই-নুপীনা হায়রকই— "ইবেম্মা দেবী ইমাদা ব্বারেপ অমা লৌরে। অদুগা মদু পাঙথোকউ?"

"নঙনা হায়বদু তৌনবা শেম শারগনি। ঐগী ইচাদবু ফরবদি।" "আদা হনুমান মন্দিরগী মনাক্ত নীম পাম্বী অমা হৌরিবসিগী মনাক্তগী দণ্ডবত তৌনা তৌনা দেবী ইমাদা ঈশিং হৈয়ু, ইমানা শাউবা ফরবদি শোয়দনা ফগনি।

"হোই মহীরী, অদুমক তৌগনি" ব্বাবেপ লৌথ্রে। অঙকপা ব্বানি। মথংগী নুমিত্তগী লাইহৌ ফখরে। নুমীৎ তরেৎনিগী মনুংদা পোকথোকপদুসু কংখ্রে। থা ১ ফারকপদদি মধু পূমফ ফবে। মমাগী তপস্য মহৈ য়াল্লে।

মমানা মাগী ব্বারেপ মতুং ইন্না দেবী ইমাদা ঈশিং হৈবা থোরকই। ইরুরগা অচোৎপা ফি শেৎলি। কোরীগী খুজাইদা অশেংবা ঈশিং শোকলে, নীম মনা থাদরে। নীম পাম্বীদো ফালং অমরোম লাপ্পনি। মমানা অহানবা ওইনা শাংনা খুরুম্মী। অদুদগী খুৎ লৈরিবা মফমদুদা খোঙনা নমদুনা হৌগৎলকই, অনীশুবা ওইনা শাংনা খুরুমলকই, অদুদগী অহুমশুবা, মরীশুবা অসুন্না তপ্না-তপ্না মাগী তীর্থ যাত্রদো হৌরকই। খুনগী নুপীশিংনা ইমাগী দশর্ণ তৌনবা লোইনা, পূন্না লাকই। মাগী মতুং ইন্নরকই। তরা, তরামথোইরক খুরুম্নবগী মতুংদদি শ্বর মপী হোনবা হৌবকই। ঙাইহাক লেপ্তুনা পোখারগা অমুক মাঙদা চৎখৎলকই। থা ১১/২ গী অহীং তুন্নকতবগা কন্না শু- নোম্বনা মরম ওইদুনা কংলবনি, পাঙ্গল য়াওদ্রবনি। অদুক কনবা খুৎশু মাগীদমক অব্বাবনি। অদুবু মাগী অনীংবা মপুং ফানবগীদমক, পাঙথোক্তবা য়াদবা অনীংবগী শক্তিনা ফালং অনীগী যাত্রদি পূক্লা শিত্তুনা লাকখিবনি। দেবীগী মনাক য়ৌগদবা গজ ১০০ দি লৈরমখিবা য়ারি। মতমদুদা চোকথরে। জ্ঞান মাংবশুম তৌরকই। মহীরীনা কপ্নীংলবা

খোঞ্জেন্দা লাউরকই "হৌগৎলু ইবেম্মা! খরাগা ঋথলিনে।"

যুমলোন্নবা নুপীশিংনসু— "রাণী ইমা! খরাবিক্তং চৎখোনে"

অসুন্না যাত্র লোইশিনখিবনি। দেবীদা ঈশিং কৎখিবগা লোয়ননা মাগী মায়থোঙদা ফংঙমদ্রবা মঙাল অমা লংখৎলকই। মথৌ পাংবা ঙমখিবগী থৌনাগা লোয়ননা মোমোন নোক্রকই। মসিদসু ঙন্নবদি শিরবসু য়ারে মতানি। মাগী পুক্তো হুদোক্রবনি মদুদগী চেনথবকপা ঈতনা অচোৎপা সাড়ীদা পুমঙাং-ঙাংলকই। ঈগা লৈখোমগনা পুমতৈ তৈরকই। জ্ঞান তাদনা পুং অনীরোম তাদুনা লৈবনি। খুনগী মীশিংনা মোইবুং খোঙদুনা মায়পাকপগী জয়-ধ্বনি তৌবকই।

ষণগাডীদা হাপ্তুনা পুরকই, অদুদগী থা ৩ ফাও নাদুনা হৌগৎতে। মশা ঙমদদুনা হৌগৎত্রবসু মপুক্লিংগী শান্তি মপান নাইদে। করিগীনো হায়ববু মচা হীংলবনি। মপাবুংনা ঋবীসি লীবা মতমদা মহাক্কী মীৎলুদা পিরাং ঈহৌরকই। মধুসুদনসু হীক—হীক কপলকই। অঙাং ওইরিবনিদো।

"ইমা ইমা" নহাক্কী লমনসিবু করিনা শিংজবা ঙমগনি? ঐগী উনশানা খোঙউপ ওইনা উপ্প ফাওবা নঙগী লমনদি শীংবা ঙমলরোই। অদুগা অদুক থুনা চৎখরে। নহাক্কী সেবা অমতসু তৌবা ফংহৌদরে।

ঙসি এম বী বী এস পাস তৌদুনা হরাওবগী পাউ তারবসু মধুসুদন মপুক্লিংদা মমাগী থৌদোক খুদিং নীংশিংলকই। থম্মোয়না কপ্পীংলকই। কয়া কুইনা অসুন্না কপ্তুনা লৈরুরিবা।

মমা লৈবগী নুংঙাইবদো মাগী মরায়বক্তা তশ্বীরমদে। মসি মানা তশ্বা ঙশ্বা নত্তে। মাগী শক্তি মনুংদা লৈবা মমাগী অনীংবা মতুংইন্না ডাক্তর ওইবগী জ্ঞানসি লায়ব-অনং, অরা-অনাগীদমক, মরু ওইনা নুপী ওইবী জাতিগীদমক ওইগনি। দেবীগা মান্নরবী মমাগী অনীংবা মপুং ফাহনগনি। মদুনা মমাগী আত্মা শান্তি ওইবা ঙন্নগনি।

মবমসিনা জিলাদুদা মশাগী লমদা হিদাক শঙ হাংদোকপা মতমদা চাবোকশঙ অমদি শোযদনা থন্নবা ঋরেপ লৌরবনি তৌইশুশ্বসুং মদুগীদমক্তা পঙ্খুংনা মরু ওইনা খনবা ডাক্তর অমগী দরকার ওইবিবনি। অদুবু, মাগুম্বা, নৌনা তন্নক্লীবা, নহা অমগী লায়বক লেপ্পবগীদমক্তা কবম্বা নুপী ডাক্তবনা যাবীরক্কনি? মদুসু অরুবা ঋফম অমা

ওইবি। ব্রাহংসি লাকপদা অবাবা অমা ওইবকই। অদুবু মানা সুম নীংশিংলকপদা নুপী অম খক্কী মমিং খল্লকই সুশীলা বাজেশ্বব।

অদুবু মহাক বোম্বাই থাদোক্তুনা অপিকপা সহবসিদা লাকপা পাল্লমগদ্রা? মদুসু খঙদে। মাগী শেল থুমগী ফিভম কবম তৌবিবা? লুখ্রাবীনি হাযবদি শেংলে। অদুবু কয়া যাম্বা মাগী মখা পোন্না লৈবীবা? নুমিত্তুদা উনবদগী হেন্না কবিগুম্বা মফমদসু উনখিদে।

মদু ওইদুনসু শকউদবা শক্তি অমনা হাযবকপগুম তৌই। মাগী মতেং শোযদনা ফংবা ঙমগনি। কবিগুম্বা মানা যাবিবক্তবদি? অহৌবা মক্তদা অমঙ্গলগী ওইবা খুদম ওইগনি। অদুবু হোৎনদুনদি যেংবা তাই।

# চিঠি অনী

ডাক্তব মধুসুদন নোংঙানবগা সুশীলা রাজেশ্বরগী মিংদা চিঠি ইরকই

নুংশিজববী শ্রীমতি বাজেশ্বব,

অদোম নীংশিংলমগনি কীং এডবার্দ মেমোবিয়ল হোসপিটালগী মেটরনিটী ব্বার্ডতা লাইবক থীববী গুজবাতী নুপী অমগী চাবোকপদা অদোমগী মতেং ফংজখিবদো। অদোম্না 'মোম্বই ক্রোনিকল' দা থেংনবিবম্বসু যাবে। ঐহাক এম বী বী এস পাস তৌজবে। ঐগী অনীংবদি যাম্না থুনা প্রাক্তিস হৌবনি। সরকাবগী থবক তৌবা পামজদে।

হৌখিবা থাদা ষ্টেট ইস্পেক্টব জনবল আফ সিবিল হোস্পিটাল অশোমদা লাকপদা উনজখিবনি। মহাক্সু ঐবু পূক্লিং থৌগৎপিবম্বনি। ঐগী ফল ফংবগা থুনা এসিষ্টেন সর্জন ওইনা পাপ্লীগে। অদুবু পাসতি তৌবে। সবকাবগী থবক তৌবগী আশা লৈজদে। মনীং তম্বা হোসপিটাল অমা হাংবা পাম্মী। মদুদা প্রাক্তিটস তৌনবনি।

মসিগী মবম অমসু ঐনা থাজবা লৈ। মতৌ অসুম্না প্রজাগী সেবা, মরুওইনা নুপী জাতিগী সেবা তৌবা ঙমগনি। শেল তান্দুনা তুংশিনবা পামজদে। ইজ্জৎ লৈনা হীংজবদুনি পামজবিবা। যাম্না নুংশিজববা ইমাগী অবোইবা আশাসু মসিনি।

ইমানা মাগী অবোইবা আশাসু ঐনা ডাক্তব ওইদুনা অবা-অনা অমদি মবাযবক থীববা নুপীশিংবু সেবা তৌদুনা অঙাং শিবা অমদি চাবোকপা মায পাক্তবশিংগী মশীং হম্থহননবা হোৎনবদা পুন্সি চুপ্না লেনজবা ঙম্বা অসিনি। মসি ঐগীদমক্তী শেংলবা যাথং অমসুনি। ঙসিসু ঐগী অনীংবদি অসিগুম্বা শেংলবা যাথংসি মপুং ফানা পাংথোকপা অচেৎপা ব্বাবেপনি। ঐগী অসিগুম্বা পুন্সিগী থবকসিদা মতেং পীবা ঙম্বীগদবা? ব্বাহংসি হংবা ঙমজবগী মবমদি নুমিত্তুদা মেটবনিটি বার্টতা অদোমগী পাবসোনেলিটিগী মওংদু

উজখিবনি। মদুনা ঐঙোন্দা য়াম্না লুনা প্রভাব তাহনখি। নুমিত্তুদা ঐনা উজবা ফংজখিবদি অদোমসু সেবাগী ভাব লৈ হায়বসিনি। মসি ফিদম ওইবা অনাবগী সেবাগীদমক দরকার ওইবনি। পুম্নিগী পম্বুংগী ওইবা থৌইনসিন অমনি হায়না লৌজবনি। মরমসিনা অদোমগী মতেংগীদমক্তী মমল নাইদ্রবা অমনি।

অদোম্না মসিবু য়াবীগনি হায়না অশা তৌজে। অদোমগী শেল থুমগী ফিভমসু খঙজদে। মুম্বাই থাদোকপা পাম্নমগনি হায়বসু খঙজদে অদুবু ঐনা থাজবা অমদি লৈজে। অহানবা বাহংগীদমক্তদি নীংবা কায়নীংঙাই লৈতে। করিগীনো হায়ববু ঐগী আয়সে অদোমগা য়েননবা শেম শাজরে। অদোম্বু সারভীস তৌনবা নত্তে, মতেং পাংবীনবা বার্তন তৌজবনি।

অদুগা মুম্বাই থাদোকপগীদমক্তদি মফমসিগী হৱা-নুংশিৎ য়াম্না ফৈ। অদোম্না মুম্বাইদা পুম্নিন্দুনা থম্বগী মরম লৈত্রবদি অদোম মফমসিদা য়াম্না শান্তি ওইনা পুম্নি লেনবা হেন্না পাম্বীগনি।

ঐহাক অদোমগী পাউখুমবু খৌরাংনা ঙাইজরি। করিগুম্বা অদোম্না অয়াবা পীবিরক্লবদি ঐগী মঙলান্দো মঙফাওনবগী আশা তৌজবা য়ারে হায়না লৌজরে। মদুগী নুংঙাইবদুদি অদোমনসু ভাবনা শাদুনা খঙবীবসু য়ারবনি। করিগুম্বা য়াবিরক্তবদি...।

অদু ওইরবদি ঐনা করি তৌগদবনো হায়বা খঙজদরে। ঐগী মঙলান্দো লোইনা কায়খরে হায়বদি ঙমজদে অদুবু হৌবমক্তদা অসুম্না অকায়বা ওইরবসিনদি করি ওইরক্কনি হায়বা খঞ্জবদা লুনা থোক্কনি। করিগুম্বা মতিক চাবী নুপী অমগী মতেং ফংদনদি মদুদা ঐনা করিসু তৌবা ঙমজরোই। ঙসিদি ঐনা অদোম্বু নত্তনা কনাগুম্বা নুপী অমত্তসু উজবা ঙমজদ্রি। অদোম্না খঙলিবদুনি চাবোকপদা নুপা ডাক্তর অমগী থবকসি শরুক খরাদনি।

থোইদোকপা করিবু ইরুনি। ঐগী তৌগদবা থবক্কী মওং মতৌ খরাদনি। লায়বক্তী অদোমগী পাউখুমগী মখা য়াম্না পোল্লী।

(ডাক্তর) মধুসুদন

নর্স সুশীলাগী খুৎতা চিঠি পাইদুনা লৈরে মতমদুদা য়াম্না ঙকখিবনি। চিঠিসে থাজদনা অদুক্কী মতিক নুংঙাইজে, করিগীনো হায়ববু মাগী পার্সোনেলিটিগী মরমদা ঙসি ফাওবা কনামতুনা খঙবীদে। মেমোরিয়ল হোসপিটালদা মাগী রেকোর্ট লৈ অদুদা হাউস সর্জন অমদি ডাক্তরশিংনা মাগী থবক্তা য়াম্না পেনবী মসি পূক্লিং লূমজবগী য়াফমদনি। মসিনা থম্মোয়বুদি শোকপা ঙমদে। ডাক্তর মধুসুদন চিঠিদা ইহান হেক হান্না মাগী মতেং নিরক্লীবা মীশক্কী, হায়জরকপনি করিসু লৈতবদি নত্তে। মানা খঞ্জরকই মহাকসে নর্সশিংগী মরক্তগী অথোইবা ওইরবনি, মসি খঞ্জবতদা য়াম্না নুংঙাইজবা অমা ফাওজরিবনি।

সুশীলা নৌনা লুখ্রাবী ওইরবনি। হিন্দু সমাজদা লুখ্রাবীশিংগী পুন্সি অৱাবগী মশকনি। পূন্নমক লোইনা খঙনরিবনি। নুংঙাইবা অমদি মীনুংশিগী য়াফমদি মহাক্না সুংফং ফংজদ্রবনি, হোই মহাক্কী মীনুংশিগী মফমদি মাগী মমাদনি । মহাকসু মমাগা লোয়ননা লৈরিবনি। মহাকসু জাতিদদি সরস্ব ব্রম্মাণনি। চহী ১২ দা লুহোংলবনি। অদুগা থা ৬ গী মনুংদা মপুরোইবা প্রেগনা নাদুনা শিখিবনি। মদুগী মতুং চহী তরামাথোইদি কনার্টক্তা অদুম লৈরম্মী। মকুবোক লৈরিঙৈদদি খরা ফরম্বনি, মানা হেক লৈখিদবদগীদি মনাও নিপানা নীংথিনা লোয়নবিরক্তে। মরমসিনা মাগী শরুক্তু মনাও নিপাদুদা য়োনশিল্লগা মমাবু পুদুনা পুনাদা লাকখি। সেবাসদন্দা মিংচন্দুনা মেট্রিক ফাওবা তম্লখিবনি। মতুংদা বী. পী. এন. এ. গী নর্সিং অমসুং মিট ৱাইফ কী ডিপ্রোমা ফংলবা মতুংদা মুম্বাই কীং এডবার্ড মেমোরিয়েল হোসপিটালদা থবক ফংদুনা মফমদুদা চহী মঙা/তরুক লৈরকপনি।

মশাগী প্রেম য়াওদ্রবা, নাইতোম তারবা, পুন্সিদা শক্তি পূন্নমক খোমজিন্দুনা থমজরকপনি। মহাক্না নর্স ওইরিবদু সুপ্নগী পূক্কীদমক্তসু নত্তে সেবাগী থবক্তসু পূক্লিং চঙজরকপনি, মহাক্কী নুপী ওইবীগী বাখল খুদিং মমা ওইবা ফংজদ্রবসু অনাবা সেবাদা পূক্লিং লূপশিঞ্জরি। নোকপা অমদি ফাগি মাগী পুন্সিদগী লাপথোকখ্রবনি। অদু ওইদুনসু মাগী থম্মোয়দা অরুবা অমদি অয়াকপা অমত্তদি লাকখিদে। মাগী থম্মোয়গী ফজবদুদি মাঙখিদরি মরমসিনা মাগী থবক্তা মীনুংশি ফোঙদোকপা ঙমলিবনি।

নুমিত্তুদা মধুসুদনবু য়াম্না ঙক্না য়েংজখিবনি, মতমদুদা নৌনা পোক্লক্লীবা অঙাংদুগী

মমা লৈখিদবদা লাংতক্লখিবনি। মসিগী মমাঙদা পবেনগী অবিবা লৈকাযদা থবক শুবশিংগী সেবা তৌবদসু অদুগা হোসপিটালগী থবক কয়াদা যান্না পূক্লিং চঙনা পাংথোকপা থেংনখি। মাগী মতৌদা, ফিদমদা, লূপশিনবা, ফিদমবু পামজবা, অনীংবদা পাংথোক্লবা হোৎনজবগী মমি তাই। অদুদা তয়াং-তশোইবা অঙাংগী ওইবা মতৌ খক উদে, মদু মাগা লেঙমানবা ছাত্রশিংদা অয়াম্বনা উবনি।

নর্স কয়ামকম অমদি লেডী ডাক্তব কযাগা নক্লা লৈমিন্নবকই। মখোয়দা মীৎনা ফাওবা যেংদে। মহাক্কী অবাংবা মবেপ, মপূং ফাবৰা হকচাং, ফজবৰা মশা ফবা সতপুবাগী জঙ্গলগী খূদোন্না, অঙৌবা, কুচু, মপূং ফাবৰা মাযথোঙ, তবাও-তবাওবা মমীৎ, হেক্তা প্রভাব তাহনগদবা মাল্লী। মহাক নুমীৎ খুদিংগী অঙৌবা সুট শেৎলি, মদু মাগী হকচাংদা পকচৈ। মাগী মতৌদা অঙকপা মখলগী চমজবা অমা যাওই।

ঙসি নর্স সুশীলানা নীংশিংলকই। মাগী চিঠিগী চীংলেম্বা মওংদা ৰাখল তৌবকই- মঙোন্দা নোল্লুকপদি কযাদনো? ডিষ্টিঙ্কসন' গা লোযননা পাস তৌববনি অদুগসু চিঠিদা মদুগী ৰা পনদে।

অতোপ্পা ডাক্তবগুম্না সবকাবগী থবক পামদে। নুপী ওইবীশিংগী সেবা তৌবা পাম্মী। মদু থোইদোকপা ৰাফমনি। মবমসিনা মসিদা মানা ঙমবা মখৈ মতেং পাঙবা হাযবসিসু মাগী তৌফম থোকপা মথৌমক্লী।

ডা মধুসুদন কয়াদা মমা নীংবা মচানো? মমাগী অবোইবা আশাবু ঈশ্বরগী ৰাহৈগুম্না লৌদুনা পুন্সি চুপ্পা মদু পাংথোকপদা শীজিন্নগদৌরি তৌইগুম্বসুং মানা খ্বাইদগী নুংঙাইজবিবদি মাগী মবমদা ফোঙদোক্লকপদুনি। গুণ পূন্নমক লৈজে মাসু খঙজবনি অদুবু মঙোন্দা কনামত্তনা হাযবক্তে, কনাসু ফোঙদোকপিদে, অসিগুম্বা মশাগী ওইবা মতৌসে থাদোকপা ঙমজদে।

মুম্বাইদা মাগী থোইদোকপা অপাম্বা লৈতে। নুংঙাই যাইফবা কাঙবুগীদমক্তি মযাপুবী ওইজববসু লাযববী থবক শুবশিংগীদমক্তি নবকপুবী ওইববনি। মুম্বাইদা মাগী থোইদোকপা হাযবৰু সুপ্নগী প্রেম যাওদ্রবা পুন্সিদুদনি। পুন্সিদা নুপীগী কবিবু অর্থ লৈবিবগে? মবমসিমক্তনা মখল অমগী মীনুংশি ফংদ্রবা অমদি নীংবা কাযবগী ৰাফম নত্তনা কবিবু হাযরুদনা কান্নগনি॰

মরমসিনা মমাদা ডা মধুসূদনগী চিঠিগী মরমদা তানরম্মী। মাগী বাহৌদোক্তুগীদমক পাউতাকসু পীবম্মী। অযেৎপা লৈতবা য়াবকই। কর্নাটকী অইংবা খুঙ্গংগী পুন্সিবু মহাকসু নুংশিজে। মুম্বাইগী অবাংবা মীয়াম্না কুংবা হৱা নুংশিৎপু থাদোকপদা কবিগুরুম্বা নুংঙাইতবা অমত্তা লৈতে।

নুমীৎ হৃমনি-মবীনিগী মনুংদা ডা মধুসূদনগী পাওখুম পীবকই—

শ্রী ডাক্তব সাহেব,

অদোমগী থৌজানগী মশক ওইববা চিঠি ফংজবে। থাগৎচবি। অদোমগী পন্নুংগী মবমদা ফোঙদোকপিবকপদো মদু খঙজবদা য়াম্না নুংঙাইগে, মদুদা ঐসু অপাম্বা লৈজে মবমদুনা অদোমগী বাফমবু তবাম্না ওকচবি।

ঐগী শেল থুমগী ফিভমদি সুপ্নগী ইমাবু যোকচবনি। মহাক মতম পুম্বা ঐগা লোযননা লৈজবনি। ইশাগীদি শিবা-চঙবদা লোযনজবগদবনি। মদুদা পৈশাদা থোইনা মিহৌজবা লৈজদে। অদোম্না ঐগী মবমদা বাফম খবা ফোঙদোকপিকপদু মদু শোযদনা ওইজবা ঙমজবা মদুনা ঐগীসু অপাম্বনি।

অদোমগী

সুশীলা বাজেশ্বব

# সেবাগী লম্বীদা

ডা. মধুসুদনগী হিদাকশঙ অফবা নুমিৎতা হাংদোক্লে। করিগীনো হায়ববু মাগী প্রাক্তিস মপূং ফানা চৎথবদা অপনবা লৈতনবনি। সহরদুদা অতোপ্পা মতিক চাবা ডাক্তর অমা/অনীসু লৈ। অমদি হোমিয়োপেথনি। অয়ুর্বেদিক লায়েং তৌবা অহম মরী মাইবগী লৈ। অদু ওইদুনসু মাগী থবক ফজনা চৎথরি। জিলাসিগী খ্বাইদগী মকোক থোংবা ডাক্তব বার্মবুসু তশেংনা মায়োক্লনা থেংনবকপদা চিংনবা পোক্লকই। মহাক্তি চহী ১২ রোমগী মমাংদগী লৈরক্লবনি। মধুসুদননা থা খরাসিদা মাগী মফম ফাওবা লেঙহনবগুম তৌবে। শেল থোকপদি হেল্লম্বা যাই। মীনা নুংশিবদি থগাইমুক শাংনা হেনম্রে। মসিগী মবমদি মাগী ফজবা লিচৎনি।

তোঙান তাঙানবা শিনফম শুবা মীওইগী লিচৎসু তোঙাল্লী। খবাদি পোকপদগী ওইরকপসু য়াওই। অয়াম্বদি পুন্সিগী শিনফমদগী ওইরকপনা অয়াম্বনি। পুলিস অফিসার অমনদি মীওইবসে ফত্তবনি, মিনম শোরীবনি, মখোয়সিদি চৈনা চুমথোকপা নত্তনা অতৈনা য়াদে অসিনি। সিফাই অমগী পূক্লিংদা নোংমৈনা য়েক্লবা অমবু লোইশিনবা ওইবগী বানি। জেলগী অধিকাবী অমনা খল্লী-কৈদী পাপীনি বদমাশনি। মখোয়দি খোঙপাক্লা কাওদুনা, খূৎ চনগদবনি। চহী কয়া থবক তৌনা তৌনা মখোয়গী লিচৎ অদুম ওইখিবনা য়ুমগী নুপী-অঙাংদসু মতৌ অসুম তৌনা ব্যবহাব তৌরকই। মদুগী মনুং চন্দবদি খরাদনি।

ডাক্তরশিংগী থম্মোয়দা বার-নারবশিংবু নুংশিবা অমদি সেবাগী বাখল চেল্লী। শিগদৌরবা মীদগী ফীগীদমক খূৎ তিংথোকপা অমদি হিদাক কাপশিনবা ডাক্তরসু য়াওদবা নত্তে, পৈশাগীদমক্তা। মধুসুদনদদি অসিগুম্বা বাখল লৈতে। মহাক্কী লিচৎ অমদি অপাম্বা পূন্নমক মাগী শিনফমগা চানজবনি। করিগুম্বা কনাগুম্বগী কৌবদা

চৎতবা য়াওদে। পৈশা ঙাক্তগী খনদে। ইনাক-কৈবাক খুনবনা পীবকপসু অদুম লোই লাইববর্নদি অপিবা লৌই অদুগা কবিগুম্বদা লেম্না 'ভিজিত' তৌই। হিদাক লেম্না পীবম্মী। কবিগুম্বদা শঙ্গোম অমদি সাবুদনা লৈনবা পৈশা লৈতবা থেংনকব্বদি মদু মঙোন্দগী পীবম্মী। লাইববা ছাত্রসিংদি মাগী মফমদা পবেং পবেংনি। জাতি খুদিং মীওই খুদিং মাগীদা লাযেংবা লাকই। খেন্নবা লৈতনা পূক্লিং চঙনা লাযেংবা ঙাক্তনি।

লাইববনা মাবু ঈশ্বরগুম লৌনৈ, মসিদা ওক্নীংঙাই লৈতে। মফম খুদিংদা মহাকপু তবান্না ওকপা ঙাক্তনি। মানা চৎখিবা মফমদা অনাবশিংনা হবাও-হবাও অমদি তবান্না ওকচৈ। মাগী মাযথোঙদা মতম লৈবা খিবিক্তা মোমোন মীনোক্লা লৈতেংবনি। মীৎযেংনা মীনুংশিনা থল্লী।

অমবোমদা ফজবা, মশাগী ওইবা মীওই মীতৌ অদুগী মথক্তা পূক্লিং চঙনা সেবা তৌবা, খোইথুন্নববা ৱাখল মযামসিনা মফম খুদিংমক্তা যাম্না নুংশিনা কৌনবকই। অনাবগী কাদা মখোঙ থাঙজিনবদতা অনাবদু তম্মাই অমদি মযেং তাখিবগুম তৌই। অনাবগী মথম্মোযদা আত্মবিশ্বাস পোকহনবা ঙম্বা অদুগুম্বা অঙকপা গুন চেল্লী। মসিনা মবম ওইদুনা মশামক্লসু থম্মোয যাওনা অনাববু মতেং পাংই, অনাবদু যাম্না কনবা ওইদুনসু মদুদগী নাম্থোক্লবা হোৎনবকই। খুদক্তা হিদাক পীজবগী মহুক্তা মাগী ৱাহৈদুনা হেন্না প্রভাব তাই। মাগী নুপা অমা ওইবগী মতৌনা বিজলীগী মতৌগুম প্রভাব তাবা হেল্লী মাগী মখুত্তা মিংচৎ লৈবগী মতিক থম্মোয়দা মীনুংশি লৈ।

মসিগী মথক্তা হৈশিংবা হেনগৎলকপগা লোযননা মীওইবগী হকচাং ফনবগী মবমদসু পূক্লিং চঙলকই। কযাদা মগুন লৈথ্রবনো? ৱাহংসিমক লাইববা লাইবিক হৈতবা অমোৎপা অসিগুম্বা অভিশাপ অমদি ইতিহাসিক ওইনা দেশকী মীওই খুদিংবু মাঙহল্লীবনি। লাযববনা চাবা অমা ফংবা ঙমদে, অনাবা যেংনবগী শক্তি কদাযদগী লৈগনি? লাযববদগী হেনবা পাপ্পু অতৈ অমা লৈবিবরা? মবমসিনা শিক্ষ কবম ফংবা ঙমগনি।

লুবা নানবা কবম তৌনা তমগনি? অসুক যাম্বা ৱাহংশিংসিবু পাউখুম পীবা ঙম্বা মীওই অমা/অনীদগী বা নত্তে। মসিগীদমক্তদি দেশ থুংনা হোৎনমিন্নবা তাই। অদুগা মসিসু মনীং তম্বা য়াওদনা ওইথোকপা নত্তে। লায়ববগী য়াম্না তোল্লবা মতৌ উরুবগা

ডা. মধুসুদনগী মীৎলুদা পিরাং ইহৌরকই। তশেংনা মখোয়গী পুন্সিবু পুন্সিরা ? ইকাইবা খাঙনবা ফি লৈতে, পূক থন্নবা চিঞ্জাক, মখোয়গী মশাদি করম তৌবগে ? শরুদা উনশানা কুপ্পা ময়া মচিনবান্দগী হেন্দোক্লবা, খজাই চপশিল্লবা, মীৎকুৎশি কুৎলবা মীওইবরা ? অশিবগুম, সুপ্নগী নুংশা শ্বর হোল্লীবসিতনি। খোঙথাং অমদা অশিবগী খয়াৎতা তাগদবগী ঙাইদুনা লৈরবনি। কবিগুম্বা লায়না অমা লাক্লবা লায়চৎ থোক্লবদি মদুদা লাক্ষ-লাক্ষনা খুজিং ওইদুনা শিবগনি। মদুসু তুমিন্না, লাইবক্তা তম্বনি, পৃথীবী ইমাগী অশাওবনি, মহায়বনি। মধুসুদন খল্লকই— মফমসিদা মীওইবগী পুন্সিসে কয়াদা মমল য়াওদ্রবনো ? শিবা-হীংবগী পনখৈ লৈতে, মবমসিদা মীগা-শাগা করিসু খেন্নবা লৈতে। দেশসিদা লাইবক থীবগী পনখৈ লৈতরবরা ?

ডা. মধুসুদন খঙজৈ অসুপ য়াম্বা ব্রাহংশিংসিগী পাউখুম পীবা ঙম্বগী পাঙ্গল মঙোন্দা লৈতে হায়বা। মাগী পিকখ্রবা শিনফমসিদা, খজিক্তং ওইরবা পুন্সিসিদা অদুবু মাগী মায়কৈদগী মীওইবগী অৱাবা-অনাবসি খবাদং ওইববসু কোকহনবা ঙম্নবা হোৎনবা হাযবসিমক মাগী অমত্তা ঙাইববা পন্থুংনি। মিকুপ-খুদিং পুংজা খুদিং মাগী থম্মোযদা মীওইবগী অৱা-অনাগী ৱাখল খন্দুনতা লৈ। মদুগী লায়েংবদা পূক্লিং চঙজৈ। মহাক্লসু খঙজবনি অসুক চাওরবা চীংগুম্বা ৱাহংশিংসিগী পাউখুম মাগী নাক্তা লৈতে অদুবু খবামখৈ হোৎনদুনা মযেং খবা তাহনবা ঙম্লবদি মদুদসু নুংঙাইজবনি।

মাগী লাইবক ফবনা নর্স সুশীলাগী মতেং ফংলিবনি। মাগা ৱাখল অমদি পূক্লিংগী ইহুন মান্নবনি। ডা মধুসুদনগী থৌনা লিংজেনসু মানসু খঙজখ্রবনি। অদুনা মবানীমক কন্নানা হেনবগে হায়দুনা চাংয়েং তৌনবকই। মদুদা কয়াবক হন্না মধুসুদন মাযথীখ্রবনি মবমদি মাদি নুপীনি। পোকপদগী সেবা তৌবদা মতম লৈবা খিবিক্ত থাদোকপগী অশেংবা মূর্ত্তিনি। মায়থীবা খুদিং মধুসুদননা নুংঙাই অৱাবা লৈতে অসিগুম্বী নর্স অমগী মতেং ফংজবদি লাইবক ফবনি হায়না লৌজবনি।

ডা. মধুসুদনগী প্রাক্টিটস অমদি মেটর্নিটি হোম মতিং লৈনা অমদি পাক শন্না চৎথবকপসিদা ঙক্লীংঙাই লৈতে। ডাক্তরদা ভিজিট চৎপদা মতম শংদে, মাগী হিদাক শঙগী মমাঙদা মীয়াম তিনবা লোইবা নাইদে। নর্স সুশীলাসু মীকুপ অমা ফাওবা পোত্থাবা ফংজদে। মবানীগী মীংচৎসি সহরসিদা নত্তনা জিলানচিংবা হোস্পিটাল

লৈবা মফম ফাওবা শন্দোকখিবনি।

নুমীৎ চুপ্পা কন্না নোম্নুরবা মতুংদা মধুসুদন নুমিদাং তুম্নবা ফি হোংদোকপা মতমদা মশাদু চোকথবা খণ্ডলকই অদুবু পূক্নিংদি অণ্ডকপা ফংনা হরাও-তয়ামজে। মানা মাগী পুন্সিগী মিশন মহৈ য়াম্নে হায়বগী খুদম উজবা ঙমজরকই, মপূক্নিংদা শোনজবকই ইমা নঙগী আত্মানা হৌজিক শান্তি খরাদি ফংলরিগনিকো?

অদুবু নর্স সুশীলাদি? মাগী পূক্নিংদা করি থল্লীগনি?

# ইমা সেব্বিকা

অহীং পূং ১১ তাখবে। মপান্দা নোং কন্ননা তাবি। শুক্লা মম্মী। নর্স সুশীলা চাবোকশঙগী অকোইবদা কোযনা চৎলি। মাগী খোঙথাংদা লাংতক্লনা উবি। মেটর্নিটী হোমদা ফমুং তকক লৈ, তককমক হাঙদে। মদুগী মনুংদা অহুমদি ফ্রীনি। অহুম অমগীনা ময়ায ওইবা ইমুংগী নুপীশিংনি, ফী ফংগনি। অদুগী মনুংদা অমদি অঙাং উনবে। অমদি খবা বাৎলি, লাইববী চাবোকপী অমদি মতম যৌববনি। চৈনাখোন্না বাববনি। য়াম্না শোল্লি। কবি কবম থোকবনো খঙদ্রি। মসিগীদমক্লী নর্স সুশীলা য়াম্না লাংতক্লনা মপান অমদি মনুংদা হনগৎ-হন্দা চৎলি। মধুসুদনদা পাউ থাব্রবনি। মহাক লাকপা ঙাইবিবনি।

মিনিট অমগী মনুংদা চঙদুনা চাবোকপীদুবু যেংলবি অদুগা মপান্দা অমুক থোক্লুনা ডাক্তবগী গাড়ী মৈঙাল যেংবদা লাংতক্লবিবনি।

ডাক্তব সহবগী মতাইদা অপিকপা বঙ্গলা অমদা লৈবনি। চহী অমগী মনুংদা মহাক্কী চেন-চোংবগী অদুক্কী মতিক তঙাইফদবা লৈবনা মোটব কাব অমা লৌবে মদুসু থাগী শেনথং পীগদবনি। হিদাকশঙ অমদি চাবোকশঙ বিল্ডীং অমতদা লৈবনি তৌইগুম্বসুংসহবগী ঙমখৈদা লৈবনি। মদুগী মতুংদা যুম ১১/১২ শুম্বদমক লৈবম্লগনি। হিদাকশঙদা পূং ২৪ দি মীনাই অনী লৈবনি। মেটবনিটিদি যাম্না চাওবা হোল অমদনি, মদুগী নাকন্দা অপিকপা কা অমসুং লৈ মদুনা নর্স সুশীলাগী মশাগী পোত্থাফম কানি। মানা কবিগুম্বা অহীং চুপ্পা হোসপিটালদা লৈবা তাববদি মরক-মবক্তা পূং খবাগীদমক লাক্লুনা পোত্থাবে। মদুগীদমক মফমদুদা ফমুং ১, অবাম চৌকি ১, অচম্বা চৌকি ১ অমদি টেবল ১ লৈ। অলমাবী অমদা লাইবিক খবা, কাতি অমদি চা-চিনীনচিংবগী ডিববানচিংবা থম্মী। কাসি মাগী লনাই কানি।

থাপ্না মানা ডাক্তবগী মোটবগী হোর্ন তাববা, মাগী থাউমৈ মঙাল উবকপদগী মঙোন্দা থৌনা লাক্লুনা মাযথোঙদা হবাওবগী মমিগা লোযননা মোমোন নোকচবি ঙসি চাবোকপীসিগী মবমদগী অমুক হন্না ডাক্তবগী দর্শন ফংজগনি অমদি তাংনা ফংবা উনবা মখল অমনি। অদুনা যাম্না ইংনা নুংঙাইজে।

ডাক্তব মোটবদগী কুমথবক্লুনা মাঙোন্দা কাবক্লে। মহাক্কী হকচাংদগী নোংলিকশিং তাবক্লী। মখুৎনা মাযথোঙ অমদি শমদগী তাবকপা নোংলিকশিংদুবু নাম্বোক নাম্বোক্না হংলকই— 'কবমদৌবি?'

"ফিভম কযা ফগদবা মান্দে"

"মতম যৌবক্লববা?'

"অগোই মতম অমদা হেক্তা 'ডিলীববী' তৌবা যাই। মদুগী তুংদা কবম থোক্কবা হাযবা ঙমদে।"

"হুঁ" ডাক্তব অসি হাযবদুনা ব্বার্ড লোমদা খোঙকাপ লাওবকই।

ডাক্তবনা ইঞ্জেকসন পীবে। হিদাক পীথক্লে, চাবোকপীদু জ্ঞান মাংলকই। যাম্না ব্বানা মিনিট ২৫ শেম ঙাইবা তাখি। অমুক নাহেবা হৌবকই।

ডাক্তব মাগী ফমুং মনাক্তা স্তুন অমদা ফম্মী। নর্স সুশীলা ফমুং মযাদা, নকনা লেপ্লী। মবক মবক্তা ডাক্তবনা মবুক্তা নানবীবী মাযদগী হুমাং তৈথোকপিবী।

পুংমুক হোৎনববা তুংদা 'ডিলীববী' তৌবে। য়াম্না মুশুক মুববা পিশক পিকপা অঙাং নুপা অমা ফংজবে। অদুগী চাবোকপী জ্ঞান মাংলকই। ডাক্তবনা মিহুন যেংই যাম্না পিথব্রে। হার্ট কী ফঙসন তৌনবা ইঞ্জেকসন অমা অমুক কাপ্লে, মমীৎ পাংথোবকই অদুবু অঙকপা অহাংবা মতৌনি। মহাক শিনবগী শেম-শাববনি, হীংনবগী আশা মাংখ্রবনি। শিবদসু মহাক্কী অকিবা নৈতবে। লাযবক্তা শিবা তম্বীবক্রবনিনা শিবা তাবনি।

অসিনি হিন্দুস্তানসিদা থাজনবিবা অন্ধবিশ্বাস মসি ডাক্তবদি যাম্না শাওনীংই। অনাবনা অবোইবা মিকুপ ফাওবা থৌনা থাদোক্রবদি তশেংনা মহাক শিবদগী কনবা ঙম্মী। অদুবু যাম্না থুনা থৌনা হেক্তা থাদোকনৈ অকম লাইহৌ নৎত্রগা মলেবিযাগী লাইহৌ ওইববসু শিবগী মবমদা হেক্তা খনবা হৌবকই। মসিদবু হিদাক্লা কবি তৌবা ঙমগনি?

মহাক্কী লায়েংদা থৌনাগী অনীংবা শক্তি হৌগৎহনবসি য়াম্না মরু ওইবা অমনি। নর্স সুশীলাসু ৱাফমসি খঙখ্রবনি। মহাক্না চাবোকপীগী মমাঙদা, মীৎমাংমক্তদা হায়রকই— "য়েংউ ইচানুপী, কয়াদা ফজখ্রবা, নুংশিখ্রবা অঙাংনো নঙগী নচাসে? কোইরাওনরবা মমীৎ অনী, ফজরবা মনাতোন, মাগী মকোকসি যেংউ কয়া চাওখ্রবা সরদার অমগীমুক, মচিনবান তঙাং তঙাংলদনা তপা তপা তনৌ তনৌ, ঐখোযগী ৱাণীনা মাবু খোম পীথক্কুনা য়োক্কনি, থাক্কনি। মানা চাওরগা, চাওব কাংদোং ফাবক্লগা পৈশা তান্দুনা অহল ওইরবা মমাবু পীজগনি। যেংউ ইচানুপী, কযাদা নুংশিখ্রবা নঙগী নচাসে?"

অসি হায়বদুনা বর্সনা অঙাংদু মখুৎনা পন্নদুনা মমাগী মীৎমাঙদা লালশিল্লী। নর্সকী খোইথুম্নরবা ৱাহে ৱাতানা মঙোন্দা প্রভাব তাবকই। মাগী থম্মোয়দা কন্নাগীদমক নত্রবসু মচাসিগীদমক হীংদুনা লৈনীংবা পোক্লকই। মাগী নীংবা কাযকবা, তাইফেৎ তাইকরবা মায়থোঙদা নোকফেৎ তৌবকই। অশিবগী মাযথোঙ মাল্লুরবদু অহীংবা মীওই অমগী মতৌ মাল্লকই। পাঙ্গল লাকখিবনি।

ডাক্তবনা নর্সকী হৈ-শীংবা মতৌদুদা ঙক্না মীৎযেং থম্লী। সুশীলানসু মহাক্কী মীৎযেংগী অর্থ খঙনা মশাবু কাউজখি। চাবোকপীগী পুক্লিংগী ইহুনদা খুদোং চাবা লৌবগা ইঞ্জেকসন অমগা অমুক কাপশিল্লকই। মিহুন যেংবদা খবা কনখৎলকই। মখোঙ মখুৎ অশিবগুম ইংপক-ইংলুরবদু শাগৎলকপা হৌবকই ঙাইহাক লৈবগদি মিহুন চুম্না হুল্লকই। ডাক্তর নর্স অনীনা মহাক হীংলগনি হায়বা থাজবকই। হিদাক অমা পীথকপদগীদি নুপীদো তুম্নীংবা ফাওবকই। ঙাইহাক লৈবগা যাম্না নুংঙাইনা তুমথখিবাম্মী।

অদু উবদা ডাক্তব হরাও মোমোন্নরকই। নর্সলোমদা যেংলকই। নর্সসু যাম্না হবাওনা মোমোন তৌজরকই।

"মার্ব্বলস শীলাবাঈ, মার্ব্বলস"— ডাক্তবনা নোক্লদুনা হাযবকই। অদোমগী ৱাহৈশিংনা মঙোন্দা থবায় হাপখিবনি, নহাক কয়াদা মতিক চাবী মমা অমনো?

"অশেংবরা?" নর্সনা হংলকই। মাগী মায়থোঙদা হবাও-নুংঙাইবগী ঈথক হৌবকই। ডাক্তরগী ৱাহৈনা হবাও-ইনোৎ হাপ্লকই।

"লেঙবীবকউ ডাক্তব, কোফী থকখিসি। অদোম যান্না বাবীশ্রে।" অসি হাযদুনা লাংতক্লনা ডাক্তবরোমদা যেংলকই। কবি পাউখুমপীগনি? "থকলোই" হাযবসু ঙমদবে। মহাক্কী মনাক নকনজবা ফংবগীসু খল্লী। মাগী পূক্লিংদা মহাক্কী মনাক্তা খবা শাংনা লৈজনীংবনি। কোফিদি সুপ্নগী মমিংতনি।

ডাক্তবনসু নীংবা কাযহন্দবে। মহাক্কী থম্মোযসু হবাওজবিবনি কবিগীনো হায়ববু অনাবা অমগী থবায কল্লবনি। মবমসিনা হবাও-হবাওনা নর্স সুশীলাগী মতুং ইন্নবকই।

সুশীলা মাগী কাদা স্তোপ্তা লেপ্না-লেপ্না কাফি শেন্নী। ডাক্তব মধুসুদন মাগী তুংদা অবাম চৌকিদা পোখাদুনা মাবু যেংলি।

ঙসিসু নুপীসিগী মতেং ফংলমদ্রবদি কনানা খঙবা মাগী হিদাকশঙ অসুন্না চৎপা ঙমগদ্রা? মসিগীদমক্তা মহাক্কী পূক্লিংদা মতম লৈবা খিবিক্তা সুশীলাদা তৌবীমল খঙবা উৎচবনি মাবু থবক তৌববী নুপী অমগুম লৌদে, মহাক্কা মান্নবা থাক্তা থমজবনি। চহী অমা চুপ্না লৈমিন্নবকপসিদা মখোয অনী অমনা অমবু ফজনা খঙনববনি।

মিনিট ত্বাগী মনুংদা কাফী হৈদুনা মহাক্কী মমাঙদা লানশিল্লকই।

'শীলাবাই' ডাক্তবনা মীংসিদা নর্সপু কৌই। মানাসু পামজবনি। মহাক্কী খোঞ্জেন্দা পূক্লিংগী অনীংবসু ফোঙদোকপগুম তৌখি।

'অহোই"

"কবিগুম্বা মহাক লাকপিবমদ্রবদি, ঐগী মঙলান কবি ওইবমগনি? অসুন্না ঐগী প্রাক্তিস চৎথবা ঙম্নমগদবা?"

"কবিগী ঙমদনি? দেশকী ডাক্তব অযাম্বা ঐগী ইতেং যাওদনা থবক পাংথোক্লবিবসিদি?

"অদুবু ঐদি ঙম্নমগদবা মান্দে।'

'অতোপ্পগী মতেংদা অদুক যান্না আশা থম্বীদবা ফে"

"নহাক মীওইবনা অমনা অমগী মতেং যাওদনা পম্মুং যৌবা ঙম্বা যাই খনববা?"

"সুপ্নগী থবক পাঙথোকপগীদমক্তদি মীগী মতেং যাওদনসু পম্মুং যৌবা ঙম্বা যাই।"

"অদুগা পুন্সিদি"

"হোই পুন্সিসু। ঐখোয লৈবাকসিদা লাক্ষ কবোবদা লৈবিবা লুখ্রাবীশিংদা

হংবীয়ু, কযা কল্লবা হৌনা লোনচৎনা পুন্দুনা থম্বীবিবগে?"

ডাক্তব কবিসু হাযদে সুশীলাগী থম্মোযনুংদা ওমদুনা চাক্লীবা মৈচাকশিংদু, মীনুংশি যাওদনা, মমা ওইবীগী মমতাবু, নমথদুনা, অৱাবা পুন্সিদা লেল্লী। মসিবু ইংথনবগীদমক নৈন্নবা-ঙাঙনবা দবকাব ওইদে। কনাগুম্বগী থম্মোযগী দবকাব ওইবিবনি মসিবু লাইজ খিক্লেন চাইবীবা ঙম্বা।

নর্সকী অসিগুম্বা নাকনসি উকব্বগা ৱাজৈ? অদুগা লোযননা মীনুংশিগী ইহৌসু মপুক্লিংদা ফাওবকই।

"কবিগুম্বা শীলাগী পুন্সিবু খবাদং ওইববসু নুংঙাইহনবা ঙম্নবদি" হাযনা খল্লুবসু যাওই।

"ৱা অমা হংগে শীলাবাঈ, পাউখুম পীগদবা?" নর্স সুশীলা মিপাইবকই "কবিবু হংগে খল্লীবনো?" যানীংদবা ফোংদোকচবদি ঙমজদে। কবিগীনো হাযববু ডাক্তববু নুংঙাইহন্দবা পামজদবনা।

"হাযবিযু?"

"মুম্বাই থাদোক্লনা মফমসিদা লাকপদা নীংঙমদবদি লৈখিদেকো?"

"ঐনা কবিগুম্বা ৱাকৎখিববা?"

"ৱাকৎপদি অদোমনা কবিগুম্বদা তৌববোই অদুবু খঙনীংবা যাওবকই।"

"পুক্লিংদা মদুগী ৱাফমদু খলবীরুগনু।"

রুমান্না চীন খুমদুনা ফাক-ফাক নোকথোবকই

"ৱাফমদু অদোম্না ঙম্নবোই, অদোমদি ডাক্তবনি। হকচাংদা কবি অনাবা লৈবীবা, মদুদমক খঙবীযু।"

ডাক্তব ইকাইবপ তৌখিবনি। নর্সনা যাম্না হৈশিংনা ৱা থৈদোকখ্রে। মহাক্লা কবিগুম্বা খবাদি খঙখিবনি। নুপীগী আত্মা সংগমগী মবমদা খঙনীংববু মখা তাবা ঙমখিদবে।

# অঙকপা অনাবা

"ডাক্তব সাহেব ঐগী নুপীসি কবিনা নাববনো খঙদবে? চৎলগা যেংবীয়ু।"

নোংমা অযুক অমা ইনাকখুনবা নিপা অমনা হায়বে। "মহাক য়াম্না নীংবা কায়না উই, মতম অযাম্বা শাওগল্লী, তুম্বা যাদে। কবিগুম্বা অঙাওবীগুম ঙাঙ-শকই"

"চহী কযানো?"

"কুনমবীবোমদনি"

"অঙাং যাওবববা?"

"যাওজদে, মদুনা ওইবা জাৎলা?"

"লুহোংবা কযা কুইবে?"

"চহী তবেৎ"

"পূক্রিং নুংঙাইতবা লৈব্রা?"

"লৈজদে, তশেংনা লৈজদে, ঈশ্বরগী থৌজান্দগী পৈশা নুংশাগী অবাৎপা লৈজদে। থাদঃ লিশীং-লিশীং খবচ তৌবসু কবিসু কায়দে। ফিবোন সনা নুংনাগী অবাৎপা লৈতে। চানীং থকনীংবা লোইনা ফংই। যুমদা মীনাই কুন্দগী তাদনা লৈবনি।"

ডাক্তবনা মপুবোইবদুগী মবমদা কুপ্না যেংশিল্লী। বেশমগী বাঙ্গালী কুর্তা, পাববা মেনচেস্তবগী ফৈজোম, খোঙদা লংলবা পম্পসু, খূৎশাশিংদা হীবা-মনিগী খূদোপ শমদা মনম নুংশিবা থাউ মমীৎ ঙাংলবদুগী নাকচিদা খামহৎপগী মমি, মখল অমগী চোকথবা মতৌ, চিন্দা ক্বা মতপ শাইবিবা।

ডাক্তবনা হায়বকই— "চৎলগা যেংলুসি"

উবে, নুপীদো মপানথোঙদা মশা য়াম্না ফনা উই। মাগী অনাবদো বাখলনি। ডাক্তবনা যাম্না নুংশিনা মঙোন্দা ব্রাহং খবা হংই। মদুদা মাগী মীৎলুদগী পিবাং শিঙ্খবকই।

ডাক্তবনা মাগী মপুবোইবা মহাশযদুদা চীক্লা কৌথোক্লগা হায়বকই— "অদোম্বু

নুপীসিদা থম্মোয় শেংনা নুংশিবীবরা?"

নিপাদো ঙকচানরকই। কনাগুম্বা ডাক্তর অমনা অসিগুম্বা বাহংবু হংবরনে? মপুক্লিং দা শাওনীংবা ফাওরকই। ডাক্তরগী লমচৎসে য়েংউ? চাওরবা লাক্ষপতি অমদা বাহং সে হংজিল্লকইবা? তৌইগুম্বসুং তপথরদুনা হংলকই— "বাহং, অসিবু অদোম্না বা ওইনা হংবিরিবরা? নুপীদি ঐগী থম্মোয়গী রাণীনি। মাবুদি ঐনা থবায়দগী হেন্না নুংশিজবনি।"

"ওইদবনি। অচুম্বা নুংশিবা ওইরবদি য়ু থকপা মপান্দা চৎপগী বাফমসিনা করিগীনো? য়ুমদা লক্ষ্মীগুম্বী নুপী লৈনা লৈনা অদোম্না মপানগী বাখলদা তাওদুনা লৈরে। মাগী পুক্সিবু মাঙহনবীরে। অদোমগী নুপীগী অনাবসে বাখলগী লায়নানি। অদোমগী অশেংবা নুংশিবা ফংলবদি, মপানগী লোনচৎ পূম্বা থাদোকপিরবদি য়াম্না থুনা ফগৎলক্কনি।"

"ডাক্তর সাহব, অদোম্বু বাফমদুদা করি দরকার লৈরিবগে? অদোমদি হিদাক পীবিয়ু অপাম্বা পৈশা লৌবিখো।" মহাশয় শাওরপ তৌনা হায়রকই।

"ঙাকপিগনি সাহেব, ঐ ডাক্তরনি, হিদাক য়োনবা নত্তে। ঐগী ইথৌদি অনাবদু মক ফুক্না মাঙহনবনি, ওন্ন-তৈননা, লৈশি-লৈথোন্না ঙাঙদুনা পৈশা তানবা চুমদবনি খল্লী। কবিগুম্বা মরু ফুকনা লায়েংবদা মতেং পাংবা ঙমদ্রবদি মনা মশিংদা, উশাদা লাযেংবা ঙমদে।"

পৈসা লৌদনা হৌগৎতুনা লাকখিবনি।

"শীলাবাঈ' নিপাশিংসে মতৌ অসুন্না নুপীশিংদা ওৎ-নৈবসি কবম্বা মতমদা থাদোক্কদগে? য়ুমগী লক্ষ্মীবু ইকাইবা পীদুনা মথোং হুকতবা নিপাশিংনা মপানগী বাজারু নুপীশিংদা পৈশা অমদি হকচাং মাংহল্লীবা। অদুগা হায়বসু শাবি— "ঐদি নুপীবু থবায়দগী হেন্না নুংশৈজে।"

"অপংবশিংনা খল্লী-নুপীশিংনা পৈশা-সনা লুপাগী লৈতেং খকতনা অমদি অথুম অহাও চাবদনা থম্মোয় পেনবা ঙম্মী। নুংশিবগী মাঙদা পূম্নমক করিসু লৈতবনি। অশেংবা থম্মোয়গী নুংশিবা ফংজরবদা ফিজেৎ শেৎলবসু, খাংপোক্তা লৈবসু স্বর্গগী নুংঙাইবগী বাখল তৌজবা ঙম্লীবনি। নুপীগী পূক্নিংবু খঙদবনা সংসারসিদা কয়াদা

অবাবা-শন্দোক্লীবা"

ডাক্তরনা হোসপিটালদা থুংলবগা শীলাবাইদা য়াম্না থবায় নুঙাইত্তনা তম্লকই শীলাবাই করিসু হায়দে। সুপ্নগী য়াম্না ঙক্লা অমদি নুংশিনা মঙোন্দা য়েংদুন লৈরি। ঙাইহাক তুমিন লৈরুরগা হায়রকই— "ঝাবীরুগনু। সংসারসিদা অবা-অন কয়ামরুম লৈরিবসি অদোম কয়া য়াম্না কোকহনবা ঙমগদগে?"

অমুকসু অসুন্না ইনাকখুনবা নিপা অমগী অহমশুবা লুহোংবনি। মাগী নুপীদু মচাশুম্বনি। ডাক্তর কৌরকই। লুহোংবগী নুমিৎ নিপাননীদা ঙাইরিঙেদা অরোনব অনাবসি হৌকপনি। মসিগীদমক্তী মাগী নুংঙাইবা পাম্বা মপুরোইবদুনি দায়ত্ব লৈরীবা অবা-অনা অমদি ইকাইবদু লাইবকথীববী নুপীমচাদুনা পুন্সি চুপ্পা খাঙজবা তারিবা মসিগীদমক কনাসু দোষী ওইবা য়াদে। মফমদুদসু ডাক্তরগী অদুগুম্বা বিচারদু তৌরুবনি. য়াম্না শাওরকখি। অমনা অরানবা তৌরগা অতোপ্পনা দন্দি ফংবনি।

তুমদবা হেন্না চাশিনবগী ঝারবা মীবু মঙোন্দা চাবা তুম্নবা হিদাক পীয়ু হায়রবদি চারা হেন্নবা পাউতাক পীরম্মী। খোঙ হাম্বা য়াদবগী অনাবদা খূৎনা থবক শুদুনা হুমাং থোরুবা হায়রম্মী। অয়ুক্তা হৌগৎতুনা ঝার্কীং চৎনবা পাউতাক পীরম্মী। মসিনা হিদাক মমিংদগী হেল্লীবনি। অদুবু ইনাক খুনবা খরদি চাননা শাওবা য়াওরকই অদুগা অচুম্বা নিয়মদুবু খঙলকপা কনানা মহাকপু ইকাই খুম্নবা য়াওরকই।

ডাক্তর মধুসুদননা মরৈ ঝারকপা ঙমদবা, হৌনশা নত্তবা পুন্সি লেনবা মীওইশিংবু হকচাং বিজ্ঞান'গী অশেংবা মহাও পীননবা কন্না হোৎনৈ। অসিদা মীওই খরগী মীনুং শিদি মাংই। মদুদা থোইনা খন্থরুদে। মানা য়াম্না চেকশিন্না তাজবা লৈ। হকচাংগী দোষ পূম্নমক মহৌশাদগী লাপ্না লেনবগী দোষ ঙাক্তনি। খূৎশেমগী পুন্সিদা হকচাং খ্বাইদগী হেন্না ফলক্তে। অচা-অথক, ব্যবহার লোনচৎ মাংথরকপা হায়বসি অঝাবগী হৌরকফমনি মরমসিনা মহাক মতম লৈবা খিবিক্তা হকচাংগী বেসিক নোলেজ ওইবা ঝাফমদা হেন্না ঝাখল চঙলকই করিগীনো হায়ববু দেশকী হকচাং ফবা হায়বসি মরুওইবনি নৎত্রবদি অফবা ওইরোই।

মহাক্কী মনাক্তা মখল মখলগী মীওই পাউতাক লৌবা লাকই। কনাগী মপানা, মচানুপী চাওপোক্কী ঝাখল লায়নাগী মরমদা, কনানা কলেজ তম্মিন্নরিবা নুপামচাশিং

গী লমচৎকী চয়েৎনবদা লম্বী তাকপিনবা হায়রে। কনানা মচা নুপীগী লুহোংবগ মরী লৈননা ডাক্তরদা মতেং নীরকই। কনানা মচা নুপাগী লুহোংবগী মরী লৈনন পাউতাক পাম্লকই। অসিগুম্বা পাউতাক পামজবশিংবু করিগুম্বদা নীংবা কাইহনখিদে

অসিগী ফল ওইনা ডাক্তরগী লমখৈ পাক চাওথোরকই। মীশিংনা মাগী ডাক্তবগী বাদি তোঙাম্না থম্নরি, শেলদোন, য়ুম কৈগী কাববাবনচিংবা বাফমশিংদসু পাউতাক লৌবা লাক্লরে।

মীওইবগী থম্মোয়দা লেঙদবা বাফম-অমা লৈ, মদুদি মাগী অবাবা, নুংঙাইতবা বাফমদু কনাগুম্বা মীনুংশিগা লোয়ননা তাবিগদবা অমদা হায়দোকপা পাম্মী। মদুনা মাগী বাখলগী পোৎলুম খরা য়াংজনবা। মসিগুম্বা মওংদা ডাক্তরনা কনাগুম্বা লাকপা য়াওবকপদা মাগী মতম খরদি পীদনা হনহনখিদে।

অমুকতি য়াম্না নুংঙাইববা থৌদোক অমা থোকই। নহা ওইবিবা উকিল অমা য়াম্না ইকাইনা মাগী মনাক্তা লাকই। য়াম্না চিংনবগা লোযননা ডাক্তবদা হায়রকই—

"ডাক্তব সাহব, চহী ৩ গী মমাঙদা ঐ লুহোংবনি। লব মেবিয়েজনি মদু। মদুগী মমাঙদা ঐগী নুপীগা কয়ারক উনদুনা খঙনবকপনি। ঐখোয় অনী অমনা অমবু খঙনবকই, থাজবা পোক্লরকই, ঐখোয়গী নুংশিবসি লেঙদ্রবনি। হন্দক মপোক্কীদমক্ত নত্তনা মপোক-মপোক খুদিংগী লেঙদনা লৈরগদবনি। অদুনা লুহোংলে। ঐখোয়নিদগী হেন্না নুংঙাইবা মতৈ-মনাও লৈররোই, থাজবু খূৎনা লাম্বা ফংলবনি, অসিনি স্বর্গমক ঐখোয়গীপীক্লবা য়ুমদা লাক্লবনি। অসুম্না অমগা অমগা নুংশিনজবনি, মসিগুম্বা মপান নাইদ্রবা নুংশিবা ফংজরবা মীদুনতা খঙবা ঙমগনি। অদুবু. ?" মহাক লক্কক তৌরকই।

ডাক্তব অনৌবা কেসসিদা পূক্লিং চঙলকই। হেন্না খঙনীংলকই, মহাক্না নোক্লদুনা, পূক্লিং থৌগৎপিবগা লোযননা হায়বকই— "অদোম চিংনবা লৈতনা হাযবীয়ু ঐখোয় ডাক্তরগী পান্দমদি কবিগুম্বা অরোনবা বা ওইববসু মদু লাযেংবগীদমক্লি কনাদসু হায়দোরুদে মরমদুনা চিংনবা লৈতনা হায়বীযু। বারী মখা খঙদনা ঐনা বাবেপ লৌজবা ঙমজবোই।"

"অহোই, ডাক্তর সাহব! অদোমগী মিংচৎকী মবমদা তাজখ্রে, অদুবু প্রাইবেৎ ওইবা বা হাযবদা ঙমজদবনি। হোই ঐখোয় য়াম্না নুংঙাইনা লৈনজরকপনি। অদুবু. ।

খঙহৌদনা চহী অহুম/মরীসিদা চিংনবা অমা পোকপগুম তৌরকই। করিগুম্বা ঐখোয়গী নুংশিনবদা অকাইবা লাকতনবা খঙ্জখি, অদুবু ঐখোয় অনীমক খল্লুবদা নিকচখিবনি। ঐখোয় অনীগী মরক্তা শাওনবকপা, খামুক-খামুক তৌনরকই, ডাক্তর সাহব। মসি করিগীনো? অদোম্না লম্বী তাকপিরবদি ঐখোয়গী নুংশিবসি হান্নগুম হুনজিনজরকপা গুমজগনি খনদুনা লাকচবনি।

"অদোমগী হকচাং করম তৌই?"

"পুন্নমক ফরীবনি।"

"পৈশা নুংশাগী অবাৎপা?"

"য়ান্না ফিভম ফবিবনি নৎত্রগসু চিন্তা তৌনিঙাইদি ওইদে। চাবা-থকপা ৱাৎতে। পৈশাগী মিহৌবদি অনীমক লৈজদে। অনীগী নুংশিব লেঙদবা ওইরবদি ঐখোয় অতৈ অহেনবা করিসু পামজদে।"

"অদোম্না লুহোংবগী নুংঙাইবা মপূং ফানা ফংবিরিকো?"

"হোই অদুবু, হান্নগুম্নদি ওইদে।"

"মসিগী মরমদা অদোম্না সাহিত্যকা পাবীববরা?"

"থোইদোকপদি নচ্চদে অমা/অনীদি পাজরে। অদুদা করিনো? অশেংবা প্রেম ফংলবদি অতৈদি মশানা লাকচবনি। নৎত্রনে?"

"অয়াম্বনা মসিগী ৱাখলসি লৈনৈ। মদু অরানবনি। লুহোংবগী বিজ্ঞানদা নিয়ম খরা য়াওই। জ্ঞান্দু তঙাইফদবনি। নুপা-নুপীগী মরীবু ফজনা থমগে হায়ববদি মরুদি প্রেম্নী হায়ববু মদুবু মপূং ফাহন্নবগীদমক্তা শাস্ত্রসিগী জ্ঞানগী তঙাইফদবনি। মসি য়াওদনা অনীগী হকচাংগী ওইবা পূক্নিংগী ওইবা অমদি আত্মাগী ওইবা অমতদা পুনবা অশেংবা স্বর্গগী ওইবা নুংঙাইবদু ফংবা ঙমদে। নুংশিনরে পুন্নমক মরাইনা লাকচনি, মসি খনবসু অবানবনি। মসিসু কলা অমনি। পুন্সি চুপ্পা হোৎনবা তাই, মিৎ না শিংনা লৈবা তাবনি। মতমদুদা ফংবা প্রেমগী অশেংবা মওংদু খ্বাইদগী অফবা মাং লরোইদবা, মঙ্গলগী মশক ওইবনি।"

"অসি নত্তবা ৱা অমা হংগে লুহোংবদগী করিগুম্বা কায়নরুরবরা?"

"নত্তে, লুহোংবা মমাঙদা খঙনবদগী নুংশিনরকই মদুদগী কায়নবা খাঙবা

ঙমনদবদগী লুহোংলিবনি, মসিনা অমুক কায়নববু বার্তন তৌগদৌরিবনো? নুপীগী মমানা কৌহল্লবনি ঐনসু থাদরে, মশানসু চৎখিদবনি।

"অদোম কদায়দা লুহোংবগে?"

"মাগী মপাবুংগী য়ুমদা।"

"অদু ওইরবদি মপামদা থাবিখো। থা অহুম চুপ্পা, অহুম ফাব্লবদা লৌবা চৎপিয়ু অদুগা মতম খরা মদুদা লৈবীয়ু, অদুদগী ফজরবা মফম অমদা কোইবা চৎমিন্নক। তুরেল নৎত্রগা চীংগী লমদা নুমিৎ নিপানীরোম। অদুদগী মফমসিদা হল্লক্লগা ঐঙোন্দা রিপোর্ট পীরকউ।"

"হিদাক্তী করি চানি?"

"করিগী হিদাক? ঐনা হায়রিবদুমক হিদাকমক্তী। লুহোংবা চহী অহুম শুরবনিনা অঙাং অমা তম্বাক্তা পমহনবা তাবনি, খঙলববা? মদুনা অনীমক্তী প্রেম লিপুন হেন্না চেৎশিনহনগনি।"

"অদুবু ঐগী খুত্তা লৈবরানে?"

"হোই, মী কযানা মদু খুত্তা লৈবা ওইহল্লবনি। মরমদুনা হায়রিবনি।"

"খঙজরে" ইকাইরপ তৌনা হায়রকই।

নুপীদু বিদায় তৌরবা থা অনীগী মতুংদা লাংতক্লদুনা লাকই। অদুগা হায়বকই— "ডাক্তব সাহব! য়ারবদি চৎতুনা লৌজরুবগে? নুমিৎ নিনী খুদিংগী চিঠি ইরকই হৌজিক ঐখোয় অনীমক অমুক খাঙবা ঙম্নদরে?"

থা অমতংগা খাঙখো। উকিন্না অদুমক তৌরম্মী। চহী ১ গী মনুংদা মাগী নুপীদু ডাক্তরগী হিদাকশঙদা মেটর্নিটি হোমদা মীং চনশিল্লি। মচা নুপা অমা ফংজরে। মখোয় 'অনীমক নুংশিবগী মপান নাইদ্রবা মঙাল অমা ফংজখি।

ডাক্তর মধুসুন্দননা নর্স সুশীলাদা মদুগী মপুং ফাবা বারী লীরকই। অঙকপনা থনখিবনি। অদুগা হংলকই— "বাশিংদুবু অদোমনা করম খঙলিবনো? অদুগা করম্না পাউতাক পীবীরিবনো?"

"'ইনস্তিঙ্ক' নি শীলাবাই, 'ইনস্তিঙ্ক'।"

"ঐগী বাখন্দা ঐসে পুন্সি চুপ্পা ডাক্তরনি। মীওইবগী লিচৎকী মীনুংশিবু মূন্না

যেংলুববা মতুংদা মশানা অদুম খঙলকখি।" ডাক্তবনা নোক্তুনা হাযবকই।

"অদু ওইববদি ডাক্তব লুহোংবগী দবকাব লৈতবে। ঐদি অহানবদা লুহোংদ্রবদি ডাক্তবগী থবক মপুং ফাদে হাযনা খনখিবনি। হৌজিক্ত মদু ।" শীলাবাইনা হাযবকই।

"মদুসু অফবনি" মবক্তা নোক্তুনা হাযবকই। "কবিগুম্বা মতিক চাবী নুপী ফংলবদি লুহোংবসু শোযদনা পাংথোক্কনি।"

মাগী মীযেং ৱাখলগী ইহৌগা লোযননা নর্সকী মাযথোঙ তম্লকই। শীলানসু মঙোন্দা যেংলকই। ঙাইহাক লেঙদনা লৈবকই। মীৎ চাননা, অমনা অমগী থম্মোযগী অবোনবদু খঙবা পাম্লীবগুম তৌই। মবক্তা সুশীলাগী হকচাংদা বিজলী কবেন্ট চেলখিবগুম তৌই।

# নুংশিবগী অহানবা শক্তম

"ডাক্তব, নুমিৎ তবানিগী ছুটি পীবিয়ু"— নোংমা অযুক সুশীলানা হায়বকই।

ডাক্তব 'প্রিস্কিপসন' ইবি। বাহৈশিং তাবদা কলম তাখিবা খণ্ডহৌদে। মাযথোঙ লাংশিনখি, হকচাং নুংঙাইবক্তবা ফাওবকই। হায়বকই— "কবিগীনো কবি লৈবগে?"

"কর্নাটক চৎলুগে। ঙবাং ইনাও নিপাগী চিঠি লাকই। লমগী যেৎনবা খবা লৈবে। কোর্টতা সহি তৌগদবনি নৎত্রবদি কেস তৌনবা যাবা লৈ।"

ডাক্তব কবিসু হাযদে। নুংশাশ্বব হোল্লি। নর্সনা মাগী নুংঙাইতবা মায়থোঙদু উখি।

"মেটর্নিটি হোমদা অকাযবা লৈবোই। ঐনা মেন হোসপিতালগী মেট্রোন মিস ডেবিন্দা ব্বাবী শাখ্রবনি। দবকাব ওইববদি নর্স অমা থাবক্কনি। সেবিযস ওইবা কেস লৈববদি মশামক লাক্কনি।"

"থবক্কীদি থোইনা ব্বাদে, ঐনসু ঙমগনি।" ডাক্তবনা তপ্পা হাগবকই।

"অদুদি"-- নর্সনা হংলকই।

শীলাবাঈদা যেংই। শ্বব শাংনা হোল্লগা মায লযথোকখি। অমুক হংলকই— "চৎপদা তাবববা? শীলাবাই।"

"অহোই অদুম খল্লী। চৎলুবদি ফগনি।"

"হোই চুম্মী। থবক লৈববদি চৎকদবনি।" ডাক্তবনা মাগী থম্মোযগী ইহৌদুবু নমথনবা হোৎনবদুনা হাযবকই।

"নুমিৎ তবানিদা হল্লকপা ঙমগদবা?"

"অহোই অদুক কুইনা চঙদবসু যাই। অদুদা ইমাসু চৎলবনিনা মঙা-তবানিদি খুঙ্গংদা লৈনীংলমগনি।"

"ফববনি"— ডাক্তবনা তপ্পা হাযবকই, হবাওবদি মাদে, অদুবু মদুদগী নাম্থোকপসু

য়াদবনি।

"ইশামক চৎনীংদবনি অদুবু ডাক্তব। করি তৌগনি? চৎতবদি যাদবনি?"

"কবিগী"— ডাক্তরনা লয়দুনা লাংতক্লানা হংলকই। মাগী মীৎনা শীলাবাঈগী মীৎতা করিনো অমা থিরি।

নর্স সুপ্পগী মীৎচিনা য়েংলি অদুগা লৈমায়দা খোংবীনা তক্লী।

করিগীনো? মসিবু করি তাক্লবগীদমক্তনো? মহাক নুপীনি মশাগী লুবদগী লুরবা ঝাফমদু, চিনবান্দা, মায়খোঙদা নৎত্রগা মীৎতা ফোংদোক্তে। মদু মহাক্কী তানশিনজরবা লননি। মদু লোন্না অদুম লোৎশিন্দনা থম্বগী দরকার ওই। অতোপা খঙখিবদা মদুগী মগুণ হন্থগনি।

নর্স সুশীলা নুমিত্তুগী গাড়ীদা চৎলম্মী। ডাক্তর ষ্টেসন ফাওবা মমা-মচাবু থিন্দোক্লুই। মদুদগী হল্লকপদা খঙদে মহাক্কী থম্মোয়দু ইহাং-হাংবগুম তৌই। মশামকসু ঙকচখিবনি। মসিদা নুংশিবসি করম তৌবনো?

য়ুমদা হল্লক্লগা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈরবকান্দা মহাক্কী মীৎমাঙদা চহী ১$^{১}/_{২}$/২ বোমগী থৌদোকশিং নীংশিংলকই।

নর্স সুশীলাগা মাগা কীং মেমোবিযল হোসপিতালদা অহানবা উনবদগী হৌনা মহাক্কী ঝাখলগী অনেম-অঝাংগী ঈথক হৌবকই।

নুমিত্তুগী উনবগী মতুংদা সুশীলাগী মরমদা করিসু খন্দে। সুপ্পগী থম্মোয়দা খোইথুন্নবা মমি অমতনি। প্রাক্তিস হৌখিবদগীদি অকনবা মওং অমগুম লাকই, মদুগী ফলনা নর্স সুশীলা মুম্বাই থাদোক্তুনা মহাক্কী এসিষ্টেন্ট ওইনা, মহাক্কী মঙলানবু মপুং ফাহনবা লাকখিবনি। করিগীনো হায়ববু অদুগুম্বা ফিদমদু মাগীসু লৈজ্রে। ফোঙদোক্লবা খুদোংচাবদু লৈতবনা তুমদুনা লৈরম্বনি। কৌথোক্লুবদগীদি হৌগৎলকই। ফোঙদোক্লীংবগী লাংতক্লরকই।

ঙসি চহী ১$^{১}/_{২}$/২ সিদা সুশীলা মহাক্কা থবক তৌমিন্নরকই। মবানীগী ঈচেল অমদি পন্থুং য়ামনা নক্লবনি। মতমসিদা মানা খল্লী-সুশীলাসি সুপ্পগী থবক্কীদমক নত্তে, পুন্সিগী ওইনসু দরকারনি। তশেংনা দরকারনি নৎত্রবদবু ঙসিগী অহাংবা মতৌসিগী করি অর্থনো?

মধুসুদননা উরকই— মখোয় অনীগী খঙনবসি নকশিল্লীমখৈ অঙকপা খোইথুন্নবসু হেনগৎলকই। নুমিৎ খুদিংগী অযুক্তা "গুড মোর্নিং ডাক্তর" হায়দুনা নর্সকী খুৎ হাইরকপদা মওং-মতৌ অমদি খোঞ্জেল্দা সুন্না খল্লী— মাসু ডাক্তরগা উনবদা হরাওজে। মাগী থম্মোয়দা ইকায় খুন্নবগী মতৌ অমদি নুংশিনা ইকায় খুন্নবগী ৱাহৈ অছমদুগা তিনশিন্নখি।

অদুগা মধুসুদন নর্সনা লাকপদা মিনিট মঙা ফাও থেংলকপদা নুংঙাইফম খঙজদে। মিহুৎথোঙদগী মঙক থাঙ্গৎতুনা থাপ্না য়েংই, মরক্তা লাকপা উবরা? নৎত্রগা মাগী খঙনববা ৱাহৈশিংদু হেক তাবদা মাগী মায়থোঙ থম্বাল শাৎকায়রকই। সংসারসি চুন্না চৎলিবগুম খল্লী।

অসুন্না চাবোকপগী মতমদা নৎত্রগা ওপরেসন তৌবিবা মতমদা, হিদাক্কী প্রিস্কিপসন ইরিঙৈদা, মতম খুদিংদসু শীলাগী মনাক্তা লৈরগা নুংঙাইজে। অনীগী মরক্তা ব্যবহার, ৱারী-ৱাতাই য়াম্না শম্মী, মনুং হৃনজিন্না লৈনৈ। অমনা অমবু কয়া য়েংনদে। অদু ওইদুনসু মধুসুদনদি নর্স লৈবা কান্দা অপেনবা, নুংঙাইজবা ঙাক্তনি। অসিগুম্বা মতমদা লুবদগী লুরবা ওপরেসন তৌবদা, অরূবা অনাবা য়েংবদা, অঙকপা শক্তি অমা লৈবগুম তৌই। মঙক থাঙ্গৎতুনা য়েংবদা নর্সসু অদুক্কী মতিক পূক্লিং চঙনা লৈরম্বা থেংনজে। মতমদুদা নুংশিনা নোক্তুনা লৈরম্মী। থম্মোয়দা পেনবা ফাওজরকই। সুশীলা লৈত্রবদি তশেংনমক মহাক্কী হৈশিংবদা ময়েং তারক্কদরা? হায়বসিদা চিংনবা নত্তনা মসিগী কল্পনা ফাওবা তৌবা থাদোকশ্রবনি।

ডা. মধুসুদননসু মাগী থম্মোয়দা ফাওরবিবা নুংশিবা অমদি শুমহৎপগী মতৌসিগুম নর্স সুশীলাগী থম্মোয়দসু ফাওরমগদরা হায়বসি খঙনীংলকই। মাগী থম্মোয় লাইয়ুমদা করম্বা ৱাখলগী ইথক্লো লোক্তুনা থল্লীবা? করিগুম্বদা কাউদুনা ফাও মপানথোঙদা উৎথোক্তবনি। শীলাগী থম্মোয়দা মাগীদমক্তা লাংতক্নবা অমদি ইকাইখুন্নবদি লৈ অদুগী মতুংদদি?

অহীংদুদা চাবোকপী য়েংলবা মতুংদা মাগী কাদা কাফী থক্নবা চৎলুবদু মতমদুদা থম্মোয়গী ৱা ফোঙদোক্নীংখিবনি মতৌ করন্না মানা ফাগিদা ওস্থোকখিবনো? অদুদগীদি অমূক হন্না ৱাফমসি ফোঙদোকপা ঙমজখিদে। তৌইগুম্বসুং নোংমা-নোংমাগী

সুশীলাগী মায়থোঙদা মওং অমগী হবাও-তযাম্বগী মতৌ উবকই। মাগী মায়থোঙগী নীংবা কায়বা অমদি মীনুংশি য়াওদবা মতৌদু যাম্না থুনা মাঙখিবনি। পূক্লিং পেন্না নোক্লকই। মতমদুদা খজাইগী অকংবা অমদি তাইফেৎ-তাইবগী মহুত্তা ঙাংলি-ঙাংলিবা অমদি তথোৎ-তথোৎপা মতৌ উবকই। মীৎতা অহাংবা অমদি চিংলেম্বা মতৌগী মহুত্তা ঝাখলনা থল্লবা অমদি নুংশি লৈখোন লৈবা হেল্লকই। মাগী লিচৎতা অনৌবা ঝাখল পূক্লিংগী ইথিন লাকপগুম উবকই। মাগী চম্না ফজবদু নোংমা-নোংমগী হেন্না ফজথোক্লকই।

"মসি পূন্নমক্কী অর্থ কবিনো?"— ডাক্তব মধুসুদন ঝাখল তৌবকই। মসিদগী মাগী থম্মোযসু নুঙাইবগী ঈথক ঈহৌবকই। অদুবু অবোইবদা তযাং-তশোইবকই। হকচাংসু নুংঙাইফম খঙলক্তে, অসুম্না হান্না কৈদৌঙেদসু তৌখিদ্রি। মশামকসু ঙকই। খোইথুম্নববা অমদি লাংতক্লবসিবু কবিনো? ঈশৈগুম ফাওবিবা?

অমম্বদা ফমুংদা যাওন্দুনা লৈবকই। মতোম্নতা হংলকই— "মসি কবিনো? ঐবু কবি তৌববগে?"

# অনৌবা পুন্সি

সুশীলা তরানি হেক শুবা নুমিৎতা থুংলে। মাবু উবদা উঙক ঙকই।

"হকচাং ঙমদ্রবরা" মহাক্না থাজনা হংলকই।

"নপ্তে, তশেংনা ঙম্লুদবা লৈতে।" নর্স-না নোক্তুনা খুন্নকই।

"নপ্তে, হায়দুনা য়াবরা? য়েংঙউ মায়থোঙদু কয়া ময়েং তারবা? অদোম নাক্সবঙুম উই। করিগীনো লমতুগী খৎনবা লৈবরা?"

"করিসু লৈতে। পুন্নমক নীংথিনা লোয়দুনা লাক্রবনি। শেলসু শুনা ফংলে।"

"অদুদি"

"শাংলবা খোঙচৎসিদা অসুম উবা ওইরিনি?"

"নপ্তে, অদুগী ওইবা য়ারোই"

"নপ্তে ডাক্তর করিসু লৈতে। অদোম য়েংবীয়ু নোংমা-নিনীদা থুনমক ফজখ্রগনি।" মসি হায়বদুনা শুমহৎনিংঙাই ওইরবা মীনোক্তা নোক্লকই। মদুগী ইথিন্দো ডাক্তরবুসু শোক্তনীংঙাই লৈতে।

সুশীলা ডাক্তরগী মতৌ উরুরগা মপুক্লিংদা নুংঙাইজে। মাগী অবা-নুংঙাইগী মরমদা পুক্লিং চঙনা হংবীবা কনামতনা তৌখিবা লৈখিদে। হোই মাগী মমা, মাদি মবুক্কী মচানি, তোঙানবা নপ্তে মানা বাবীদদি কনানা বাবীগনি। মহাকসু লুখ্রাবীনি। মরাইবক থীরবী মচানুপীনি। অহল ওইরবী মাগী মতেংনি।

তৌইগুম্বসুং ডাক্তর, মমাদা নত্তনা মাগী ফিভমদা বাবীবসে নিপা অমখক্তনি। সুশীলা প্রেম য়াওদ্রবা লুখ্রাবী সুশীলা থম্মোয় পান্দ্রবা মেছিনমক্তী নপ্তে, থম্মোয় পানবা মীওইবনি মসিনি খল্লীবা।

ঙসি ফাওবদা শু-নোংমদুনা অবাবা কাউথোকচৈ মমা-মচাগী হীংনবা পাম্বৈ ওইরিবনি। পুন্সিদা সেবা তৌবা, অবা-অনাশিংগী সেবা, অফবা মিংচৎ লৈবা থবক

কয়া তৌরুরবগী তুংদা, নুমিৎ চুপ্পগী শুনোমলুরবা তুংদা চোকথরদুনা হকচাংনা মতোমতা ওইবা ফমুংদা য়াতারবা কান্দা, তাজরুবা ফজবা ৱাহৈ খুদিং অরেম্বনি, মীনম্বনি হায়না খল্লকই। নুংশিরবী অমদি মমা অমা ওইবগী ৱাখলনা লাকশিল্লকই। লায়রবদা, নোম-লিকপদা করিসু অকিবা লৈতে, হিংলিবা মতৌসে ফাওবা কৎথোকখিবদা অরুবা নত্তে। মাগী পুক্নিংদা পেন্নাইদ্রবা ইখৌ লাংবা অমদি লোত্তুনা লৈবিবনি। খাঙমদবা মায়থীনিংঙাই ওইদ্রবা অপাম্বা অমদি অসুম লোত্তুনা লৈরিবনি। মাগী নুংশিবা অমদি মমতাবু পীজবা য়াবা মফম অমনি মানা থিজরিবা, লৌবা নত্তে, নীবসু নত্তে, মানা পামজরিবদি সুপ্নতগী পীথোকপনি অদুবু মাগী পীথোক্লীংবসিবু লৌবিনবদি সংসারসিদা লৈতবনি। মাগী থম্মোয়দা মপান নাইদ্রবা মীনুংশি লৈরি, মপান নাইদ্রবা মমতাগী ওইবা নুংশি ইখৌ লাংজে অদুনা মশাবু চাকথেকহঞ্জনিংবা অদুবু মদু চাকপিনবা থাওমৈদি কদায়?

তৌইশুম্বসুং নুংশিবগী অদুশুম্বা মফম অমা ফাওবা ফংজদে। থবক্কী মরীদা নুপা কয়া মরুমগা থেংনরুই। মতেং পাংবা ডাক্তর, অনাবা, কয়া মখোয়গা লোয়ননা ৱারী ৱাতাই কয়াসু শানরুই। ব্যবহার কযা তৌনা লোয়নরকই মদুদা মাগী কবিনো? মাগী থম্মোয়বু শোকপা ঙম্বা অমতসু থেংনজদে। কনাশুম্বা নিপা অমতনসু মাগী থম্মোয়বু মশক খঙগে তাল্লক্তে। নর্সশিংগী লুহোংবা থেংনরকই। অদুবু মাগী হাঙলবা পুন্সিদদি মতোমতা অদুম চৎলক্নী। লম্বীসিসু ঙালহনবীনবা মঙান অমতসু উজবা ফংখিদে। মসিগী মরমদি? ফজবগী মনুং হুনজিনবা খুৎফজগা কল্লনা য়ৌবা মফজদু মাগী লৈতে। কুচু কুমেন ইচম-চম্মী। অৱাবনা মরম ওইদুনা নীংবা কায়বগী অমদি চিংলেম্বী ওইরকখিবনা চহীসু ৩৪/৩৫ হায়রকই। মরকসিদা নুপাশিংনা য়েংবদা শুমহৎনিংঙাই ওইবা শকফম ওইরক্তে। মসিগীদমক্তা মশানসু করিশুম্বদা হোৎনজখিবা লৈতে।

লায়বক থীবনা ঙসিগী অরং-অরাক্লা থল্লবা যুগসিদা নর্স সুশীলাগী মপান নাইদ্রবা লনবু শকখঙবীবা কনাসু উজদে। মাগী ফজবদি আত্মাগী ফজবনি চাওথোক্রবা থম্মোয়নি। অসিশুম্বা মাগী মরনসিদি বাজারদা নোটিশ তৌবসু য়াবা নত্তে, মফজসিদি মীপুম তিংনা উবা ঙম্বসু নত্তে, মদুবু শকখঙবদি থম্মোয়গী ফজবা সংস্কারগী দরকার

ওইবনি। ঙসিগী যুগসিদা অদুগুম্বা মীশক্তি ফংঙমদে। তশেংনা ফংঙমদবনি।

ইহান হান্না উনবদা মধুসুদনগীদমক সুশীলাগী থম্মোযদা ইকাই খুম্নবা ৱাখল লাকখিবনি। চিঠি অদু ফংলমম্রবদি অদুসু অদুম মাংখ্রগদবনি।

ডাক্তবনা মাগী চিঠিদা আম্বাগী ওইবা ৱাখল ফোঙদোক্লকই। অদুদগী সুশীলাগী থম্মোয়দা মথুম-মবাং হৌবকই। মুম্বাইগী নুংঙাইতবা পুন্সিদগীদি মযায ওইবা লমদমসিদা মাবু খঙবীবা মীওই অমদি লৈ, মাগী লিচৎপু মুন্না খঙবীবা অমদি মাগী মতেংবু পামজবা। পুন্সিগী চাক্লবা মকভুমিদা অশেংবা খবসি মতিক চাদ্রববা?

মখোয অনীগী লোযনবগী মতিক সুশীলাগী নীংবা কাযবা মতৌসু অসুম অসুম মাঙখিবা হৌবকই। পুন্সিদা মহাও লাকপা হৌবকই। মমাগা ব্রোক অমা লৌবে। মদুগী থংনবদা এঙ্গো বর্নাকুলব গার্লস মিদল স্কুলগী হেদমিস্ত্রেস কুমাবী পদ্মাচন্দ্রা লৈ। মমাদি মতম যাম্বদা ভজন-পূজাদা লৈবনি। কযাবকসু সেবিযস কেসকী মতমদা যূমদা তুমদে, অফবা যূম লোন্নবা ফংজবনা কবিসু নাচুংদে। কুমাবী পদ্মাচন্দ্রা মমা, মনাওনুপী, মনাওনুপাগা লোযননা লৈবনি। মনাওনুপাদু ম্যুনিসিপালতিগী ক্লার্কনি। অতোনবদুনা হাযস্কুল তন্নী, মনাও নুপীনা মাগী স্কুলদা তন্নী। মপা লৈতবে, যূমগী খবচ মচিন-মনাওগী তলবনা চলাইবিবনি।

চন্দ্রাগী ইমুং মনুংগী মী খুদিংমক লমচৎ ফজে। তিন্নবা যাই। পদ্মাবতী সুশীলাদগী চহী ১০/১১ বোম নৌবিবনি। মখোয় অনী চান্নজে। অমনা লুখ্রাবীনি, অমনা লুহোংদ্রবীনি। সোমদা মবানী মান্নবনি। "নুংশিবা" হাযবদু মবানীমক্লা খঙজদ্রিবনি। মবানীগী মবক্তা চান্নবা হেঙ্গৎলকই।

মবমসিনা সুশীলানা অনৌবা মফমসিদা লাকপদা নুংঙাইতবা লৈতে, থোইনা হবাওজে। ইহান হেক হান্না পুন্সিসে হীংবদা মতিক চাবনি, অৱাবা নত্তে, খল্লকই।

ডা মধুসুদন মাগী ব্যবহাবদা নুংঙাইজে অমদি পেনজে। নোংমা নোংমগী মখোয অনীগী মবক্তা নকশিনবা হেঙ্গৎলকই। অমনা অমবু ফজনা খঙলকই। অনীগী মবক্তা যেৎনবা নৎত্রগা মোত খেন্নবা কনানসু তাদে। মী অনী মতৌ অসুম্না মোত মান্নবা হায়বসি তমদুনা থোক্তে। মবমসিনা অঙকপসু ওইবনি। ঙসিগী সংসাবসিদা অসিগুম্বসি পঙনা থোক্তে।

ডা মধুসূদন!

সুশীলানা খল্লী ঙসি ডাক্তরগী মমা হীংদুনা লৈরব্বা থোক্লবদি মমাওইবীগী থম্মোয়না নুংশিজরবা মচাগী চাওখৎলক্লীবা ফিবমবু উরুরগা কয়াদা হরাওজগবা? ঙসি জিলা শিঙ্খুংনা মাগী মমিং চৎলে, ডাক্তরগী হৈশিংবনবুদি ওইবা য়াই অদুদগী হেন্না মহাক্কী মীওইবগী ফজরবা লোনচৎসিনা পরসমণিগী মতৌগুম মীওইবগী পূক্লিং চিংশিল্লী। মমাবু লৈরবদি মচাগী আশাবু থৌগৎপিগনি হাইরকপা থম্মোয়বু অনৌবা আশা পিবীগনি। ঙসিদি কল্লক মিহৌবা অমা/অনীনা য়েংশিলবা নত্তনা সহর পূম্বনা মাবু নুংশিবী।

অতোপ্পগী বাদু তোকসি, মাগীদমক্তদি লাইগী দুতনি মসিমক হায়বদা হায়মনবা থোক্লোই। হোই, দেবদূত মক্লী।

মহাক্কী ফিদম্নীংঙাই ওইরবা নুংশিরবা অমদি আত্মাগী ওইবা ফজরবা পূকচেল অসিমক্তনা থম্মোয়দা শুমহৎয়াই থারবগুম, শুমহৎখিবনি। অসিদসু নত্তনা ডাক্তরনা মাবু লোয়নবীরিবা মতৌসিমক্লসুনি। মহাক্কী বাহে অমমম্না সুশীলাবু ইকাই খুম্নবীরি, মাগী অপাম-পামদগী মরমদা খলবীরি। য়াবিমখৈ মাবু নুংঙাইহননবা হোৎনৈ।

সুশীলাগী থম্মোয় তৌবীমন্না থুমহৎলকই। অদুবু তৌবীমন খঙবদমক্লা?

করিগীনো হাযববু মহাক্কী মীনুংশিগী মীৎয়েং অমনা শীলাগী থম্মোযবু হবাও তয়ামহল্লী। মহাক্কী খোইথুম্নরবা মোমোন মিনোক, অদুদা ঙৌনা ফজরবা মোতির্গী পরেংগুম উজবা মহাক্কী মায়থোঙ শুমহৎলি করিগুম্বদা হিদাক লিক্লী পীবদা থর্মোমিটর পীবদা, শোক্লবদা মাগী হকচাং পূম্বা নিকপা ফাওবকই। মাগী মনাক্তা লৈবদো ঙাংথোক্তবসু পিক্লবা সংসারদো হরাও-তয়াম্বগী ঈথক-ঈপোম্না থুমহৎলকই

করিগীনো? মসিবু কবিগীনো? করিনো? অহীংদা ফমুংদা হিপ্তুনা লৈবা মতমদ পূন্নমক নীংশিংলকই। ময়েক শেংলকই। মদুগী কেন্দ্র বিন্দুদি ডাক্তরনি। মহাক্লা অনাবং য়েংবা মহাক্লা নোকপা,মোমোন মিনোক, নুংশিনা যেংবীবা মহাক্লা চৎপা মশমদা খূৎন নানথবা, তৌথোকলকপা খুদিং ফজবা ঙাক্তনি। মহাক্কী বাং-চাওরবা মপূং ফাবব ফিভম, চাওর-চাওববা পাম্মোম, মহাক্কী থবক তৌবা ঙম্বগী মতিকনি। শাংলপ তৌব শল্লাং, মীনুংশিনা থল্লবা মিৎস্না, মদু পূম্ববু উৎপা ঙম্বা ফিজোন, তশেংবদি নুপাগে

সেবা অর্মদি আশাগী মহাসাগবমক্লী।

মহাক্লা অহীং পুং ৯ তাবদা ময়ূম চৎনবা থোরকপদদি মশাদো চোকথবগুম উখি। পুং ১২ গী মতুংদা অয়ুক অমুক হিদাকশঙদা লাকপদদি হ্রাও-তয়াম্বা উবা ফংগনি। হোসপিটালদা থুংলবদা ডাক্তরগী মোটর উদ্রবদি ঙাইহাক নীংবা কাযবগুম তৌরকই। থাপ্না মোটর লাকপা অমদি হোর্রন মখোন তাবদা থম্মোয হ্বাও মথোই কারকই।

মসিগী মরমদি নুমিৎ তরানি কর্নাটিক চৎলুবদা মহাক নুংঙাইতে, হৈনীংদে। মদুগী ফলনা মায়থোঙ অমদি হকচাংদা ময়েক শেংনা উবা ফংখিবনি। মবমদি নুমিৎশিং দুদা ডাক্তরবু উবা ফংদবদগীনি।

ফিভমসি য়ৌর ফাওবা সুশীলা থম্মোয়গী ব্বাফমদু মপানথোঙদা উৎথোক্তে। থব্বায য়াওনা মসিবু লোৎশিন্দুনা থম্নবা হোৎনজে। মাগী লমচৎনা থম্মোয়দা মথুম-মবাং হৌরিবসি মহাকপু উখিদনবা অমদি খঙখিদনবা হোৎনজৈ। কনাসু খঙহন্নীংদে, সংসারবুসু, মহাকপুসু। মতৌ অসুম্না অরোনবা থম্বসে নুপীতনা ঙম্বনি।

অসুম য়াম্না খোইথুম্নরবা অনৌবা পূক্লিংবু হ্রাওবা ফিভমসি ওইদুনসু লাংতক্লজে, লৈতাফম খঙজদে। মাগী ব্বাখলনা কদোমদা চৎলিবা হায়বসে কর্নাটিক চৎলুবদুদতা খঙলকই। মসি খঙবদা মহাক ব্বাজে, মদুগী মপুং ফাবা ওইথোকতবনা।

চহী লিরবী, শক্কী ফজবা লৈত্রবী, গুণ যাওদ্রবী অদুগা ডাক্তরনা যৌবনগী লৈকোন্দা নৌনা লৈশাৎ তম্লক্লীবা, গুণ পূম্বনা লৈতেংলবা চহীদসু ৭/৮ গী খেন্নবনি। ফজবা অমদি গুণদদি সমুদ্র লঙখোংনি। ওইথোক্তবনি, তশেংনা ওইবা য়াদবা ব্বাফমনি।

অসুম্না ব্বাখল তৌকব্বা অপঙবনি। ডাক্তবনা মাগা লোয়নবদা ব্যবহার তৌবীবদু মহাক্কী সভ্যতানি, পূকচেল চাওবনি। সংস্কার লৈবা নিপা অমনা মহাক্কী মতেং পাংবিরীবী মীওইদা মতৌ অসুম ব্যবহার তৌবা তাবনি। মসিদা হেনজিন্না খনবা অবানবনি। অঙাওবনি।

মসি খল্লুরগা সুশীলা ব্বাই। অদুবু মসিদা ব্বাবসিসু চুন্না ব্বাবা নত্তে। য়াম্না অঙকপা খোইথুম্নরবা অমা ফাওরকই। মসি করিগুম্বদা অমুক্তা থোকখিদ্রি।

নর্স সুশীলানা খল্লকই। মাগী থম্মোয়দা আত্মাদা মনুং হুঞ্জিনবা থম্মোয় লায়ুমদা

লিচৎতা মপূং ফাবকই।

অঙকপগী মতৌনি। কনাগুম্বনা মদু তৌববগুম মহাক্কী পূক্লিংসু মনুং হুঞ্জিন্না ওহোকপিথ্রবগুম ফাওবকই। মসিনা ওইনীংবা ওইববসু মদুগী চিংনবা লৈতে মসিমদি চুন্নবনি। ঙসিগী সুশীলা হান্নগী সুশীলাদুদি নৎত্রবনি।

# মপাবুং লৈখিদবা

ঙসি টেলিগ্রাম লাকই, ডা. মধুসুদনগী মপাবুংগী হকচাং নুংঙাইতরে। অহানবা গাড়ীদা লাক্লবা হায়রকই। ডাক্তর হিদাকশঙদা লৈরি, নর্স মেটর্নিটি হোমদা টেলিগ্রাফকী পাউ ফংবগা মহাক চেন্না চেন্না লাকই। ডা. গী মকশিল্লবা মায়থোঙ উরুবদা ঙকচানৈ, হায়বকই— "অদোম্না মহাকপু পুবিরকউ নিংথীনা লায়েংনবা।"

"লায়েংবগী ৱাদি চুম্লবনি অদুবু ঐনা কায়রক হায়বনি খুঙ্গং থাদোক্নুনা মফমসিদা লৈবসি। তৌইগুম্বসুং য়াম্না কনশন্না হায়রকই— "মধু মফমসিদা ঐগী পুন্সিগী নুংঙাইববা মতম লেপ্লকপনিনে মসি থাদোক্নুনা চৎপা পামদে।" মহাক অহল ওইরে মতোমতা লৈবনি, সেবা তৌবিনবা কনামতা লৈত্রবনি অদুসু খুঙ্গং থাদোক্লীংদে হায়রকই— "ইপা-ইপুগী লমসিদা উৎ ওইনা তাবদা শান্তি ফংজগনি। ঐহাক তৌফম খঙদে।"

"হুম, য়াম্না অরুবা ৱাফমনি," সুশীলানা হায়রকই— "মহাক্কী ৱাফমদুমসু থওইদবা য়াদ্রি। ঐসু লোয়ননা চৎকে?"

"চৎপা ঙম্লবদি ফগদবনি অদুবু সিদা কনানা পুবিগনি?"

"হোই মদুসু চুম্মী, অদোম ডাক্তর বর্মাবু করিগী পুদ্রিবনো? ফিভম লুরবদি অমদগী অনীনা ফবনি।"

সুশীলা খঙই। ডাক্তর ৱাখল লৈবা মীওইনি। মমা-মপাদা ভক্তি থম্বনি। অহন ওইরবা মপাবুংগী লায়েংবদা অকুবা কেসশিংদা কিজদ্রবসু মপাবুংগীদি খুৎ নিকলকপা য়াই। মসি খন্দুনা পাউতাকসি পীরুবনি।

ডাক্তর ৱার্মাদি য়েংথিনবনি, মাগী মিংচৎ অমদি মীনা নুংশিবসি উবদা চাক্লীবনি। ডাক্তরগী থবক্তা মাগী মথংদা লৈবনি। ডা. মধুসুদনদা ইকাইখুম্নজবনি।

মধুসুদন অমসুং ডাক্তর ৱার্মা অহানবা গাড়ীদা থোকখ্রে। করিগীনো হায়ববু

মোটরগী লম্বী খুঙ্গংদা চৎনবা লৈতে। হিদাক বোকস লোয়নখি। নর্স মখোয় ষ্টেসন ফাওবা থিন্দোক্রকই। থুনা ফিভম খঙহল্লক্লবা পাউমেল্লম্নগা হিদাকশঙদা হল্লকখিবনি।

মথংগী নুমিত্তা খঙহৌদনা ডা. বার্মা মশামক লাক্লনা পাউ পীরে। শ্রীপুর থুংলুবা পুং ৩ রোমগী মতুংদগী ডাক্তরগী মপাবুং লৈখিদরে। অনাবদি থোইদোক্তে। অমুনবা উইনো মশানা অদুম কেল্লকপগুম, মতৌ অদুগুন্না মহাক্না মাগী হকচাংবু থাদোকখিবনি। য়াম্না চিংলেম্না লৈখিদে। মচাবু উরগা য়াম্না হরাওজখিবনি। হায়রকই— "মধুসুদন, নঙনা নমাগী অনীংবা পূন্নমক পাংথোকলে। হৌজিক পাউসে তম্লুনবা মাগী মনাক্তা ঐ ইশামক চৎলবনি। নঙ বাগনুকো ইবুংঙো করিগীনো হায়ববু ঐহাক হৌজিক শিবদা পেঞ্জরে। ঐগী থবক লোইরে। মতম য়েংলগা লুহোংউকো। মীওইবগী সেবা তৌরকউকো। লমসে খূতগী চৎহনখিনুকো, মসিদা নমা অমদি ঐগী নুংশিজবনি। শির ফাওবা ঐখোয়গী আম্মানা মসিদা চৎতুনা লৈগনি। অদুগা ঐগী অবোইবা অনীংবদি নমাগী মৈ থাকমদুমক্তদা ঐগীসু থারকউকো।"

ডা বর্মানা হায়রকই— "শিববা তুংদা ঐনা লৈথবগী কান্নদরে অদুনা অহিংগী গাড়ীদা লাকপনি। ডা. মধুসুদন বাৎলিবা থবক খরা তৌরম্নগা নীনী হুমনিদি লৈবক্কনি।

সুশীলা থম্মোয় পুঙমদে। ডাক্তবগী অবাবা বাখলসিদসু মাগী মমা-মপাগী নুংশিনজবগী বারী তারুরগা অঙকপা অমদি মিহৌজবা অমসু ফাওরকই। অসিগুম্বা মপান নাইদ্রবা নুংশিবসি অয়াম্বা মতে মনাওদা উবা ফংদে। অসিগুম্বা মমা মপাগী মচানি অসুক ফজরিবসি। অনীমক্না মঙোন্দা সংস্কার অমদি থম্মোয় পীরম্লবনি।

# নুপী নথত্রগা দেবদূতলা?

বঙ্গাল-নাগপুর রেলবে লাইনগী পেসেঞ্জর গাড়ীনি। অহীংগী শুক্র-মন্নবদা সতপুড়া চীংগী কুংলবা জঙ্গল অমদি ঘাটশিংবু, তুরেল-নালাশিংবু অমমমত ওইনা লম্থোক্তুনা লাকলি। মপান্দা নোং কন্না চুরি জীরি জীরি। গাড়ীদা গিয়াসগী মেঙলবা লাইট। মপান্দা শুক্লা মম্মী। করিসু উদে।

গাড়ীসিগী ইন্টর ক্লাসকী ডিববাদা মধুসুদন ফম থাদুনা ফম্নী, খুৎ অনীনা কোক শৌ, খুনিংনা শৌরদুনা মহাক্কী মীৎয়েংনা অমম্বদা য়েংলি। লাংতক্নবা অমা য়াওনা য়েংলিবদুদা শান্তি ওইজরিবনি। ঙসি মহাক্কী থম্মোয়দা অকিবগী মশক ওইরবা মতৌনি অদুনা মপানগী অমম্বদা তশেংনা নুংঙাইবা ফাওবগুম তৌই।

মমাগী নুংশিবদি অঙাং ওইনা মাংখ্রবনি লাইবক ফবনা অরোইবা মিকুপ্তা মহাক মনাক্ত থুংলুবদুনি। মানা লৈখিদবদু কয়াদা ইংখ্রবা অমদি অবাবা লৈতবনো? তুমিন্না-তপ্না তুমথখিবগুম।

মধুসুদননা উরকই। মশামক্কী পুন্সিদা সাধু-সন্যাসি সেবা ব্রত ওইরকপগুম, শিবা মতমদসু মপাবুংদো লিশীংলক হায়জরবসু মনাক্তা লৈয়ু য়াদে। অহল ওইরক্লবদা সেবা খরদং ওইরবসু তৌজনবা অদুবু মহাক্না হায়রকখি "মশাগী লম, লীরবা য়ুম থাদোক্তুনা মহাক্কী মনাক্তা লৈবা ঙমদে, মধুগী দরকার ওইরবা মতমদা কৌরককে" মহাক্না য়াম্না নুংশিনা অমুক হায়রকই— 'হকচাংগী সেবা মিহৌবসি করিগীনো? মসিদি নোংমদি লৈবাক্তা তিনখিগদৌবনি? চাওথোকচবদি মদুনি নমাগী অনীংবা, অরোইবা আশাদু পাঙথোক্তুনা ডাক্তর ওইদুনা বার-নারবা নুপা-নুপীশিংগী পূক্লিং-হকচাং য়াওনা সেবা তৌ, মদুনা ঐগীসু সেবা তৌবা শক্লবনি।"

মসিদা মধু করিসু হায়জবা ঙমজখিদে। অদুম ওইদুনসু মহাক্না হ্রাও-পেনজখিবদি মতম লৈবা খিবিক্ত মপাবুংগী থৌজানগী মীৎয়েং মঙোন্দা থম্বীরি। মাগী নাক্তা

থুংবদি মাইল ৪/৫ খক্কী লাপ্পনি।

তৌইগুম্বসুং অদুগুম্বা খেন্নবদু থিঙমদরে হৌজিক্তি কয়া থিদুনসু হোৎনদুনসু লোকসিদদি মপাবুংবু উজবা ফংলরোই। পরলোকী ৱাদি ঈশ্বরনা খঙগনি।

মহাক হৌজিক্তি ইমুং মনুংগী শাগে নাতৈগী লীপুন্দো তৎখ্রে। মাগী মপা মপুনা মুগল গোগু অমদি লৈখিদ্রবা নিংথৌশিংগী লান্দা শরুক য়ারকখিবনি। মশাগী লৈবাক্তা লাকপা খুদোংথীবদগী কননবা মতম লৈবা খিবিক্তা থাং পায়রকখিবনি অদুগী ৱারী কয়ানি মপাবুংনা মঙোন্দা লীবীরম্বা। হৌজিক হৌখিবা মতমদো হৌখিবা ওইদুনা তাদুনা লৈখ্রে। মপাবুংগী থবক পাংথোক্লবা ভারদি মাগীকোকথক্তনি।

"পাবুং। পাবুং"

খুদক্তা অচৌবা ষ্টেসন অমদা গাড়ী লেপ্পী। ডিববা হাংদোক্লুনা ময়াম মনুংদা চঙলকই। ডাক্তরনা তাখি— "অদোম ডাক্তর সাহেবলা? গুড মোর্নিং, নত্তে, নত্তে গুড ইবনিং" সিখ টিকেত কলেক্টর খাকী পোশাক শেৎলি চান্দীগুম্বা লংলবা কুদাম্না ইবং লংই। কালবদা বিল্লা য়াম্লী, খুত্তা টিকট করুবা কাটি।

ডাক্তরনা মঙোন্দা য়েংলগা কংলবা মিনোক্তা নোক্লুই। মাগী মশক উবদা টিকট কলেক্টরনি হায়বা খঙই। হায়রকই— "ডাক্তর অদোম হকচাং ঙম্বীদবরা?'

"নচ্চদে"

"কদোমদগী লেঙবীরকপনো?"

"খুঙ্গংদগী পাবুং লৈখিদবে"

"ওঃ ভেবী সোরী য়াম্না নুংঙাইজদে, চহী কয়া ওইরবনো?

"৫৯ নি"

"অদুদি শিবগী মতম চপ চাববনি ইন্দিয়াদদি পারসনতেজদা ৩৩ নি। অদুগী চাংদদি ডবল গুবে।"

ডাক্তর করিসু হায়দে অদুবু কলেক্টর মখা তারি।

"অদোম ৱাবৌবিগনু, ডাক্তব সাহেব শিবদি য়ারবনি। ঐগীসু ফাদর লৈরম্মী বস চহী অহম মমাঙগী ৱানি, শিবদি অদু শিগদবনি। টার লাকই, তাদুনা লৈরে, এঙ্গোলো ইন্দিয়ান স্টেসন মাস্তববু পাহল্লে, মানা হায়রকই মদুমক্লী য়েংউ, ঐনা অসুক

যাম্না লানখিবা ঙমবরা? মিডিলনি, মিডিল ফেল।"

"হোই' ডাক্তরনা তাদবগুম হায়রকই।

"অদুসু বাবদি বাজরম্মী, ইকাইবসুনি। অশেংবদি ফাদরনিদো। অদোমগী টিকেট পীবিরকউ ককচগে। মসি চৎনবীনি, অদোমগুন্না অফবা মীবু কনানা 'বিদাউট' ওইবগে?"

ডাক্তর করিসু হায়দনা টিকেট লৌথোক্লুনা পীরম্মী। "সিদা নুংঙাইবিদ্রগা সেকেন্দ ক্লাসতা ফমহনজৌরা?"

"নত্তে মফমসিদসু নুংঙাইজরি, থাগৎচরি।

অনীমক তুমিন্ন লৈনৈ, ঙাইহাক লৈরগা সরদারনা হায়রকই— "ডা সাহেব, চেন্তা খরা নারে। য়েংলগা হিদাক খরা পিবিরবদি য়াম্না নুংঙাইজগনি।"

ফিভমসিদসু টিকেট কলেক্টরদুনা মাবু য়েংহল্লী, নোটবুক লৌথোক্লুনা হিদাক ইহল্লী। অদুদগী স্টেসন অমদা কুমথহৌগদৌরে— "মথংগী ষ্টেসনদনি ডাক্তর সাহেব, নুংঙাইতবা তৌবিগনু কুমজহৌরগে। করিগুম্বা দরকার ওইরবদি নীংশিংবীরকউ গুড নাইট",

চাওরবা টিকেট কলেক্টরদো অমম্বদা কুমথহৌরে। ডাক্তরনা ফিভমসিদসু মাগী থাবী মতাদুদা নোক্লনা লৈবা ঙমদে। অঙকপা মীনি।

গাড়ী ষ্টেসন্দা থুলবা মতমদদি মধুসুদন্না উরকই নোং অতৎ অখম লৈতনা তারি। ছাতিনসু য়াওদে। কুমথবদি তাবনি, ফিরোন য়োমশিন্দুনা থোঙ হাংদোকলে, মপান্দা য়েংথোকখিবদদি কয়াদা ঙকখ্রবনো? ছাতিন অমা পাই, অমনা তুপ্লুনা নর্স সুশীলা লেপ্লুনা লৈরে। "কনানো? সুশীলাবাই?"

"অহোই, ডাক্তর"

"নোং অসুক কনবসিদা? গাড়ীসিদা ঐহাক লাক্কনি হায়বদি করম্না খঙলিবা?"

"ঐহাক নুমিৎ হুমনি গাড়ী অনীমক এটেন্দ "তৌরকপনি

'What a pleasant surprise!'

কুলিদা বেডিং থোঙ্গত্থুনা শগোলগাডীদা ফমখ্রে। মোটর য়ুমদা লৈবনি, ডাক্তরনা থৌবনি। অনীমক য়াম্না চোৎলে সুশীলানা হেন্না চোৎলবনি।

"কবিগীনো অসুক ৱাবিবসে শীলাবাই।"

"ঐদি নর্সনি। অৱা-অনাগী সেবা তৌবনা ঐগী ধর্ম্মনি অদোমগী থম্মোয়গী ফিভম ঐসু খঙজে।"

ডাক্তরনা অমম্বদা মখূৎতিংথোক্তনা সুশীলাগী মখূত্তা পায়রম্মী। নর্সনা মখূৎ অনীনা য়াম্না থোংনা পাইশিল্লকই।

কয়াদা নুংশিবগী মশক ওইববা মমতাগী খূৎশোক্লা? সুশীলাগী অদুগুম্বা খূৎশোক্কুনা পূক্লিংগী অরোনবা খুদিং মধুসূদনগী থম্মোয়দা ফোংদোক্লকই।

করিগুম্বদা খূৎশোকসিনা ৱাহৈদগী হেন্না মরোন লোম্লী।

"অদোম্বু য়ুম ফাও থিল্লমগে, গাডীসিদা"

"নত্তে, অদোম হান্না যৌবসি, অদুদগী ঐদি খোঙনা অদুম লাকচগে। মাস্তরগী নুপীদুসু অমুক্তং য়েংলম্বা তাই।"

"খোঙনা করিগীনো? ঐনা মোটবনা থিনগনি"

"অদোম ফিভমসিদা?"

"করিনো? ঐবু করি তৌরবগে? পাবূং লৈখিদবনা ঐগী থম্মোযবুদি ৱাহল্লী অদুবু মপানগী লোনচৎ ব্যবহারদি কায়ফম থোক্তে। শীলাবাই। ঐগী তৌগদবা ইথৌবু থওইদবদি হৌনদে। অৱাবদা লায়না লেঙগদবা ঐহাক নত্তে।"

'মিনাই কনা লৈবগে?"

ডাক্তবগী ময়ুম য়ৌবগা সুশীলানা হাযবকই।

"নত্তে, শিৎ নাম্থোক্লম্লগা নুমিদাংৱাই ময়ুমদা চৎলম্লগনি। শোজে অমা মানা পায়বনি, ঐনা অমা। ঐহাক লাকপগী অবেপ্পা লৈতে।"

"হান্না অদোম ফি হোংদোকপিবো। স্পিরিট এমোনিয়া ঐরোমেটিক্কী হিদাক পিথক্লগা হিপ্পীরো। অদুগা ঐহাক চৎখ্রগে?"

"অদুগী দরকার লৈতে, ঐহাক ইশানা.. ।"

"ঐ নর্সনি, কাউবীরবরা? কবম্বা মখলগী অৱাবদা করম সেবা তৌগনি, কবি দবকার ওইবগে য়াম্না খঙজে।"

"অদুদি ঐসে অনাবা ওইরে?"

"অহোই। হকচাংদা নথব্রবসু থম্মোয়দা।"

"মদু করম্না?"

"য়াম্না খঙবা শাবিরনু, নুপাশিংদা মদু লেমজদে কংয়েৎ তৌবিরনু। ফিরোন কদায়দা লৈবগে? থেংগ্রে।

"ঐ পুরককে।

"ফিভমসিদা করম্বা ফি শেৎকনি? অদোম খঙবিরমলোই।"

"ঙসিদি সুশীলাগী মতৌসি উবদা মধুসুদন উঙক ঙকখি। ইংলবী চিংলেমগনবী নর্স, ঙসিদি অধিকারগী মওংদা চৎথরকপসিদা। অদু ওইদুনসু মধুসুদন মাগী অসিগুম্বা ব্যবহারসিদা হায়নীংঙাই লৈতনা লোননা থুপ্না থবায় তানা নুংঙাইবা ফাওরকই।"

"ঐ ফি হোংলরোই"

অঙাংগী মতৌগুম নিংঙাই তৌরগা হায়রকই।

"করিগীনো? হৌজিকপু অঙাংদৌনা?"

"নহাক্না চোক্তুনা লৈরগা ঐনদি হোংগদরা?"

সুশীলানা উরকই— মধুসুদনগী অহানবা

'অদোম' সর্ব নাম থাদোক্তুনা 'নহাক' হায়বকই। মপুক্লিংদা হরাওজে। মায়গৈ অমদা ডাক্তরনা মাগী অবা-নুংঙাইদা পূক্লিং চঙলকপা, থম্মোয়দা অপেনবা পোক্লকই। অদুবু মদু পুন্নমক লোৎশিন্দুনা নোক্তুনা হায়রকই

"অদোমগী সাড়ী লৈবরা? পুরকউ হোংদোককে?"

"সাড়ীদি লৈতে" মানা চিংনদনা হায়রকই।

"অদু ওইরদি করি শেৎলু হায়রিবা? অঙকপনি!"

"ঝা অমদি লৈরে, ঐগী ফৈজোম শেৎপিয়ু। মথক্তা শমতুগী ওভর কোট লিৎশিল্লো। পুন্নমক উররোই।"

"অদুদি মীনা ফিভমসিদা উশ্লবদি..?" মোমোন নোক্তুনা হায়রকই।

"ওইনীংবা ওইরসনু, ফিভমসিদা ঐহাক নঙবু চোৎনদি লৈহল্লরোই। নথব্রবদি ঐহাকসু ফি হোংলরোই।"

অচেৎপা ঝাফমগুম হায়রকই।

"ফবে ভাই, শেৎলগে, অঙাংদৌনা নিঙাই তৌববদবু করি তৌদোইনো'

সুশীলা থংনবা কাদা চৎখ্রি। অদুদগী তাবেল অমা পুরক্লগা হায়রকই— "হান্ন হকচাংদো তৈথোক্তুনা কংহনবীরো। মসিনা শেৎচিন্দুনা লেপ্তনা লৈরো ফি পুরক্লগে?'

ডাক্তরনসু উরকই 'লৌবীয়্' লৈবীয়্ ' মগী মহুত্তা 'লৌরে, লৈরো' হায়ন শীজিন্নবকই। পুক্লিংদা হরাওজে।

ডাক্তর হায়বা ইনবা অঙাংগী মতৌগুম সুশীলানা হায়বা পুম্বা য়ারে। নস ডাক্তরদগী শো লৌরগা উপু হাংদুনা কোয়থি থিদুনা মোজা ফুরিৎ, পাম্বোম য়াওব ফুরিৎ পাইজমা, উনগী শ্বেটর, মোজা মফলর লৌথোক্তুনা পুরকই মখোয়দু অমমম ওইনা শেৎচিনবিরে অদুদগী শমজেৎ পুরক্লগা হায়রকই— "হৌজিক মায়থোঙদ শেমজিনবীরে।"

"শেমজিনবীরো" ডাক্তরনা শাওরপ্না হায়রকই।

"ফরে ভাই লৌরো। নহাক্কী যুমদদি অসি হাযরগে?"

সুশীলাসু ডাক্তরগী কোট ফৈজোম শেৎলে। মধুসুদননা হায়রকই— 'ফিজেৎসি নঙোন্দা য়াম্না পকচরিনে!",

"সুপ্না ফিজেৎতমক?" মথংগী মিকুপ্তা মহাক কবিনো হংলুরিবদো খল্লুবগা ঙকচখি। থুনা বাঙাং ওয়োক্তুনা হায়রকই— "অদোম হিপ্তনা লৈবীরো?"

"অমুক 'অদোম'?

"করি তৌনি। কুইরবা হৈনবীনি। ফরে চৎলো হিপ্নো।

"অমুক 'নহাক'?

"ঐহাক চৎনবা তৌরগে?"

"নত্তে অসুক থুনা চৎখিনু শীলা।

"ফরে চৎতরে"।

শীলানা মধুসুদন ফমুংদা হিপহন্নে। থবাক ফাওবা ফি শুপশিন্নে। সুশীলা মনাক্তা চৌকী চিংশিনদুনা ফম্নে।

"অদুক লাপ্না করিগী ফম্নীবনো? শীলা ঙসিদি নহাক্কী নকশিনবগী দরকার ওইরে।"

সুশীলা পূক্লিংদা হংনীংবা ফাওরকই ঙসিগীদরা নৎত্রগা মতম পুম্বগীরা? অদুবু করিসু হায়দরে তুমিন্না মধুসুদনগী কোক ময়াদা ফম্বথরকই। অনীমক তুমিন লৈ।

মপান্দা হৌজিক ফাওবা নোং কন্না তারি। কাদা কেরোসিন থাওমৈ কাচিন্দা মঙান মেংনা ঙাল্লি। কাদু ইচিক চিকই। মপান্দা ইংই। মনুংদদি ফনা য়ান্না লুমলে। অকংবা অমদি অরুম্বা ফিরোল শেৎপনা অনীমক্কী হকচাং শাগৎলক্রে। অনীমক্কী বাখলসু নৌথোক্রী। নুমিৎকী মঙান্দা মীওইবসে হেন্না মরৈ কনবা অমদি মথৌ চিনবা ঙাক্তনি অহীংগী মতমদদি অমম্বদা হেন্না থোৎনা মেঙনা নুংশিবা মতৌ উৎলকই। অতিয়ানা মশাগী নক্ষত্রশিং উৎচনবগী মতমসু অমম্বা অহীংদনি। মীওইবসু থম্মোয়গী অরোনবা বাকম ফোংদোক্লবা অহীং লাইরেম্বীগী ফিগাওগী দরকার ওইরকই।

ডাক্তর মধুসুদন সুশীলাগী মনাক্তা য়ান্না হেন্না পূক্লিং চঙবা অমদি নুংঙাইজবগী মওংনি। মমা-মপা লৈখিদ্রবসিদা মাগীনি হায়বা কনাসু লৈতরে। পূক্লিং তপচবনা মরম ওইদুনা কনাগী মীনুংশি য়াওদনা মতোম পুন্সি লেনবা ঙমলোই। শীলাগী থম্মোয় ফজবা পূকচেল চাওথোকপদুদা পুমপেৎ পেৎখ্রে। করিগুম্বা মহাক্না মাগী প্রেম পীবা ঙম্লবদি অদুসু ডাক্তরনা লাইবক ফবনি খনজগনি। মঙোন্দদি বাহং লৈতে। সুশীলা চহী ৭/৮ মঙোন্দগী হল্লী। য়েংবদা ইচম চম্মী। মাগী যৌবনদি ভারতবর্ষগী মর্যদা য়েংনা য়েংনা মরাই চাইথরক্রবনি।

মহাক শীলাগী হকচাংগী মরমদা কৈদৌঙেদসু খন্দে মাগী থম্মোয়দি ডা. মধুসুদনদগী কন্না হেন্না পাক চাওরিবা, নুংশিনিঙাই ওইরিবনো? নোংমা-নোংমগী বাখল তৌরকই, অসিগুম্বা প্রেমগী মশক ওইবী, মীওই অমগী মীৎয়েং য়াওদনা হীংবা ঙমজরোই। অদুগুম্বী মীওইদো শীলা নত্তনা অতোপ্পা অমদি ঊবা ফংদরি। সুশীলানা মাগী শিনফমদা মতেং পীবিদুনা মতিক চাবা প্রমাণ তৌবিবনি। পুন্সিদসু মতেং পীবিরবদি মদুগী ভিক্ষা নীজনবগীদমক মধুসুদন মতম লৈবা খিবিক্তা লাং তরুরিবনি। মদুবু মপানথোঙদা ফোংদোকচনবগী পাঙ্গলদি লৈজদে।

অদুগা সুশীলা? পুন্সিচুপ্পা নুপা ওইবীগী মীনুংশিদগী লাপথোক্লা লৈদুনা অশাবা মরুভূমিগী মতৌগুম ইকং-কংনা অমদি ইখৌ লাংদুনা লৈরিবনি। মীনুংশিগী খজিক্তং ওইবা লাইজনা মাবু ইশং-শংহনবগীদমক মতিক চারবনি। ঙসি মধুসুদনগী আত্মাগী

ওইবা মীনুংশি ফংজবদা থম্মোয় পের্থখিবনি। অসিগুম্বা রত্নগুম্বা মীওইসিদা মাগী লৈজবা পুম্বা কৎথোকপা পামজবনি, মাগী মনাক্তা লৈরিবনি। তশেংনমক মতম পুম্বগী ওইনা নুংশি লিপুন্না পুন্সিনবা য়াবনি।

"শীলা"— ডাক্তবগী খৌনাওদগী অচেৎপা খুৎকৌ তারকই। সুশীলানা খণ্ডজখি মসিদা নিকপা অমদি মহী চেলবগী মতৌনি।

"কবিনো"— মহাক্না তপ্না পাউখুম পীবকই। মধুসুদন মঙোন্দা শংত্রিক য়েংদুনা লৈরম্মী।

"শীলা ঐহাক নঙগী শেংলবা নুংশিবসি যাওদনা লৈবা ঙমগদরা? ঙসিদি নঙসে ঐগী পুন্সিগী চণ্ডজফম্নী হায়বা খণ্ডলকই। নহাক লৈত্রবদি ঐগী মঙলানগী নুংঙাইবা পুম্বা মাঙখিবা যায?"

শীলা করিসু হায়দে। মাগী বাহৈশিংদা অর্থ য়াম্না লৈ। মদুদা লোৎলিবা মপান নাইত্রবা সমস্যা অমা পুবরুবা হোৎনবকপনি। তৌইগুম্বসুং বাখলনা পাউখুম পীবকই— বাখলগী ইথক হৌবকপনি মদুনা পিবাং ওইনা ইহৌবকই। মসিদা তশেংনা মীওই অমগী পুন্সিগী মগুণ অমদি মমলবু লৈবিববা? তশেংনমক মাগীসু মশাগী ওইবা লৈবিববা? মসিবু মাযগৈ অমতগী ওইবা নত্তেকো?

অসিগুম্বা তুংদা ওইবরুদবা কল্পনাদনা মহাক্কী থম্মোয় নিক্রকই। হক্চাং নিকপগুম তৌবকই মিৎলুদগী পিবাংগী ইবিক অনীদং তাখিদুনা মধুসুদনগী লায়বক্তা তাবকখি।

অদুগুম্বা পিরাং ইবিক্তুগী অশাবদা মধুসুদন মহী চেনখি। থুনমক খণ্ডহৌদনা মকোক্তু শীলাগী তম্বাক্তা মোন খাংনবকই। য়েৎথংবা খুৎশাশিংনা মাগী পিবাংবু তৈথোকপিবদুনা হায়বকই "শীলা কপকনু শীলা?"

মধুসুদন হেন্না অমুক নকশিল্লকই। শীলাগী মথাদা মকোক্তু লেশিল্লকই। বাখলগী ইহৌনা শীলাদি শ্বব মপী হোল্লী। মাগী থম্মোযগী ইথক-ইপোম ডাক্তবগী নাকোংদা শেংনা তাবকই।

শীলানা খণ্ডহৌদনা মধুসুদনগী মকোক্তু মথাদা চেংনা কোনশিল্লকই। মখুৎনা মাগী শন্নাং নানবিরকই অদুগা মবায়বক্তা চুপচরকই।

ডা. মধুসুদন মপুং ফনা কৎথোক্রবগী মঙংদা মমীৎ উইশিন্দুনা লৈ। মহাক্না

খল্লকই স্বর্গগী নুংঙাইবদো মাগী খুৎতা লৈবে।

অদুবু খঙহৌদনা মহাক্না খঙলকখি শীলাগী পূক্নিং হকচাং কনশিল্লকখি। মথং গী মিকুপ্তা হায়রকই "ওঃ ঐ চৎলগে য়াম্না থেংখরে।"

"করি তৌরে? অসুক থুনা?" য়াম্না ঙক্না হায়রকই ইফিং ফিংনা হৌগৎলকই।

"হোই ঐ চৎলগে" মহাক ফমুং মখাদা কুমথরকই।

"শাওরব্রা? শীলা?"

"নচ্চদে" মঙক নোল্লদুনা হায়রকই। মায়থোঙ চীংলেম্লকই।

"অদুদি?"

পাউখুম ফংদে।

মহাক মাগী অচোৎপা সাড়ী বলাউজ লৌখৎলে, চপ্পল তোংলদুনা চৎনবা থৌরাং তৌরকই।

ডাক্তর য়াম্না ঙকখি। তশেংনা মহাক করি তৌব্রবগে?

"ফবে, ডাক্তর গুড নাইট"

"ঙাইখো শীলা ঐ মোটরদা থীনগে?"

"নত্তে দরকার ওইদে" মানা হায়রকই "ঐহাক খোঙনা চৎচখিগে?"

"নোং অসুক কন্না তারিবসিদা অসুন্না নঙবু কৈদৌঙেদা চৎহল্লোই" য়াম্না চেৎনা হায়বকই মাগী শক্তি অরৈবা খোমজিন্দুনা।মদু তাবদা শীলা করিসু হায়রক্তে। ডাক্তরনা মোটর থৌদোরক্লে, মবানি ফমলম্মী।

লম্বীদা ডাক্তরনা হংলকই— "খঙহৌদনা নহাক করি তৌব্রবগে? শীলা শাওবদি নত্তেকো?"

"নত্তেদা" মহাক্না ইখন খন্দনা হায়রকই।

ডাক্তরনা খল্লী মহাক্কী খোঙ্গোক্তুদা য়াকপরা?

"নহাক ঐবু নুংঙাইহন্দনা চৎলবনি, মসিগী বাখল লৈবরা?"

শীলা তুমিন্না লৈ।

"করি তৌরে। ঐনা করিগুম্বা লানখিবরা? শীলা?"

য়াম্না নোলুক্না হায়রকই।

"নত্তে, ডাক্তর, তশেংনা লান্দে।

মখৃত্তু ডাক্তরগী মখৃৎতা থন্নকই।

শোকপদুদা মমতা লোয়নরি। ডাক্তর চিংনবা কোকখরে।

"অদুদি অসুন্না ব্যবহার করিগী তৌরিবনো?"

শীলা অমুকসু তুমিন্ন লৈ।

হিদাক শঙ য়ৌরে। শীলানা হায়রকই "অদোমসু পেসেন্ট' য়েংবিখো? অদু ফাওবদা ঐসু ফিরোল হোংলুরগা অদোমগী ফৈজোম অমদি ওবর কোট পীজনবা। মসি মকমসিদা মীনা উরগা ফজদে। ঐগী প্রাইবেট কাদাসু সাড়ী অমা লৈ।"

ডাক্তর অসুম তৌরম্মী।

হন্নকপা মতমদা খঙহৌদনা মাগী বাখলদা বাহংসি হংলকই করিগীনো? মওং সি হোংলক্লিবসে? করিগীনো? মাগী ব্যবহারদা শাওখিবরা? মদুগীসু মানা পাউখুম পীরকখ্রে। অরোইবা ওইনা মাগী খৃৎ শোকখিবদুসু মহাক শাওদে হায়বসি খঙহননীং খিবনি।

অদুদি করিগীনো? শীলা থম্মোয় পেৎথরক্লবদু খঙহৌদনা ওনখিবা? বাহংসিগী পাউখুম থিরুবসু ফংবা ঙমদে।

নুপীগী থম্মোয় খঙবা য়াম্না লুই। মসি অরুবা পাখোঙ অমনি। খঙঙমদবা পাখোঙনি। নিপানা মঙোন্দা অধিকার কয়ামরুম নহ্‌দুনসু হকচাংদা অবাবা কয়ামরুম পীরবসু নুপীগী মনুং হুর্জিনবা থম্মোয় লায়ুমদা লোৎলিবা বাফমদুদি আন্তরজামী ওইরিবা ঈশ্বরতনা খঙলমগনি। মসিসু অচুম্বনি। অদুবু খঙলবসু মাগী থম্মোয়দদি খোয়রাং খোইশাওনবগুম তৌই।

# পূক্নিংগী লান

মাস্তরগী নুপী য়েংলুরগা হিদাক পীথক্লমলগা, নর্স সুশীলা মাগী মোটরনিটি হোমগী মশাগী কাদা লাকপা মতমদা পুং ১ তাখরে। কম্বল শুপ্তুনা ফমুংদা হিপথরম্মী অদুবু তুন্নীংদে। ৱাখলদা অকিবগী চক্রশুম উংদুনা লৈ।

ঙসি মহাক করি তৌরবগে? পুক্নি চুপ্পা আত্মা শক্তিনা ঙাক্তুনা থম্বনি, ঙসি করিগীনো মাগী ৱাখল উথথোক্লরিবা অমদি অসুন্না ইচেলদুদা চেম্থরুরিবা মিনিট খরদগী ওইরবসু?

মহাক অদুগী নিংঙমদবদি তশেংনা লৈতে, অদুবু ইচেন্দুনা মরম ওইদুনা ডাক্তবগী শম অমদি লায়বক্তা চুপ্লুরিবা? মধুসুদনগীদমক মাগী থম্মোয়দা কল্লবা ইচেলগী প্রেম লৈ, ইকাই খুল্লবা লৈ, অফবা শুণ ঙাক্তনি মায় পাকপা ঙমদবা হকচাংগী ওইবা ৱাখল নত্তে, আত্মাগীনি। চহী কয়াদগী মীনুংশি লৈতবা, আত্মা লাকশিনবতনা ভোগ বিলাসকী ৱাখলদি শিরবগুম্বনি। বাসনাগী ৱাখল হেক লাকপদা তুক্কচবা অমদি পামজদবগী নিক্রক্লীবনি।

অদুগা মসিমসু অচুম্বনি। মধুসুদনগী লমচৎ ব্যবহাবদসু মিৎকুপ অমফাও অদুগুম্বা বাসনাগী ৱাখল খজিক্ত ফাও উবা ফংদে। মায়গৈ শোমদা কবিগুম্বা ৱাকৎ অমত্তা লৈতে।

অশেংবা মপান নাইদবা নুংশিবগী ইচেলদা মশাগী নুংশি সাধনাদা করিগুম্বা খরা তৌরবসু মতাং অমা ফাওবা চৎলি। মদুদা ৱাকৎ লৈতে। করিগীনো হায়ববু মাগী থম্মোয়দা থাজবা লৈ নুংশিবগীদমক, মতিক চাবা চাদবা ৱাখলগা মরী লৈনদে।

অদু ওইরসু নুংঙাইরক্তে মিপায়রকই, করিগীনো? অমরোমদদি ঙসি মহাক্কী নুংঙাইবগী শুমখৈ লৈতে, পৃথিবী অমদি অহীংনা মশাগী খোইথুন্নরবা পুন্নমক থম্মোয়দা নিংথীরবা ঈশৈগা লোয়ননা কৎলক্লবনি, মরমদি ঙসি মধুসুদননা হংলম্মী ইহান হান্না-

"নঙগী মমল নাইদ্রবা নুংশিবা যাওদনা হীংবা ঙমগদবা ?" অদুগী হায়ববদি"— মহাক ঐগী পুন্সিগী খাইদগী চাওবা মতেংনি" বাহৈশিংসি তানবগীদমক মাগী নাকোং লাংতক্লখি। মসিগী মবম ওইদুনা ববদান ফংগদৌবিবনি।

হোই ববদানমক্তি। নুপীগী পুন্সিদা খাইদগী খেইথুন্নববা, খাইদগী ফজববা মিকুপ্তো মসিনি। কনাগুম্বা নিপা অমনা অসুম্না হাযবকপদো।

মবমসিনা ঙসিদি মহাক পোকপগী মহৈ য়াম্লে খঞ্জবে, স্বর্গদা লৈবাগুম্না।

অদুবু ।

চিংনবা অমদি লৈবি। ঙসি মপাবুং লৈখিদবদগী হল্লকপনি। ডাক্তবগী থম্মোযদা অবাবা অমদি বাখলগী ইহৌবকপনি। অসিগুম্বা ফিভমসিদা মীনুংশি চাওবা থম্মোযগী চঙজফম থিবকপদা শীলাগী মনাক্তা চেলশিল্লকপনি। ঙকনীংঙাই ওইদে। অসুম্না চেলশিলকপনি। থোইদোকপা বাখলনা ওইহনবনি। পূক্লিংগী অচম্বা ফিভমদা মসিগী মগুণ চাওবগদবনি।

বা অমা লৈ, ডা মধুসূদন মশক ফজবা, নুংঙাইজবা, পৈশা তাল্লবা নহানি। মাগী নিপা ওইবগী ফজবদি খাইদগী বাংবা থাক্তা লৈবিবনি। ঙসি মানা লুহোংনবগীদমক মতিক চাবা লৈশাবী কযা হবাওনা শেম শাগনি। কনাগুম্বী লেডী ডাক্তব অমগা লুহোংলবদি মশাবু মহৈ যাম্লে খনজগনি। মহাক মুম্বাইদা লৈবিঙৈদা লেডী ডাক্তব অনীখক খঙখিবনি। মখোয মধুসুদনবু মতম লৈবা খিবিক্তা মিহৌবা মীৎয়েংনা যেংলকপনি। মাগী প্রেমবু ফংনিংবতনা লাংতক্লখিবনি। অদুবু মধুসুদননা অদোমদা পূক্লিং চঙখিদে। মানা থওইবিদবা মক্তনা মবম ওইদুনা সুশীলানা অদোম মায়গৈদা ইহান হান্না পূক্লিং চঙলকই। মখোয়গী মনুংদা অমদি পাবসী নুপীনি অমনা ইসাই। হোৎনববদি মধুসুদনগীদমক অফবা নুপী ফংবা ঙম্নী। মখোযগা চাংদম্নরুবদা সুশীলা বাজেশ্বব কবিসু লৈতবনি, কয়াদা মতিক চাখিদ্রবা ?

শক গুণ য়াওদে, মতিক চাদে, চহী লেঙ্গা নত্তে। মসিদা মধুসুদনগী পূক্লিং চঙলুবিবসি অঙকপনি। চঙলবসু কয়া কুইনা লেঙদনা লৈগনি ? মবানী লুহোংলে খল্লসি। যাম্না মান্নদবা ফিভমনি। অসিদি অশেংবনি। মদুদদি চহী যামশিল্লকনি। ডাক্তবগী পাম্নকতবা হেল্লক্কনি। ওইবা যাই তুক্তচবকপসু। ডাক্তব নুংঙাইতবা হৌবকপা যাই।

মাগী পুন্সিগী পম্মুং মমাগী ৱাহৈগী মহৎতা পুন্সিদা লুপশিল্লকপসু য়াই।

মচা ওইবগী মমাগী নুংশিবা ভক্তিনা লৈতেংবনি। মরমদুনা অসিগুম্বী মমতাবু পীবা ঙম্বী নুপী অমা থিরিবনি। শীলাগী মায়গৈদা চিংশিল্লক্লীবসে অদুনা ওইবা তাই।

তৌইগুম্বসুং অসিগুম্বা মখলগী প্রেমদি নুপী অমনা হেক্তা পীবা য়াই। ফিদম্নীং ঙাই ওইবী নুপী, চহীদা নৌরবসু নুংশিবী, মরূপ মমা অমদি কন্যা মখল মরী সিগী মশক লৌবা ঙম্বী মরমসিনা মাগীদমক্তাসু শীলা রাজেশ্বরগী ফিজিগী দরকার ওইদে।

করিগুম্বা লুহোংলবা মতুংদা মধুসুদননা নুংঙাইতবা পুন্সিদা নীংবা কায়রক্লবদি মদু খাঙবা ঙমলোই। মানা মমা মপাগীদমক করিসু চিন্তা লৈতে। মানা লৈবিবা ফিভমসিদগী হেন্না ফত্তবদি ওইরোই। ওইবা তারবদি মাগী ফিভমসি হেন্না ফগৎলক্কনি। চিংনদে ফগৎপগী মওং লৈ।

মধুসুদনগী নুংঙাইতবগী মরম ওইবদি মানা পামজদে তশেংনমক মহাক্না মদুগী মরু ওইজরুবা। মসি ওইথোক্তবনি, কৈদৌনুংদসু ওইবা য়ারোই। সুকওইসু ওইহল্লোই। মসিগী অর্থ মানা মধুসূদনগী নুংশিবগী চাং হন্থবদি নত্তে। মদু য়াম্না লুথবা, কনশিনবা শিম্ভুংলবনি। মরমসিনা মাগী চিন্তা অমদি তৌফম খোকপা থৌ হেনগৎলকই। মধুসুদন্না খনবা ঙমদবা বাফমদু মানা খল্লী। করিগীনো হায়ববু, মহাক মহৈ য়াল্লবা অমদি ফাওরবা ডাক্তর ওইদুনসু পঙলিবনি, করিসু খঙদ্রিবনি।

অহীং নোংশোইবা মাগী ৱাখলনা ইথক ইহৌহল্লী মদুদা কয়া নুংঙাইজবা, কয়া হরাওজখিবা। কনাগুম্বা নিপা অমবু নুংঙাইহনবা ঙম্বা শক্তি মঙোন্দা লৈ, মসি খল্লুবদা পূক্লিং ইথক হৌরকপগী মরম ওইরি।

অদুবু মথংগী মিকুপ্তা থম্মোয় কনশিল্লকখি। অদুদগী মায়থোঙ লাংশিল্লকই। অরোইবা ফাওবা অদুম লৈখি।

মাগী থম্মোয়দা চৈনা ফাওরকই। মসি খল্লুবগা থম্মোয়দা হেন্না হেন্না চৈনা ফাওরকই। মতমদুদা মতাংদুদা থৌওংদুদা ইথক ইহৌনা অদুম হৌখিবনি। মতমসিদা মহাক তম্মাই লৈথরবা থাওমৈ মঙালদা ইংনা ফমুংদা হিপ্পী। খল্লকই অদুক কনবা ব্যবহারদুনা ডাক্তরগী থোৎলবা থম্মোয়বু ৱাহনখিবনি য়াম্না ফত্তবনি মঙোন্দা ওৎ

নৈবমক্কী। মসিবু কবিগীনো ? অসুন্না তৌবিবা ? মানা তৌখিবা ব্যবহারদুগীদমক মশান নত্তনা কনানা পাউখুম পীবিগনি ? মদু ডাক্তরনা মখা চৎথরক্তনবা তৌখিবরা ? মাগী নিপা ওইবগী ফিভমদুদগী অত্মা রক্ষাগীদমক, নুপী ওইবগী বাখল খণ্ডহৌবকখিবনি

নত্তে, মদুসু নত্তে করিগীনো হায়বু মাগী থম্মোয়বু ওৎতুনা থিরুবদা মধুসূদনন করিগুম্বা মখলগী চিংননিংঙাই ওইবা ব্যবহার তৌখিদে।

অমম্বা অচিকপদা মাগা লোয়ননা লৈরবসু করিসু চিংননিংঙাই লৈতে। কিনিং-ঙাইসু লৈতে। মাগী থম্মোয়নুংদা অরানবা বাখল লৈবদুনা ফিভমসিদা কিবা পোকপা যাই।

অদুবু করিগীনো ? মানা ডাক্তরগী পুক্নিং নুংঙাইহন্দ্রীবসি ? মসি ফত্তবনি। মসি শেংদোকপা তাই। মবমসিনা মথংগী অযুক্তা ডাক্তর উনবদা 'গুণ মোর্নিং ডাক্তব' হায়না ওক্নমবদা ডাক্তর ঙকখিবনি। মহাক্না উজখি সুশীলাগী মায়থোঙদা ফজবগা লোয়ননা মোমোন মিনোক হান্নদগী হেন্না নীংথিজে। ঙরাং করিসু তৌখিদবগুম্নী। সশীলা ডাক্তবগী মিনোক্কী পাউখুমদা পেন্না নোক্নকই। অদুবু মসি করিনো হায়বা খন্দবদি ঙমদে।

নুপীসি পাখোঙনি। মাগী হরাও তয়াম্বা অমদি হৈনীংদবা, মোমোন মিনোক, চিংলেম্বা, মীনুংশি অমদি হৈনীংদবা, মোমোন মিনোক, চিংলেম্বা, মীনুংশি অমদি কনশিনবা, আত্মা কৎথোকপা, আত্মা লাকশিনবা মসি পূন্নমক অমগা অমগা ওন্নবা ফিভম পার্সোনেলটিগী মনুংদা লোয়না লোত্তুনা থম্মী। করম্বা মতমদা করম্বা বাখলগী ইথিল লাক্তুনা অশেংবা লাক্কনি, মসিগী আশা তৌবা য়াদে। ফিভমদুগী মনুংদা করম্বা থৌইনশিন লৈরিবা, মসিসু করিসু খঙবা ঙমদে।

অসিগুম্বা পাখোঙবু কনানা ফোঙগনি ?

## নুমিৎ য়ুংবা

# অহীং লাইরেম্বীগী ফিজিদা

মাইল ১৬ লাপ্পা লৈবা থবক শুবগী নুপী অমা ফিভম ফত্তরে হায়দুনা নিপা অমনা কৌবা লাকই।

"ডা সাহেব থুনা মোটবদা পুরকউ হায়রকই। অনাবদি চাবোকপনি"

ডাক্তরনা নর্সতা শেম-শানবা হায়রকই। মবানী হিদাক বোকস পূদনা মীদুগা লাকমিন্নে।

লম্বীদু মাইল ১০ পক্কা সোবোক্লী, অতৈদি কচ্চানি অদুসু মোটর চৎপা য়াই। মবক্তা জঙ্গল লৈ।

অনাবগী ফিভম তশেংনা ফত্রবনি। পু ১ ফাওবা থীনথববদি কনবা ঙম্বগী বা লৈতে। মরমসিনা খুদোংথীবসিদগী কন্নবা হোৎনবদা কুইনা চঙই। ইঞ্জেকসন অমা-অনীনা য়াবদো ইঞ্জেকসন তরুক পীবা তারে। অদুসু কান্ন-কান্নবা য়েতুম থিনবা শোয়দনবা অমদি অনাবনসু খাঙবা ঙম্নবা য়েংদুনা।

নর্স ডাক্তরগী মতেং পাংলি। মহাক্না হায়রকপদু বোকসতগী লৌথোক্নুনা পীরকই। মধুসুদন পুক্লিং লোংদনা অনাবদা বাখল চঙলি। মহাক মপানগী সংসাববু পূমকাও কাওখি। অসি ফাওবা নর্সপুসু অমদি মনাক্তা লৈরিবা নিপাদু ফাও। মহাক ডাক্তরগী খোঙদা কোয়েৎ লৌথোক্নুনা থম্মী অদুগা হায়রকই "ডাক্তর সমপতি পূম্নমক চৎখিসনু অদুবু লক্ষ্মীবুদি কনবীয়ু?"

অদুগা মশাগী বাকম লোয়না কাউখিবনি। নুপীবুদি অবাবনা নাহেরিবনি।

ডাক্তরদি বাখল চোইদে, অনাবনা অদুক্কী মতিক কন্নবদি লাচেবচয়ংবসিদা থৌনা লৈনা য়েংলকই।

সুশীলা মহাক্কী পূক্লিং লোংদনা তৌবা সেবা য়াম্না মূন্না খণ্ডই। মতৌ অসুন্না আত্মা শক্তি য়াওনা তৌবা সেবা সাধনাদি থম্মোয়দা মঙ্গল অমদি অশেংবা ওই, মদুবু উরগা পেনবা নাইদে। অসুন্না জ্ঞান ফংল খুদিংগী মতুংদা সুশীলাগী ইকাই খুম্নবা অমদি খণ্ডনীংবা হেনগৎলকই অদুগা প্রেমসু।

ডাক্তরগী পূক্লিংদা বাখলসিদি লৈরিবনি, মাগী মওং-মতৌ অমদি থবক খুদিং য়েংলুরগা মীনুংশি অমদি মমতানা মিৎলু অনী থূমহৎলি। তশেংনা মাগী হৈশিংবদনা হোৎনবা পূন্নমক্কী মমল খণ্ডই। মিকুপ অমগীদমক বাখল তৌই শীলানা মতেং পাংবীরমদ্রবদি...?

পূং মরী লেপ্তনা হোৎনরবা মতুংদা ইঞ্জেকসন নিপাল্লক পীরে, অদুগা মিহ্ন য়েংই। মতমদুদা অনাবা রোমদা য়েংলদুনা অশেংবা থম্মোয়না মোমোন নোক্লকই। মমিৎতু উইশিনখি অদুগা লালটেনগী মেঙলবা মঙালদা য়াতোন পরেংনা ইলং-লংনা উরকই। মহাক্কী খোইথুন্নরবা অমদি ইংনা নোকপদু উক্লরগা নারিবা নুপীদু পাও ফরগনি খঙলদুনা অদুক শোল্লবদু ফাওবা ইংনা নোক্লকই। মাগী নুপীনা নুমিৎ তরুক তবেৎনি মুকসি নাহেবতমক তারকপনি। ঙসিদি মাগী মোমোন মিনোক উকবদা মায়থোঙ মকা লামজখি। কাদু পূন্নমক্কী হরাও নুংঙাইবনা লৈতেংলকখি।

লৌয়াম চবা নুপাদুনা ডাক্তরগী খোঙ পায়দুনা হায়নীংঙাই লৈতনা তৌবিমল উৎলকই।

ঘড়ীদা য়েংবদা পূং ৯ তাখ্রে। মধুসুদননা হায়রকই "থাকুর সাহব, ঈশ্বরবু থাজবিয়ু। অদোমগী নুপী হীংলবনি হৌজিক ঐখোয় চৎলগে?"

"ডাক্তর সাহব! ঙসিদি অদোমমক ঐখোয়গী ঈশ্বর ওইনা লেঙবীরক্লবনি তৌইগুম্বসুং অদোম করিগুম্বা খবা পীজদনা চৎখিবা য়ারোই।"

খরা পিজ পিথক তৌবদা পূং ১ দি হৌখরে। চৎনবা থোরকপদদি পূং ১০ তাগদবা মিনিট ১৫ বাৎলি। লৌয়াম চাবা নিপাদুনা অনীমকপু লৈ পরেং হুকলে অদুগা চনি য়াঙ্খে কৎলকই। ডাক্তরনা পৈশাল্লুক য়ামনা লৌ য়াদ্রবদা হায়রকই— "অদোমদি মীওইনা ঈশ্বরনি। ডাক্তর সাহেব অদোমগী লনদি মীওইবগী মঙ্গলগীদমক খরচ তৌই। মসিদি করিসু নত্তে সুপ্নগী চেগী লৈনি। অদোম্না ঐঙোন্দা মপান নাইদ্রবা

কান্নবা পীবিরে। মদুগী লম্নদি মপোকসিদা শীংবা ঙম্নরোই।"

ডাক্তর অমসুং নর্স খোঙশাল্লক্রে। লৌয়াম চাবা নিপাদুনা লম্বী তাক্লবা মী অনী থারকই। অদুদা ডাক্তরনা হায়রকই— "দরকার লৈতে লম্বীসিদি ঐনা খঙবনি"

অদুবু ঠাকুরনা হায়জবদুদা ফরে। সড়কফাও গাড়ীদা পুরকই অদুগা পক্কা সড়ক য়ৌরকপদা লৈহৌরে।

" Congratulation Doctor" সুশীলানা অচিকপদা হায়রকই— "ঙসিদি অদোম্না অঙকপা অমা উৎপিরে। ঐখোয়না থুংলুবদা লোইরবগুম লৈরম্বনি।"

"থেঙ্কয়ু, মসিদি ঈশ্বরগী থৌজাল্নী, শীলা অদুগা নহাক্কী থৌইনশিন।" ডাক্তরনা পুক্লিং মকা লাম্না হায়রকই।

"ঐগী থোইনশিনবু করিনো? ঈশ্বরগী কৃপাদি শোয়দ্রবনি অমদি নহাক্কী পুক্লিং চঙবা সেবা মতৌ।"

অসুম্না খুদোংথীবনা থম্মোয় অনীবু নকশিলহল্লী মতৌদুম্না শেংলবা সেবা, পুণ্যগী থবক্সা শরুক য়ারিবা থম্মোয় অনীবু লংলা অমনা পুনশিনবীখি। নুপী অমা হৌজিক্তা অশিবগী খয়াত্তগী কল্লে, মদুগী নুংঙাইবদি মবানিগী থম্মোদা ফাওরি। সুশীলাগী থম্মোয়না চাওথোকচবা, অঙকপা অমদি হরাওবগী ঙমখৈ লৈতে। মরকসিদা মহৌশাগী নিয়মদা মবানীগী খেন্নবা মাঙখি। হৌখিবা অহীংদা মবানিগী মরক্তা চিংনবা লৈখিবদু মথংগী অয়ুক্তা শীলানা শেংদোকখি। অদুগী মবানীগী মরী হান্নাগুম্না লৈরম্মী।

অহীংদু মম্মী, নুংশিৎসু ইংই। জঙ্গলনি, য়াম্নদি কুংদে। মসিদা ডাক্তর করিসু কিদে। অঙাং ওইরিঙৈদগী কিগনদে। মহাক মপাবুংনা অহীং অহীং জঙ্গলদা, মোংফমদা, চীংদা ঘাটশিংদা কোইথোকপা পুবি। লমসে মহাক য়াম্না মুম্না খঙই। মসিগী তুরেল চীংশিং নালাশিং অমদি মোংশোংশিংদা মহাক কিদে। নুংশিজৈ, মরূপনি মরমসিনা মখোয়গী মরক্তা কোইথোকপদা নুংঙাইজখিবনি, ঙসিসু অদুগুম্না নুংঙাইজৈ।

"শীলা, নহাক খঙদে, ঐহাক নঙোন্দগী শক্তি কয়াম ফংলিবা? নুপী-নুপা হায়বসে 'অমনা অমগী থৌইনশিনগী শক্তি' নি। মসি ঐহাক লাইরিক্তগী থেংনবনি। নহাকপু ইনাক্তা নক্লা ফংজবদা অচুম্বসিবু খঙজরবনি। ঐহাক খঙই, নহাক্কী থম্মোয়দা ঐগী

পম্বুংফমগী মরমদা মীনুংশি লৈ, নহাক্কী মীনুংশি লৈরবা মীৎয়েং ঐগী থবক খুদিং তশেংনা খৌরাংনা য়েংদুনা লৈ। অসুম্না পূক্লিং থৌগৎপসি তশেংনা ঙাঙথোক্তবা ওইরবসু ঐগী থম্মোয়দা কয়া ময়েক শেংনা ফাওরীবা? নহাক্না লোয়ননা লৈবীরবদি পম্বুংসি কয়াদা অৱাংবা থাক্তা ফংগবা অমদি নুতিগী পুন্সিদসু কয়া নুংঙাইগবা?"

সুশীলা বাহৈশিংসি তাবদা কয়া নুংঙাইজরিবা। মাগী থম্মোয়দা অঙকপা মওংদা খোইথুম্নরবা ইথক ঈহৌরকই। মশামক থাজবদি ঙমদে, অদুক মগুণ লৈরিগদবা হায়বসে।

মধুসুদনবু থৌনা পীবা ঙম্বা, অদু ওইদুনসু মহাক খঙই, ডাক্তরনা করি হায়বিবনো মদু মাগী অশেংবা বাখলনি, হায়জিন্নবা বাহৈ নত্তে। মহাক খনদি খল্লী। মশাবু থাগৎচবনি নত্তে, বিধাতানা খঙহৌদনা কৃপাগী অমৃত নোংজুরক্লীবসি করিগীনো? মদুনা মহাকপু মধুসুদনগুম্বা সনাগী থম্মোয় ওইবা, নিপা অথোইবা অমগী নুংশিবা ফংজবা ঙমগদৌরিবা। চহী ৩৫ গী বারবা পুন্সিবু শেংদোকপিগে খন্দুনা ঈশ্বরনা ঙসিগী নুমিৎসি থোকহনবীরিবরা? নৎত্রগা হৌখিবা মপোক্কী তৌজখিবা পুন্সিগী মহৈরো? ঙসিগী শেংলবা নুংশিবগী মওংদা পীনবিরক্লীবরা? থম্মোয় থুমহৎলকই মীৎ উইশিন্নকখি।

মোটর তপ্না থৌরী, মধুসুদন বাখলগী ইথক ইহৌরকই। মরমসিনা ঙাইহাক লেপ্তুনা পোখাবা ফগনি নৎত্রবদি মোটর থৌবা খুদোংথিনিংঙাই ওইবা য়াই।

অপিকপা তুরেলগী থোং অমদা গাডী খাম্মী। তুরেলসে কালেন্দা কংই। হৌজিক নোংজু থা ওইবনা ঈশিং য়াম্না লৈ। আতিয়া তশেং তশেংই। মদুদা আকাশ গঙ্গা চেল্লী। অৱাং মায়কৈদা ধ্রুবতারা ঙাল্লি। কোকথক্তা অভিজিত অমসুং শ্রবনকুমার। চিংখৈদা দেবযানী অমদি শর্মিষ্ঠাগী থৱান্মিচাক শিংনা তগুপ-তগুপ ঙাল্লি। প্রকৃতিদা, পৃথিবীদা, আতিয়াদা পুম্নমক্তা অইংবা অমদি অশেংবা নুংশিৎ শিথলি। মৈরমদা পরিজাৎ লৈবাংনা শাৎকাইগদবগী শেম শাবি। প্রকৃতিগী ফিভমসিদা মবানীসু খাইদোকপা য়াদ্রবা শরুকনি। অচৎ-চৎতা সৃষ্টি পুম্বা শক্তি অমনা শন্দোক্লী।

"শীলা"— ডাক্তর মধুসুদন্না নিক্রপ কৌরকই। "ঐদি ইচম চম্বা মীনি। করম্বা মফমদা করম্না বারী শাগনি, মদুগী নিয়ম, মতিক চাবা চাদবগী জ্ঞান লৈতবনি। অদুগা মদুদা ঐনসু থোইনা খল্লুদে। থম্মোয়দা লৈবদু অদুম্না ফোঙদোকপা মীদানি। বাখলদু

ফোংদোক্লবা ফজবা বাহে বাতাগী মতেং লৌবা হৈতে। ঙসিদি ঐহাক্কী থম্মোয়দা পূক্লিংনা ইনশিল্লী, অনীংবসে হায়দোক্লবা, অদুগী অরোইবা বারেপ্তী নঙোন্দা থল্লবা। তশেংনমক নহাক ঐগী বাখলসিদি খঙলমগনি। বাফমসে লোত্তুনা থম্বা পামজদে, " অমুক লেপখি।

সুশীলা ডাক্তরনা হায়নীংলিবদো, হায়রিবদো লোয়না, তশেংনা খঙখি। মরমদুনা মহাক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইবগী ঈথক ঈহৌরকই। মহাক্না থম্মোয়গী অশেংবা মীৎয়েংদা ডাক্তরদা য়েংলকই। বাদি ঙাংদে।

"শীলা"— হৌজিক মহাক্কী খোজেনসি পীকথরকই। সুশীলা" হুং" হায়রল্লগা মখোন থোক্তে, থম্মোয়গী থূপ্পবা কাচিন্দা হায়খিবগুম তৌই।

ডাক্তরনা মখুৎ ওইদো সুশীলাগী মখ্বাংদা কোনশিন্দুনা নকশিল্লকই। মহাকসু করিসু য়ানীংদবা উৎতনা নকশিল্লকই। ডাক্তরনা মোটরগী থাওমৈগী মেংলবা মঙালদুদা য়েংলি। খঙহৌদনা হায়রকই "শীলা! নঙ অমদি ঐ পুন্সি চুপ্পগী মরূপ ওইবা ঙম্লরোইদরা? নঙনা শিনফমসিদা মতেং পাংবীদুনা মহৈ য়ালহনবীরে। পুন্সিদসু নহাক ঐঙোন্দা মতেং পীবা ঙম্লরোইদরা? ঐগী পূক্লিংনদি ইবানী অমনা অমগী নুংশিবা ফংবদা হরাওজনি অমদি পুন্সিদা মিংচৎ লৈদুনা লাইর-অনংশিংগী সেবাদা কৎথোকপা ঙমগনি। নহাক ঐগী পুন্সিগী লোয়নবী ওইবা ঙম্লবদি পুন্সিসে ঈশেংগুম নীংথিজরক্কনি। ঐগী থবক তৌবগী শক্তিসু শরুক অনী হেনগৎলক্কনি। ঐগী নঙোন্দা পীনবা থম্মোয় নত্তনা করিসু লৈতে। মসিবু য়াবিরবদি হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজগনি। নহাক্কী মপান নাইদ্রবা তৌবীমলনী খনগনি। ইবানীগী পীক্লবা সংসারদা হরাও নুংঙাইনা সেবাগী মপান নাইররোই। হায়ু শীলা,"

অদুগা মধুসূদননা মহাকপু চেৎনা কোনশিঞ্জবকই।

সুশীলাগী মশাদা বিজলী করেন্ট ফাওখি। মহাক্সু মকোক্তু মধুসূদনগী ওইথংবা লেঙজমদা ঙাথরদুনা মীৎ উইশিনলি।

ডাক্তরনা ওইনা সুশীলাগী শম্লাং তপ্না নাম্বরম্মী। অদুগা তপ্না-তপ্না মহাক্কী লায়বক অমদি খদাংদা ঙাশিল্লকই। মহাক্কী অশাবা খরনা খুত্তা শোক্লকই। সুশীলাগী থম্মোয়দগী শেঙফাওবা খোঞ্জেল্লা কৌরকই "ডাক্তর"

সুশীলানা ডাক্তবগী খূৎ যেৎত্তু চিংশিন্দুনা মহাক্কী থম্মোয়দা থম্মী। মদুবু মখুৎ অনীনা পায়শিলকই। থম্মোযনা মহাক্কী থম্মোযগী মিহুন চোংবদু শেংনা তাবকই।

মধুসুদন সুশীলাগী মকোক্তু মথাদা চেংনা কোল্লী। ওইঙ্গী খুৎশানা মাগী শম্নাংদা নাম্ববকই।

মধুসুদন্না উবকই, মহাক্কী মখুত্তা পিবাংগী ফোং ফোং শাববা মবীক তপ-তপ তাবকই। মিৎকুপ্তা ইচেলগুম চেম্ববকই।

ডাক্তবসু মশাগী খাখলবু লাকশিন্দুনা থম্বা ঙন্নক্তে মদুগী পাউখুম ওইনা মিৎলুদগী পিবাং ইচাও ঈহৌব্বকই।

ফিভমসিদা কনানা কবিবু হাযকব্বা ঙমগনি? অনীমক খৌনাও চবম ফুনগৎলকই খোঙ্জেল থোক্লক্তে। অসুম্না মশাবু কাউথোকচববা, পুক্নিং লুপশিলখ্রবা ফিভমসিদা খঙদে মবানী কযা কুইনা ফমদুনা লৈকববা? সতপুবা উমংগী লমনি। মফমসিগী মহে মবোং লাইজ হবা নুংশিৎ মধুসুদনগী তুখোং খুদিংদা শোক্লী। থবামিচাক নক্ষত্রশিংগী থৌজান মখাদা, অতীযাগী অমম্বদা পুন্সিল্লবা শেংলবা থম্মোয অনীদো পিবাং লক্তা অমতা ওইখ্রে। অসিগুম্নবা মঙ্গলগী মশক ওইববা অমত্তা ওইবগী ফিভমসিনা মপান নাইদবা নুংঙাইবগী মশকনি।

তৌইগুম্বসুং ।।

সোমদা মধুসুদন মশাগী শেংলবা নুংশিবগী মপুং ফাববা মঙলান্দা নিঙাইদনা হবাও নুংঙাইজবি, অমবোমদা সুশীলাগী থম্মোযদা অনী থোক্লা চিংখাইনবি। মধুসুদনগী নুংশিজববা খূৎ মাগী থম্মোযদা লেবিবদু কবিগুম্বদা চিংথেক্লবিবা থম্মোযগী অবোনবদু খঙখিগদবা হাযনা মিপাইজবি। ডাক্তবনা মাগী মপান নাইদ্রবা নুংঙাইবগী ঈহৌ শীলাগী পিবাংনা চোৎলবা মিৎস্নাদুসু চুপবা পান্নকই। মতমদুদা সুশীলা মিপাইবপ কৌবকই- "ডাক্তব"

"কবিনো বাণী"— মহাক্লা যান্না মেঙনা হংলকই। সুশীলা চিংনবকই। কবি হাযগনি, খলবা ঙন্নক্তে তৌইগুম্বসুং চিংনখিবদুদি মধুসুদন্না খঙখিবা লৈতে। "শীলা" ঙসি নহাক্লা ঐবু কযা নুংঙাইহল্লবা ঐগী পুন্সি মহে যাগ্রে। ইবানী ।"

"ডাক্তব অমুক্ত লেপ্লীখো"— মহাক্লা মধুসুদনবু খান্নদুনা হাযবকই— "ঐবু

মতম খরা পীবিয়ু খঙ্গহনবীয়ু।"

"হৌজিক খনবগী দরকার লৈরিববা? শীলা?" ঙক্লা হংলকই।

"করিগী লৈতনি ডাক্তর? মসিদি পুন্দি চুপ্পগী ৱাফম্নী। য়াম্না খঙ্গরগা য়েংগদবনি, মসিদা হোবে হোবে তৌবা য়াদে।"

"হোই ইমা নৎত্রগা কনাগুম্বগী পাউতাক লৌগদৌরিববা? অদু ফাওবা লেপখিনবা শেম শাজবে। পাউখুম 'হোই' হায়ববদি কযা কুইনা ঙাইখিগদৌরিবনো? হায়য়ু, কদৌঁঙ পাউখুম পীগনি? হংচিৎ?"

"নত্তে ডাক্তর, অদুক থুনা নত্তে মতম খরদি পীবিয়ু" মহাক্না নোল্লুক্না হায়রকই।

"অদুদি হাপ্তা ২, লাক্কদৌরিবা যুমশংকৈশাগী সন্ধ্যাদা?"

"হোই, ওইবা য়াই"

"কদায়দা? নহাক্কীদা? ঐহাক নহাক্কী ইমাগসু তশেংনা উনবা ফংদবি, নুমিত্তুদা মহাক্কসু উনরগে? বরসু লৌরগে য়াবেদনা?"

"ফরে"

"অদুদি যুমশংকৈশাগী নুমিদাংৱাইরম, নহাক্কীদা?"

"হোই" সুশীলানা তপ্না হাযবকই।

মধুসুদননা মকোক্তুনা মহাক্কী মকোক্তা থেংজিনলুরগা থাদোক্লকই। অদুদগী মোটর থৌরকই। অনীমক তুমিন্না। ডাক্তরগী থম্মোয় হরাও মথোই কাবকই। মশাগী ৱাখলদা ঙকচবম্মী অদুবু সুশীলাদি চিংলেমলকই। সোমদা মাগী ৱাখল চঙদরে। নুংশিনবসে নুপাদগী নুপীনা হেন্না লুনা লৌনে। মবমসিনা সুশীলা হেন্না ৱাখল তৌবকই। মসিদা থোইনা ঙক্লীংঙাই লৈতে। স্বর্গগী নুংঙাইবদো মখুৎনা লাম্বা ফংলে। মসিদা অঙাওবীগুমলে।

# লুহোংনবা হায়জবা

য়ুমশা কৈশানি।

নুমিৎসি ডাক্তর মধুসুদনগীদমক্তদি উৎসবপূম্বগী মকোক্নী। ওসি মাগী লায়বক লেপকদবনি ।

নুমিতুগী অহীংদা প্রকৃতিগী তম্বাক্তা নুংশি ভিক্ষাগী তুংদা ডা. মধুসুদননা খঙখিবনি শীলা চিংলেমখিবদো। অসুন্না খল্লী মহাক্কী থম্মোয়দা লাল থেংনরি। মহাক থম্মোয়গী চৈথেংদু থেমজিনজদুনা মপান্দা ইচম-চম্না হরাও-তয়ান্না লৈনবা হোৎনরি। মসিদা ঙক্নীংঙাই ওইনা মহৈসু য়াল্লি। করিগুম্বদা থম্মোয়গী ইহৌদু মপান থোরক্তুনা তুমিন্না লোন্না য়েংলিবগুম তৌই। মধুসুদননা ফিভমদু খঙলিবনি। শীলাগী মওং-মতৌ ব্যবহার, মহাক্কী হৈশিংবা অমদি থাজবা তশেংনা খঙই। মহাক্কী থম্মোয়দা ডাক্তরগী নুংশি লৈরাং শাৎকাইরকলে তৌইগুম্বসুং মসিগী পন্থুং য়ৌরমদাইদা মীওইব্না য়াম্না কৃপ্না, অফ-ফত্তগী মরমদা খল্লী। নুপীদি থোইদোক্না হেন্না খনগল্লী। নুংশিবগীদমক, আত্মাবু কৎথোকপসিদা পুল্লিগীদমক মাঙদা চংশিল্লকপা অহোংবা অমনি। মসিদা শীলানা চিংলেম্না খঙ্গরকপা অঙকপা নত্তে।

ডাক্তরবু ওক্নবা সুশীলানা চা পার্টী মচা অমা থৌরাং তৌই। কাদো তরু তনান্না শেংদোক্তুনা লৈ চবুন অমদি লৈগী মনাশিংনা লৈতেং চন্না অমদি ফজনা শেমলে।

সুশীলা ফিজেৎসু ইচম-চম্মী, অঙৌবা সাড়ী, অতীয়া মচুগী বলাউজ, মদুদা মশাগী নীংথিবা পূম্বা ফজনা উৎথোক্নী।

মধুসুদনসু নিতিগী অঙৌবা ফিজোন্নী, মদুদা ষ্টেথস্কোপকী মহুত্তা কোটকী কুদাম মখুন্দা শিঙ্গারে চরোং অশোক্কী মনা ফজরবা নাচোম অমা থেৎলি।

শীলা মমাদা ডাক্তরবু শক তাকই মহাক চম্মী, ঈশ্বরবু থাজজবী ধর্ম্ম লৈবী, অহল ওইরবী নুপীনি। মহাক্কী অপাম্বদি রাজরবী মচানুপী অনীংবদা পাংবীবনি। ঈশ্বরগী

পূজানা মথৌনি। মহাক ডাক্তরগা চা থকমিন্নরম্নগা রাধা কৃষ্ণগী মন্দিরদা গীতা থীবা তাবা চৎলি। ঙসি একাদসিনি।

হৌজিক কাদুদা ডাক্তর অমদি শীলাদা মঙাইরে। ডাক্তরনা নাকল অমদা য়েংলুই। লশিং মফোন্না য়োম্নীবা সিতার উরকই। হংলকই— ' শীলা, নঙবু সিতার খোংবরা?"

"হান্না খোংলম্বনি। কুইরে খুৎ শোক্তবা। ইফুল চারিবসিনি।"

"ঈশৈসু শকপরা?"

"শক্লম্মী খরা খরা। হৌজিক মদুসু তোকখ্রে।"

"করিগীনো?"

"অসুম"

"মরম অমদি লৈরমগনি, অসুন্না ঈশৈ কন্নানসু থাদোক্লদে।"

"অহানবদা ঈশৈদা চঙজরম্বনি, ইশাগী বাখলবু ইংথনবা অদুবু ইংথবগী মহুত্তা হেন্না লাংতক্লরকই। অদুগুম্বা তপথদবদো বাজবদি নত্তে, তৌইগুম্বসুং মদু করিগুম্বদা খাঙমদবসু য়াওরকই।"

"নহাক্কী ঈশৈ পাম্বগী মরমদি উদ্রি খঙসু খঙখিদে। শীলা! নহাক্কী থম্মোয়দা সমুদ্রগী ঈপাকুম খঙদবা মণি মুক্তা তাদুনা লৈরি। মসিদি ঐদি খঙবু খঙলুদে"

"মদুদা, চেক, নুং, ইশং অমদি হু চেলবা পাম্বী নত্তনা করিবু ওইগদবনো?"' শীলা মরক্তা হায়রকই।

"করিগুম্বা ঈপাক্তা মদু য়ৌনা মোৎপা তারবদি মপান্দসু ফজনা উরোই।"

"করিগী ঙমদনি? পূরিংদা হু ফুন্নগা চিনবান্দা খোইহি তৈবা মীসু সংসারসিদা ময়েং তাদে।"

"নথ্রবসু তৌইগুম্বসুং হুদি মতম কুইনা লোক্তুনা লৈতবনি। ঐদি অমৃত ঙাক্তদুম উই"

সুশীলা করিসু হায়দে। মধুসুদন অশেংবা বাহংলোমদা লাকপা পান্নকই। অদুবু সুশীলাদি ঙন্নীমখৈ থৈদোকপা পান্নীবনি। মিপাইবা অমদুম পোক্লকই।

তৌইগুম্বসুং মধুসুদন করম্না থৈদোক্লনি? মহাক্কী মায়থোঙদা ঙাইঙমদবা,

পামজবা তশেংনা উরকই। পুন্দিগী খ্বাইদগী মরু ওইবা বাহং হংগদবগী থোইদোকপা ফিভম লৈত্রবসু ফুরিংখাওদগী রুমান্না পুনবা লৈ পরেংদু লৌথোরকই।

সুশীলা খঙদুনা য়েংলকই, মদুদগী মলিকাগী ফজরবা লৈ পরেং অনী পুথোরকই। মধুসুদননা মদু লৌথোকপা লাক্করি। লৈপরেং অমদি লৌথোকলে অতোম্না অমদুদি খঙহৌদনা লংদো তৎত্রে।

"হুঁহে" ডাক্তবগী মচিন্দগী অঙকপা অমদি অবাবগী খোঙ্হোক থোকখিবনি। মদু অফবা ওইনা লৌখিদে।

"ফরে" অসুম হায়রদুনা অফবা লৈ পরেংদু মখূৎ অনীনা পায়দুনা শীলাদা হৌগত্তনা হককে তৌই।

"লাকউ শীলা মঙ্গলগী পরেংসে নঙোন্দা হুক্রগে"

"শীলাগী মায়থোঙ তাইফেৎ তাইখিবনি। মচিনবান নিক্রকই। মিপাইরদুনা মখূৎ থাংগত্তুনা হায়রকই— "নত্তে, ডাক্তর, নত্তে"।

"করিগীনো শীলা?" ডাক্তর ইকায়না হাযরকই

"হৌজিক খনবা ঝাৎলিবরা?"

"নত্তে ডাক্তর, ঐহাক য়াম্না খত্থরবনি। ঐহাক অদোমগী লৈপরেংসে লৌজবা ঙমজরোই। অদোম্না ঙাকপীগনি। ডাক্তর ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজদে।"

সুশীলাগী মীৎযেং লুকথখি। মাগী হকচাং পূম্বো নিক্রকই। বাখল ইহৌনা মবম ওইদুনা। চিনবান চিক্রদুনা মশাবু লাকশিঞ্জনবা হোৎনজরি।

ডাক্তবগী মায়থোঙ মকশিনখি। তমথীনা নীংবা কায়খিবগী চৈনানা মিকুপ অমদি মায়থোঙ থাজদু গ্রহন তৌবশুমখি। শীলানা মদু উখি। মদু উরুবদা থম্মোয় কায়খিবনি।

"করিগীনো? শীলা? খঙহৌদনা য়ানীংদবা ঝারেপসি করিগীনো?"

শীলানা মশাবু ফাজিঞ্জদুনা কত্তক্লা হায়রকই "অদোম্না বাহংসি মায়গৈ অমতদা য়েংদুনা হংবিরিবনি? ডাক্তর, ঐগী মীৎযেংদদি মদু নত্তে। ডাক্তর অদোমদগী চহী ৭/৮ দি ঐনা হল্লী। বাখল অমদি খঙবদসু য়াম্না খৈন্নে। অদোমদি ঐগা য়েংনরুরবদি য়াম্না অঙাংনি। অদোম হায়বিযু চানদবা লুহোংবসিদা।

ঐবু নুংঙাইহনবা ঙমগদ্রনে? অসি পূম্নমক হায়জবা ঙমজদে। তুমিন্না লৈবসু

ঙমজদবনি। তুংদা মসিগী "ক্রাইসিস' লাক্রবদি মদু ঐদি তুমিন্না লৈজবা ঙমজরোই। অদোমগী থম্মোয়বু কায়হনবদা ঐবু য়াম্না ৱাজবনি। অদোম ডাক্তরনি। ঐগী ৱাফমসি খঙবীরগনি। ঙাকপয়ু ডাক্তর।"

সুশীলা থুনমক মমায় লৈথোকখি শাফু অমদা পূম্নমক হায়দোকখিবনি। খ্বর খুৎহোন অমদা লোইনা হায়দোকখিবগুম্বনি। মদুদা ঈচেল অনীমক্কী থোংদু তেকখিবগুম ফাওরকই। ঈশিং ঈচেলসু ৱা-ৱা লাওনা ঈহৌরকই।

'ওহ!" ডাক্তর শাংলবা নুংশাখ্বর হোনদোকখি। খোঙ হইরকই। মশাবু ঙাকচনবা চৌকিদা মতেং লৌরকই। ওই থংবা খুৎনা মকোক্তা পায়দুনা, ডাক্তর শক্তি অমদি নুংঙাইবগী খুদম লোইশ্রদুনা তোল্ল তারবা মীওই মূর্তিগুম লেপ্লকই। য়াংলেন শরু তেক্রবগুম।

নুংশা খ্বর শাংনা হোল্লদুনা চিন্বান্দগী হায়দোকখি— "হোই খঙলে।"

মহাক্না সুশীলারোমদা অমুক্তং লয়দুনা য়েংলকই। মখুৎ অনী পুল্লদুনা, মকোক নোম্বরগা নুংশা খ্বর ফুইনা ফুইনা হোল্লী।

"চুশ্মী শীলাবাঈ, অদোম্না হায়বা। ঐনা মরম ওইদুনা অদোম ৱাহল্লে। মদুগীদমক ঙাকপয়ু, ঐ চৎলে, নমস্কার"।

খোঙথাং অমা থোঙলোমদা থাঙখি। লৈমায়দা থারিবা দাড়ীদা লৌদনা তুগে তৌই। তুগে তুগে তৌবদগী মশাবু চেকশিনজরদুনা অমুক ফাওবা য়েংলমদনা থোকখি।

থোঙ হাংবগী মখোন তাখিবদা সুশীলা মায় লয়শিল্লকই। ডাক্তরদা য়েংলকই অদুবু মহাক্তি লয়দুনা য়েংলকখিদরে। করিগুম্বা য়েংলম্বা থোক্রবদি সুশীলাগী চোৎলবা মায়থোঙ উরমগনি। মীৎলুদগী তপ-তপ হায়না অতৎ-অখম নাইদনা তারক্লীবা ইফুৎনা জর-জর লৈমায়দা চেম্বরকপদো। মপান নাইদবা অৱাবগী ঈপাক্তা লংথবিরিবা থম্মোয়গী মমিদু মধুসুদন্না অমুক্তং উগ্রবদি ঐগী ৱারী পরীং তোপ-তোপ্না চৎখিবসু য়ারিবনি।

মশাগী অশেংবা ৱাখলবু থাদোক্নুনা অতোপ্পা মশক উৎলিবনি। মতমদুদদি নুপীগী অশেংবা ফিভমদা লেপ্লীবনি।

নিপাদুনা উহননীংবা ফিভমদু উখিদবে। করিগীনো হায়ববু ডা. মধুসুদন অমুক্তং

নুপীনা য়াদ্রবদা মিকুপ অমা মাগী নাক্তা ভিক্ষা নীগদবা নিপা মখলদু নত্তে।

মহাক্কী লৈজবা নাপল অমদি অত্মা শক্তি খোমজিলজদুনা চৎপ্রবনি। মোটর স্টার্ট তৌদুনা থৌদোকখ্রে। মদুদা সুশীলা "হে ঈশ্বর' হায়দুনা য়াম্না তোঙ্বা ফিভমদা ফমথখি হান্না মধুসুদননা ফম্লবা মফমদুমক্তদা, হিক হিক কপ্লকই।

ডাক্তরগী খোঙ থারম্বা মফমদুদা মকোক শুরদনা পিরাং তুরেল ইচাও হৌনা কপচর্হেং।

কপ্পা পেল্লবদা হৌগত্তনা মমাগী মন্দিরদা চঙলকই— "হে পূন্নমকপু খঙবিরীবা ইবুংঙো, ঐগী থম্মোয়দি নঙনা খঙলিবনি। নংতনা হায়বা ভমগনি অশেংবা থৌদৌসি। থবায়দগী হেন্না নুংশিজরবা মধুসুদনগী কান্নবগীদমক্তনি। মসি চুম্মী নৎত্রগা চুমদে হায়বসু নঙতনা খঙগনি। মসিনা অচুম্বা ওইরুবদি মহাক্কী অবা-নুংঙাই পূম্বদগী চুম্মী নৎত্রগা চুমদে হায়বসু নঙতনা খঙগনি। মসিনা অচুম্বা ওইরবদি মহাক্কী অবা-নুংঙাই পূম্বদগী মুক্তি পীবিদুনা মাগী পুন্সিদা হান্নগুম মীনুংশি অমদি হরাও নুংঙাই পীনবীয়ু। মসিনা অচুম্বা ওইদ্রবদি নঙনা পীরিবা অবাবা দন্দি খুদিংমক ইকোকথোংনা য়াজগনি। খাঙজগনি অদুগা মায়সে কালি তৈশিন্দুনা মফমসি থাদোক্লুনা চৎচত্রগে। ঐবু চানবীয়ু, লম্বী তাকপীয়ু" ·

অদুদগী মাগী কাদা হল্লকপদা তেবলদা ডাক্তরগী রেশমগী রুমান লৈহৌরে। মদুগী কাচিন্দা M থারি। লৈ পরেং ১ অমদি তৎলবা লৈশিং তাদনা লৈরি। মদুদগী লৈ অনী/অহুম তৎতুনা তারি।

মমাদগী লোৎননবা পোৎশিংদু ফজনা খুনজনজরে। মাগী ফমুংদা পুশিন্দুনা হিপ্লুরে। মল্লিকাগী লৈগী তৎলবা পরেংদু মথানুংদা কোনশিনজরগা থম্মোয়গী অবাবদু মপান্দা ঈচেল ওইনা চেম্থরকই। ৱারবা ফিবমসিদা মধুসুদনগী রুমান্দা মপি তৈথোকচবদা অরোনবা অপেনবা ফংজখি। অদবু নুংঙাইবদু ফংনবা হোৎন-হোৎনরগা থম্মোয় ঈহৌদি ইথক হৌবা হেল্লক্রী।

# অঙকপা য়েৎশিন্নবা

পূং নিপাল তারবদা সুশীলাগী মমা মন্দিরদগী লাকই, হায়রকই— 'কবি তৌবে, ইবেম্মা তুমদ্রবদি, হকচাং ঙমদবরা?

"নত্তে ইমা, কোকসি খরা চিকই,"

"য়াম্না নুংঙাইতরগনা একাদশীগী অহীং লেকপা চৎলনুরা?" মচাগী লায়বকতা খূৎনা নানবীরী।

"নত্তে, নত্তে, করিসু তৌদে, নুংঙাইনা চৎলুচো। নিংথীনা তুম্লবদি অয়ুক ফজখিগনি।"

"চানবা খরা থোংসিরা, সবুদনাগুম্বা?"

"নত্তে ইমা নঙদি খজিক্তং ওইবসিসু শাংথবক্কদবনি। করম কান্দা হল্লকনি?"

"পূং ১ তাব ফাওবা সংকীতন ভজন তৌগদবনি। লৈকায়গী নুপীশিং লোয়না চৎকদৌরি।"

"ফরে ইমা নুংঙাইতবা তৌগনু"

সুশীলা মমা মন্দির চৎখ্রে। মসি অহল ওইরবী লাইনীংবীগী খ্বাইদগী নুংঙাইজবনি, পামজবনি।

মমানা চৎথ্রবদা থোঙলোনশিল্লে। থাওমৈ লৈথদুনা থমলে। কপ্না কপ্না মমিৎতু পোমলে।

লাইবক ফবদি মমানা অদু উখিদরে। কাদা মৈ ঙান্দবনা। ঙসি যাদা হুক্রগদবা অমৃতগী তেঙ্গোৎতু হৈদোকখ্রে। অঙকপা পূক্নিং শক্তি উৎতুনা। অচিকপদা অদুগুম্বা শক্তি কদায়? খঙদে করম্না কাপুরগুম মাংখ্রিবনো? মহাক তৌফম খঙদনা/য়াম্না তোল্ল তারবগুম হীক হীক কপচখি। শেংলবা নুংশিবা অমনা লুহোংনবা বা হৌবদু যাদবা ঙম্বগী শক্তি মঙোন্দা লৈখি। অদুবু মতমসিদা নিপাদুগী মীংগী ময়েক হকপা

রুমান অমদি তৎলবা লৈপরেংনা শাক্তি থমদুনা অপনবা পুম্বা অমদি সংয়ম মাংখ্রে মবক মরক্তা চিনবান্দগী হায়দোরকই- "মধুসুদন , ঐগী নুংশিজরবা মধুসুদন। ঐ ঙাকপিয়ু, ঙাকপিয়ু। করিগুম্বা নঙনা ঐগী থম্মোয়গী ফিভম খঙলম্লবদি হায়রমগনি মসি মীনম্বনি। ঐগী থম্মোয়বু শেগাইদুনা য়েংবা ঙম্লবদি মদুদা নঙগী মূর্ত্তি লোৎলমগনি। ঐনা তৌখিবদু নহাক্কী ফনবগীদমক্কী। ঐগুম্বী হনুবীগী ইনাক্তা নুংঙাইবা ফংবা ঙমলোই। নহাক্তী শক-গুণ লৈবী লৈশাবীনা তশেংনা নুংঙাইবা পীবা ঙমগনি অদুগুম্বা লৈশাবী কয়ানা নঙগী খুয়াদা মকোক নোনগনি।"

"ঐনা নঙগী মপুং ফানা হৌগৎলক্লীবা যৌবনবু মাংহনবা পামদে। নহাক্কী নুংশি খুদোম্না ঐদি মপোক মহৈ য়াম্রে খনজরবনি। ঐগী অশেংবা লন ওইরবনি। মসিদনা শক্তি, থৌনা পী নি। অদুবু ঐনা মরম ওইদুনা নহাক্কী বাংনা হাইগৎলক্লীবা নুংঙাইবা পুম্বা মাংহনবা ঙমজরোই। চহীনা লুমথরক্লগা নিংঙমদবা পোক্লকপা য়েংবা ঙমজবোই। নহাক হৌজিক ঐগী থম্মোয় মশক খঙবা ঙম্লবরা?"

করিগুম্বা মহাক্না পাখি— "থাদোকপনা নুংশিবগী চাংয়েংনি," ঙসি মশাগী নুংঙাইবা পুম্বা থাদোকপসে ইচম চম্বা নত্তে। মাগী পুন্সিদা নুংশিবগী ইহৌনা শোকখিদ্রিবনি। ঙসি অদুগুম্বা নুংশিবদু ফংজরে। অসিগুম্বা লন-থুমগা লোয়ননা মতিক চাবদগী চাববা নুপীনা ফাও মীৎয়েং অমুক্তা য়াগনি ঙসি অসিগুম্লবা নুংশিবসি ফংদুনা সংসারদা নুংঙাইবদগী নুংঙাইরবা নুপী ওইবা ঙম্লবনি। মশাগী কান্নবা খনবা ওইরবদি অদুবু নত্তে, সুশীলাদি মশাগী কান্নবা খনবা পাম্বী নুপী নত্তে। কৈদৌঙেদসু ওইবা ঙমলোই।

মতমসিদা মাগী কায়রুরবা থম্মোয়বু উরবা মিৎলুগী পোমখৎলিবা, শম্লাং ইফা ফারবা, চিনবান মওং কায়রবা ফমুং মোনগী ফিভম উরবা, নুংশিবদগী কায়নরবী নুপীগী অবাবা নুংঙাইতবা, নীংবা কায়বা পুম্নমক মূর্ত্তি ওইনা তাদুনা লৈরি। আত্মা সংযম, পাঙ্গল, ফন্নবা ফিভম অদুগা ঙসিগী তশেংনা মতেং লৈত্রবা ফিভম।

নুপীগী মপানথোঙগী ফিভম্না অরেপ্পা চিংলেম্না ওইদুনসু মাগী থম্মোয়নুংগী কায়রবা ফিভম মাগী চিক্লবা ফমুংদা হংলু? মাগী ফমুং অমদি মোম্না মরোন থোক্লবদি মাগী থম্মোয়গী অনীংবা অপাম্বা অবা নুংঙাইবা নুংশি কায়নরবা মীখা পোনবীগী

অবাবা বারী থুনমক হায়দোক্লকনি। মসিনি নুপীগী পুন্সিগী অঙকপা, শক্তি, থম্মোয় নুংগী অবা-নুংঙাইবু মপান থোংদা উবা ঙমনদে। পৃথিবীগী মনুংদা লৈবা মৈগী চীংবু উবা ঙমদে, শংলবা লৌবুক জঙ্গল, ইংলবা তুরেল, পাৎ, পুখ্রী কয়ানা লৈতেংই।

পূং ২/৩ রোম কপ্পবগী মতুংদা সুশীলা খর ইংথরকই। হৌগত্তুনা মীৎ-মাই তাথোক্লে, শম হাৎলে ফমুং শেমজিল্পরে। অদুগা য়ুমলোনবা পদমাবতী চন্দ্রাবু কৌবকই। মানা শংবা মতমদা করিগুম্বদা ফাগি জুগাই তৌমিন্নে, বারী শান্নমিন্নে। মবানী চান্নবা মরূপনি।

পদ্মা লাক্লে মতমসিদা সুশীলা ফমুংদা ঙাথদুনা লৈরি। কাদো মমই, পদ্মা লাকলগা হায়রকই “করি তৌরে, ইচে সুশীলা করি বানো? হিপ্পীবদি কৈদৌরবগে?”

“অসুম ঙসিদি খঙদে পূক্লিং নুংঙাইতে। নহাক কৌরগা ফাগি জুগাই তৌননীংই, মতম লেন্নবা থবক্তি লৈতে।”

“নত্তে নুমিদাংবাই ডাক্তর লাকখিবদুদি?”

“হোই মতমদো নহাক য়ুমদা লৈবরা?”

“নত্তে মহাক চৎখিবদুদা লাকপনি। মহাক্কী হকচাং নুংঙাইতনা উই, নহাক্কা উখিবরা?”

“হোই খরদি ঐনসু খঙখিবনি।”

সুশীলানা পূক্লিংদা খনজখি ডাক্তর লাকপা মতমদা হরাও তয়াম্লবা মাযথোঙ উরম্লবদি হোংলক্লীবা মওংসি করি খল্লমগনি?

“ঙসি নবানীগী মরক্তা খরা খৎনবা লৈখিবরা?”

পদ্মানা ঙাওশিন্নদুনা হংলকই।

সুশীলানা খঙহন্নীংদবা বাহংদু হংলকপদা খংপ্রেক খংই। পদ্মানা হিরমদুদা অচুম্বদু খঙখিবগুম তৌই। উখিবদুদগী হেন্না মানা খঙলম্বনি। অদুবু সুশীলা মদুগী থোইনা খন্দে। পদ্মা মশা ইৎচ্চরবা নুপীনি। অশেংবা থম্মোয়না মরম ওইদুনা হান্নদগী হৌনা সুশীলাগী থম্মোয়বু জয় তৌখ্রবনি। ঙসি মরমদুনা মাগী খোইরাংনবা ফিভমদসু কৌবদা চিংনদবনি। পূক্লিংদসু খল্লীবনি— পদ্মাদা মাগী পূক্লিং অবাবদু হাংদোক্লুনা হায়দোক্লে অদু ওইরদি খরা য়াংগনি। পদ্মানা মাগী বাজবদু ওন্ননা খল্লোই মহাক অসি তশেংনা

খঙখিবনি। অসিসু পোৎলুম বাংহন্নবগী মীনুংশি থিবা ওইনা থাজবা মফম থিরক্লীবনি।

মরমসিনা পদ্মাগী বাহংবু নুংঙাইতবা তৌদে। পাউখুমদা ঙক নোমদুনা "হোই" হায়রকই।

পদ্মাসু সুশীলাগী অশেংবদুদা নুংঙাইজে। মথং ঙাঙনবগী থৌনা হাপ্লকই— "চুন্না য়েৎনবরা নখত্রগা অরূবা বাফম?"

"অরূবনি"

"অদুদি ঐনা হান্না খঙত্রবনি।"

পদ্মা তুমিন্ন লৈ, সুশীলা হ' হায়রকই। ঙাইহাক লৈবগা পদ্মানা হায়রকই— "ইচে সুশীলা ডাক্তরনা নঙবু নুংশিবনি।"

অমম্বগী থোইদোকপা অমদি মীওই অনীবু নরুহলবসিনি। বাহংদু অহানবদা শক-শক উননা হংবা ঙমদবদু অমম্বদদি লাইনা হংবা ঙম্মী।মরমসিনা নুংশিনবা থম্মোয অহীংগী অমম্বদা হেন্না মঙান উৎপা ঙল্লীবা। উমংদা নুমিৎ চুপ্পা লোয়ননা লৈমিন্নববসু বাম অমদি সীতা বারী শান্নবা অহীংসু তেল্লী. মসি গী মরুসু অসিনি।

"হোই খঙই", সুশীলানা হায়রকই "অদুগা নহাক খঙদ্রিবরা?"

"হোই খঙই", মহাকসু খঙনা পাউখুম পীবকই। ঙাইহাক লৈবগা পদ্মানা হাযবকই— "নবানী করিগী লুহোংদ্রিবনো?"

"লুহোংবা" সুশীলানা ঙক্না হংই— "করিগীনো?"

"নবানী নুংশিনৈ, অদুগা..."

"অদুগা .. করি তৌরবা?"

'নত্তে, করিসু নত্তেদা"

"লোৎকনু পদ্মা। ইবানী অমনা অমবু য়ান্না নীংথিনা খঙই। ঐনা নঙোন্দা করিসু লোৎখিবা লৈতে। নহাক ঐঙোন্দা লোৎলিবদু করিগীনো? মসিবু চুম্বরা?"

"নত্তে সুশীলা" নুংঙাইতনা হায়রকই— 'নহাক্কী থাজবা মীওই ওইবা ঙল্লীবসি ইশাবু লায়বক ফবী ওইনা খঞ্জরিবনি। নঙগুম্বী নুপী রত্ন ফংবা লুই।"

"অদু লৈখিসনু, হায়য়ু করি বানো?"

"বাদু হায়বদা নুংঙাইতে"

"করি"

"নহাক অমদি ডাক্তরগী মরমদা সহরদা ফওবা শন্দোক্লে।"

"করম্না"

"নহাক্লা ডাক্তরগীদা অহীং লেকই"

"কৈদৌঙে"

"ডাক্তরগী মপা শিবগী নুমিত্তুদা"

"কনানা হায়রিবনো"

দিনুনা হায়, মঙোন্দা ডাক্তর বর্মাগী কম্পান্দরনা হায়রকই হায়

"দিনু পদ্মাগী মনাও নিপানি, ম্যুনিসিপালিটিদা থবক তৌবনি।

"ডাক্তব বর্মাগী কম্পন্দরদা কনানা তাক্লীবনো?"

"হাযরিবা ঘিস্নু শগোল গাড়ী বালানা তাকপনি হায়। মানা নবানীবু ষ্টেসন্দগী পুবকপনি।"

"ওহঃ" হৌজিক সুশীলা খঙলে। বাসি তাজবা যাবা মফমদগী থোরক্লগা অকিবা মওং লৌবক্লীবনি। মসি খঙবদা বাদবা ঙমদে। মীওইবা মশাগী কান্নবগীদমক কয়াদা লেখা তাবা ঙম্নীবা? হায়রকই— "পদ্মা নহাক খঙলীবদুনি। ডাক্তব বর্মা মধুসুদনবু কল্লকপনি। কবিগীনো হায়ববু চহী অমগী মনুংদা মাগী চহী ১০/১১ গী প্রাক্তিস তা তশেংনা শাফু পীরকপনি। অদুগা ডা. মধুসুদনগী বদনাম তৌরগা মাগী প্রক্টিটস মুন্নবা হোৎনরিবনি। ঐহাক নুমিত্তু ডাক্তর থিনবা মাগী বঙ্গলাদা চৎলুই তৌইগুম্বসুং পুং ১.৩০ লৈরগা হোস্পিটালদা লাকই, মফমদুদা অহীং লৈ। নুমিত্তু মাস্তরগী নুপী হোস্পিটালদা লৈ। ঐগী ডায়রীদসু বাফমদু ইদুনা লৈরমগনি।"

"ঐগী পুক্নিংনা বাদু থাজদে, ইচে। নহাক চিংনগনু। অদুবু বাজারদা শন্দোক্লীবসি নবানীগী লুহোংবসে য়েথোক্কনু। কনানা করি হায়গনি। ডাক্তর বর্মাসু করি হায়গনি? করিসু হায়বা ঙমলোই, ময়া কুমদুনা তোকচখিনি।"

"ঐহাক থুনমক সহরসি থাদোক্কুনা চৎলগনি, পদ্মা"

"ইহে, অদুবু অত্তাওবীগী বা নৎত্রববা?" মহাক্লা খঙদুনা হায়রকই।

"নত্তে, য়াম্না ইংনা হায়রিবনি,"

'নবানী নুংশিনরগা লুহোংবগী মহন্তা সহর থাদোক্লুনা চৎকদৌরিবা? মসিগী কান্নবা করিনো? খরা খৎন-চৈনরগা অসুন্না তৌবা ফত্তে।"

"নত্তে পদ্মা, খৎনবদি করিসু য়াওদে, অদুবু ঐহাক মফমসিদা লৈবা ঙম্নরোই। ঐগী মরম্না মধুসুদনগী লমচৎতা অমকপা লৈরবা মদু ঐ কৈদৌঙৈদসু খাঙবা ঙমলোই। মসিদগী ঐহাক হু চাদুনা শিখিবনা হেন্না ফৈ।"

"ইচে করি ৱানোনে? লুহোংবদি...।"

"নত্তে পদ্মা ইবনী লুহোংলরোই।"

মানা য়াম্না চেকশিন্না হায়রকই। পদ্মাবতী পূমঙক ঙকখি। থাজদবা ৱাহৈসি বজ্র তারকপগা মান্নখি।

হায়রকই "করিগীনো ? করি তৌরে?"

"ঙসিমক ডাক্তরনা লুহোংবগী ৱা হৌদোক্লকই, মদু ঐনা য়াখিদবনি।"

"ওঃ খঙলে হৌজিক্ত" তুমিন্ন লৈখি, য়াম্না চিংলেন্না। মবানীমক তুমিন্ন লৈনখি। কানুংদো পূমচিক চিকই। পদ্মাগী মমাংদা ৱাফমদুসু পাখোঙ ওইনা লৈখরে। "ইচে সুশীলা নঙ ঐঙোন্দগী হল্লীবনি অদুবু ঐনা খঙনীংলিবদি নহাক্লা অসুম তৌরিবসি করিগীনো?"

"করিগীনো? নুপী ওইরগা অসি খঙদ্রবা, পদ্মা ঐদি যৌবন লোইরবনি। শকসু ফজদে, পুন্সিদা ডাক্তরগী থোৎনৌরিবা, হৌগৎলক্লীবা পুন্সিদা শুম চাবদৌনা মাবু মাংহনগদরা? ডাক্তরদি অফবা মীওই ওইবনা ঙসি ইবানী লুহোংনবা শেম শারবনি। ঐদি চহী অসুম হেনগৎলক্কনি ডাক্তর মিঙচৎ অমদি শেন থুমসু হেনগৎলক্কনি, মতমদুদা ঐগা লুহোংলুবগী নীংঙমন্তবা লাকলোইদরা? মসি ঐঙোন্দা কৈদৌঙৈদসু থোকহল্লোই পদ্মা। শুশীলানা শাফুগা লোয়ননা হায়রকই, অদুবু মাগী ৱাহৈদা কনবদি নত্তে।

"ৱাসি ওইরে" পদ্মানা তপ্না হায়রকই, অদুবু সুশীলাগী অশেংবা থাদোকপা উরুরগা ঙক্লা লৈখি। অঙকপা ফিভমসিদসু মসি খঙদনা লৈবা ঙন্নমদে। করিগুম্বা সুশীলাগী মফমদা ঐমক ওইরবদি ডাক্তরগী নুংশি ভিক্ষাদুবু হাপ্তবা ঙমখিগদরা? নত্তে অসুক ফরবা লায়বকপু ইকাইবা পীবা ঙমলোই। মহাক অমৃতসিবু থাদোকপা ঙমলোই। মপূক্লিংদা সুশীলাদা মকোক নোল্লী অদুবু খঙদে মানা সুশীলাগী ৱারেপসি

অচুম্বনি খন্দে।

"ইচে, মতৌ অসুন্না ডাক্তরবু ইকাইবা পীবসে ফবরা? মসিগী অর্থদি ডাক্তর থম্মোয়গী ফজববু হকচাংগী ফজবনা হেন্না লৌবরা? ডাক্তরবু উরূরবদি মদু খন্দে। ঐদি নগুগী মরান শিরিবসি ডাক্তরবু ইকাইবা পীরিবনি তুংগী নিংবা কায়রকপা যাবগীদমক্ত গুসিগী ইকাইবা পীবসিমক চুমদবনি।"

"গুসি মহাক নহানি। পুন্সিগী লেমজবা মতমদা লৈরিবনি। গুসি মহাক্কী পুন্সিবু লেমজনবগী তাক্করী। ঐগী লুহোংলবা মতুংদদি মাগী মখুত্তা করিসু লৈররোই নিপানা প্রকৃতিগী ৱারমদা চৎপা গুমদে। পদমা, চুমদুনতা লৈবা ৱাফমসিদা মীৎয়েং থমদুনা তুংগী খনহৌবা তগুইফদবনি।"

"তুংদা ডাক্তরনা করম্বা ব্যবহার তৌরক্কনি মদু ঈশ্বরনা খগুলমগনি। ঐদি চেকশিন্না থাজরি। মাগী লমচৎ উরূরগা করিগুম্বদা নিগন্নক্তবা লৈরোই। ঐগী থাজবসিনা চুন্নবদি পুন্সিগী অহৌবদা থম্মোয় থুগাইবগী পাপ নহাক্কী ওইরোইদবা?"

"মওংসিদদি ওইবা য়ারিবনি। ঐদি ঐগুম্বী অচম্বী নুপী অমা কায়নরগা মাগী পুন্সি মাংখিগনি হায়বসিদি থাজদে। মতিক চাবী নুপী অমা লুহোংলবদি ৱাফমসি লোয়না কাউখিগনি অদুগা হেন্না নুংঙাইনা লৈবা গুমখিগনি।"

"তুংগী অরেপ্পা লৈতবা অদুগীদমক গুসিগী লেপ্পবা অচুম্ববু কাউথোক্নুনা চৎলবনি। ইচে খগুলবরা? মসিগী ফত্তবদু?"

"ফত্তবদু অরেপ্পা ওইরোই পদ্মা? খেন্নবগা লুহোংলগা ডাক্তর নুংঙইবা ফংলোই করিগুম্বা মাগী থম্মোয় দা ৱাফমসি হৌগৎলক্লবদি অফিম চাদুনা শিজখিবা নত্তনা করি তৌগনি? ডাক্তরনদি ৱাহৈনসু হায়রকলোই, ব্যবহারদসু ফোংদোকলোই। ঐগী ৱাখলসি লান্নে, নগুনা চুমলে। অয়াম্বনা চুম্মী মদু শেমদোক্লবা মতম লৈখিরোইদরা? ৱাহংসি ঐগী নত্তে, ডাক্তরগী মায়গৈদগী য়েংলগা হংলক্লীবনি। পদ্মা।"

"হোই মসিগীদমক মমল কয়াম পীবা তারি? ডাক্তরগী থম্মোয়দি মীনুংশি চাওবনি। মদুদা চৈথেং পীখিবা হায়বসি পাককোকপা গুমলোই, অদুগা য়ান্না মশাগী নাপনসু লৈবনা মানা ৱাসি অমুক হন্না হায়রকলোই।"

"মদুগী থোইনা ৱাদে, মাগী মনাক্তা ঐগী দরকার লৈরে খগুবদা ইকোকসি

নোনবদা চিংনেজরোই। নুংশিবগী সংসারদা ইকাইবা ইকাইদবগী মফম লৈতে।"

"নগুনা খঙজিল্লো ইচে, সমস্যাদু য়ামনা লুরে। মদুদা পাউতাক পিবা ওম্বগী ব্যা লৈতে। ঈশ্বরনা নহাকপু অচুম্বা লম্বী পিনবীসনু। মসি নত্তনা করিদি হায়রুনি। ডাক্তরগী ফিভম করি ওইরম্মগনি খঙদরে।"

"ফবা ওইসনু। মদুগী ঈশ্বরদা তত্তনা খুক্রমজরিবনি।"

"মদুতনা থবক ওইবা য়ারবদি করিগী হংলুনি"

"ওসিদি মসি নত্তনা অতৈ অতোপ্পা লম্বী লৈতে পদ্মা।" মসি হায়রদুনা সুশীলানা নুংসা খর শাংনা হোল্লী।

পদ্মা পাউখুম পীদে। তপ্না চিনবান মনুংদা ওইনা হায়খিবগুম তৌই— অগুকপা য়েৎশিল্লবনি, অগুকপা"

# থাদোক চে

থৌদোকসিগী নুমিৎ নীনি মতুংদা নর্স সুশীলা বাজেশ্বর থাদোক চে পিরম্লগা মুম্বাই চৎখ্রে। মুম্বাই থাদোকুনা লাকুবা বারেপ লৌখিবগুম ডা. মধুসুদনগী হিদাকশঙ থাদোকপদস্ মিনিট অমা চঙখিদে। অদুবু অহানবগী থাদোকপদা ᵑুংঙাইবা হরাও-তয়াম্বা লোযনরকই অদুবু ঙসিদি মপান নাইদনা অবাবা অমদি অকিবা, নীংঙমদবনি।

মমাসু করিসু খঙদে, মচানুপীগী বারেপ্পা মাগীসু ওইখিবনা করিসু হায়দে। তুমিন্না লোযননা চৎখিবনি।

অদুগা ডাক্তর?

ডাক্তর মধুসুদনগী ফিভম অঙকপনি। সুশীলানা য়ারক্তবদা অসুক য়াম্না চৈথেং ফংগনি হায়বসি কলপনা তৌজখিদবনি। অদুগুম্বা মাগী নুংশিববু সংসারগী করিগুম্বা অমতগা চাংদম্নবা য়াদে মদুনা মাগী থম্মোয়দা শন্দোকখিদুনা মিববা ঈশৈগুম মঙাল লৈনা তাখিবনি, অমরোমদা মাগী থম্মোয়দি কবি অমদি কলাকাবগী থম্মোয়গুম মীনুংশিনা থল্লী, থোৎহল্লী অদুদা নুংশিবগী ইহৌনা অমুক্কা হেন্না মঙানগী ঈথক ইহৌহনবনি। অদুদদি মহাক্কী থম্মোয়গী ফজবদি কবিদা হংলুনি? ইংলবা নুংশি ইহৌনা মহাক্কী পুন্সিগী মফম খুদিং মিক্তন খুদিং চাওখৎলকই, নীংথিজরকই। মহাক ফজরবা লৈকোন অমদা লৈরবগুম্মী।

মীশিংনা হায়নৈ "নুংশিবদি মমিৎ তাংই" মসি চুমদবনি। নুংশিবদি মিৎ পাংহনবা শক্তি অমা নত্তনা করিসু নত্তে। মদু নৎত্রবদি প্রেমীশিংনা অহীংদা থাজদা নক্ষত্রদা উপাম্বীশিংদা, লৈরাংশিংদা অসিগুম্বা প্রকৃতিগী পোৎশিংসিদা করম্না ফজনা উবা ঙম্নীবনো? অহীংদু হাম্নসু অদুম লাকখিবনি, থাজ-থবানশিংসু অদুম থোক্লীবনি, ঙাম্নীবনি উপান-লৈপাল পুম্নমক হাম্নসু শার্থলবনি, ঈথক-ঈপোম হৌরিবনি তুরেল হাম্নসু চেল্লী। উমং শিংনা ইশং শংনা ফজরিবনি অদুবু ঙসিগী অহীংসিদা থম্মোয

অনীনা অমত্তা ওইহনবা সক্ষিগুম তৌই। থা-থবানমিচাক্লা নুংশি পাউ পুবগুম তৌই। উপাল লৈপালশিংনা মোমোন নোক্লী। তুরেলনা মাগী ত্রোং-ত্রোং চেহ্নরীবা ইচেলনা ঈশৈ শকলি। উমং নারক-মোংশোংশিংনা নুংশিজরবীদুগী মায়থোঙ থাজবু মঙান পীরিবনি। মসি পূন্নমক্কী অঙকপসি করিগীনো? করম্লনো, নর্স ডাক্তর হায়বা ঙমলোই।

সতপুরাগী ফিগাওনুংদা নুংলিগী মশক ওইরবী অহীংদুনা মহাক অমদি সুশীলাগী পিরাংদুনা থম্মোয়গী মহৎ শিন্দুনা অমত্তা ওইখিবনি। নুংশিবগী মপুং ওইবা অহানবা মহাওদু মাগী পুন্সিদা থৌনা অমদি অনৌবা পুন্সি অমা পীরকপগুম তৌখিবনি। অহীংদুদা য়ুমদা হল্লকপদা অহীং নোংশোইবা তুম্বা য়াখিদে। ফমুংদা য়াওন-ঙাওন্দুনা লৈরকই। মীৎপাং থোক্কুনা অমম্বদা য়েংদুনা লৈরকই, শাকু অমা ফোংদোকপা ঙমদ্রবা ফজবগী মঙাল অমা।

খঙহৌদনা হায়দোকখি— "মসি অঙকপনি অনৌবা পুন্সিনি, অনৌবা মপোক্কী। অঙকপা থৌদোক্কী। মসি মাগী পুন্সিদা থোকখি, মসি ঈশ্বরগী থৌজাল্লা মরম ওইদুনা, মাগী থম্মোয়দা মপুং ফাখিবনি। প্রভুগী মগুণগী মায়কৈদা ইঙ্গিৎ তৌরদুনা হায়রকই— "পুণ্যগী মশক্কী, পুণ্যাগী মশক্কী।"

মতমদুদগী মহাক মশাবু লৈমায়দা নত্তে, নুংশিৎকী ইপোমগা লোয়ননা পাইবগুম খল্লী। হৌগত্তে, নুংঙাইরবা মঙলান অমদা লৈরি, অদুগুম্বা মঙলান্দুগী অকক্সবা মশীং লৈত্তে, থাজবগী ঙমখৈসু লৈত্তে।

তৌইগুম্বসুং ঙসি....?

ঙসিদি অদুগুম্বা মঙলান্দো মচেৎ মচেৎ তানা কায়খি। মীৎ মাঙ মক্তদা মমশিনখিবনি। থৌইনশিন অমদি নুংশিবদুগী ইচেলদা অমৃত থকচদুনা পুন্সিবু মপুং ফানা চাওখৎহন্দুনা মহৈ য়ানহনবগী আশাদু পুনশিন্দুনা থমজখিবনি। মদু সুপ্নগী কংখিবদা নত্তে, অৱাবগী মৈশাদা মনিন ওন্দুনা থম্মোয়দা মৈচাক ওইহৌরে। করিগুম্বা লাইবক্তা অসুক তমথীনা ইখিরম্মীবদি- মাগী পুন্সিদা সুশীলা লাক্লীবদি করিগীনো? করিগীনো মানা গুজরাতী নুপীদুগী চাপোকপা অঙাংদুবু মীনুংশিগা লোয়ননা পম্বীদুনা মহাক্কী থম্মোয়বু অসুক ইরাং-হৌহনখ্রিবনো? অদুগা চিঠি অমখক্তনা মুম্বাই থাদোক্কুনা মাগী মনাক্তা লাক্লীবনা করিগীনো? অদুগা মপাবুং শিরবা মতুংদা মশাগী মমা ওইবীগী

মীনুংশি পীবিদুনা ৱারবা থম্মোয়বু লাইজ খিকলেন চাইবীদুনা তপথহনবীখিবা?

অদুগুম্বী অমম্বা অহীংদুনা শার্মিষ্ঠা, দেবযানীনচিংবা থবাম্মিচাকশিংনা শাক্ষী থমদুনা থম্মোয়গী ঈহৌদুবু পিরাংগী অতিথি সেবা তৌবিখিবা। করিগীনো মসি পুন্নমকসি করিগীনো? অসুক য়াম্না চণ্ডশিল্লবগী তুংদা হৌজিক য়ানীংদবা ফোঙদোক্লক্লিবা? কয়াদা মীনুংশি লৈখিদ্রবনো গুসি মাগী থম্মোয় শোকখ্রিবা দাগসে ফখিবা গুমগদ্রা?

ডা. মধুসুদন নাপল চাউবা অমদি চাওথোকচবা মীওই নত্তে। অদু ওইদুনসু মাগী পুক্লিংগী কাচিন্দা অরোনবা আত্মাগী থাজবা অমদি লৈরি। মাগী নুংশি পূজাদো য়ানীংদবা উৎননবগী শক্তিদি লৈতবনি। তোইগুম্বসুং গুসি মাগী আত্মাগী থাজবদো মিনম্বা ওইরম্রে। মাগী অহানবা ওইনা ইশেং-শেংনো সুশীলাগী মনীং তম্বা শক্তম অমা লৈ মাগীসু অপাম-পামদা লৈ মরমদুমক মতীক চাবনি। মসিসু মহাক্না খঙখিবনি।

অদুবু মহাক্না থম্মোয়বু অদুক্কী মতীক লূপশিন্না উথলিবা আত্মাবু শকখঙবী মীনুংশি উৎপিরম্নীবা অদুগী অর্থনা করিনো?

মসি পুন্নমক্কী অর্থদি সুশিলা মরূপ অমা ওইবদি গুম্মী, নুপী ওইবা পামদে। নুপী ওইবীনবা তক্লক্লবদগী অসিগুম্বগী লমচৎ-ফজবী মীনুংশি লৈবী নুপী অমগী মরূপ ওইবসু মাংজবা তারে। ওইরক্কদবা ফিভমসিগী চিংনবা লৈরবদি কৈদৌনুংদসু হংলম্লোই।

হংলুদ্রবসু কয়াম কুয়না হংলমদবা য়াবগে? অসিগুম্বা অরেপ্পা লৈতবা ফিভমদুদা কয়া কুয়না খাঙদুনা লৈবা গুমগনি? অত্তাওবগী মতৌগুম মায়া মরিচিকাগী মতুংদা তান্নদুনা করি কান্নগনি? অদুগুম্বা ৱাখমদুনা থম্মোয়দা মমি তারবনি, মদুনা মমৈদা মহে য়াম্রোইদৌবা লৈরবদি মদুদা থোয়দোক হেন্দোক্না পুক্লিং থিংজিল্লবগী করি কান্নরিবা? মাঙজৌননা ৱাখল তৌবা তাদ্রা? অসিগুম্বা আশাসে থুংলরোইদৌবা লৈরবদি মাঙ ওইননা খঙলকপা ফরবনি।

অদু ওইদুনসু থৌদোকসিগী তুংদা অৱাবগী অৱাবা ঙাক্তনি নুংঙাইবা লৈতে হায়বসিমক য়াবা গুমদে। অঙকপা মওং অমগী নুংঙাইবনি অদুদা অৱাবগী ইরীকশিং ইতিল্লরি মদুদি শীলাগী মিকুপ খুদিং নীংশিংবা মতমদুদা মাগী নুংশিবগী মশক ওইরবী

থৌওংনো কংলবা থশ্মোয়দা লাইজ খিকলেন চাইবীরে। মানা য়াখিদ্রবগী মতুংদসু মহাক্কী মমল তাবা লৈতে। শীলাগী মফমদা নীংশিংবদুনা মহাক্কী নাইতোম তারবা পুন্সিদা লোয়নবীরি। মহৈ য়ান্দ্রবা নুংশিবগী নীংবা কায়বদো পুন্সিদা মপুং ওইনা মাং -তাকপা ঙমলোই করিগীনো হায়ববু অদুগুম্বা লনবু মাংহনবগী শক্তি লৈতে।

মসিমসু অচুম্বনি, পুন্সিদা হরাও-তয়াম্বা লৈব্রে, মতমদুদা শীলাগা লোয়ননা লৈরম্বদো। ইমাগী অরোইবা য়াথং ঙাক্লবগীদমক মাগী পুন্সি মিতম্লকপনি, অসুন্না খল্লী। অদুগা মতোমতা থাদোক্নুনা মানা করিগীনো চৎখ্রিসিবু?

মহাক চৎগ্রবদি চৎখ্রে অদুবু মশাদি কদায়দসু চৎপা য়াদে মহাক মশাগী পুন্সিদগী চেনখিবা য়াদে, মায়রৈনবসু য়ারোই। মমাগী অরোইবা অনীংবদু করম তৌবা তারিবা? মদু মতৌ করম্না মপুং ফাহনবা ঙমগনি।

“ইমা ইমা। নহাক কদায়দা লৈবগে? নহাক্না খাঙমদ্রবা অবাবসিবু খাঙবা ঙম্নবা পাঙ্গল পীনবীয়ু। মসি নত্তনদি করম্না পুন্সি লেনগদগে?”

অসি য়ৌনা ৱারবা ফিভমসিদা মাগী নীংশিংবনা পাঙ্গল ওইরি। মহাক মীওইবনি। মীওইবনা তপথবতনা অবাবা খুদোংথীবগা মায়োক্নবা ঙমগনি। ইমাগী শকউদবা শক্তিগী পাঙ্গল লৈত্রবদি চৈথেংসিনা মীনুংশিনা থুমহৎলবা থশ্মোয়গী করি ফিভম ওইরমগবা?”

শক্তিসিগী জ্ঞানতনা মাগী নুংশিবা কায়নবগী চৈনাখোনবু খাঙবা ঙম্লকই। তপথবা অমদি চিংলেম্বগী মূর্ত্তি ওইনা মশাবু লাকশিঙ্গরকই। সুশীলাগী থাদোক-চে মখুত্তা ফংলবদসু মদু হন্দোক্নবা ৱাহৈ অমফাও হায়খিদে। পুন্সিদা তঙ্গাসিগুম্বা লাকই, পুন্নমক ইহাং-হাংলবগুম খল্লকই। শিবা নত্তনা চঙজফম অতৈ লৈরক্তে। অসিগুম্বা শুক্লা মন্নবসিদসু পিক্লবা মঙানগী মরিক অমদি লৈরি অদুনা তাক্লী— “অমম্বসি লেঙদবা নত্তে, অহোংবা নাইবনি। কালগী চক্রদো মতম পূম্বদা হোংদুন লৈ। মরমসিনা, হৌগৎলো, থৌনা খোমজিল্লু, মাঙদা চৎখৎলু ফত্রবা মতমসে চৎব্রগদবনি।”

সুশীলা মমা-মচাবু ষ্টেসন ফাওবা থিল্লুই। হিদাক শঙদা হল্লকপদা উরকই— নুপী অমা মাগী লম্বী য়েংদুনা লৈরম্মী। হায়রকই— “ঐহাক মেন হোসপিটালগী নর্সনি, মিসেস রাজেশ্বরনা অদোমগীদা থবক তৌনবা হায়রম্মী।”

"মহাক্লা হায়রম্নীবা?"

"অহোই ঙরাং লাক্লনা পূং ১.৩০ রোম ঐগী মরমদা ইনকরী তৌই, অদুগা মফমসিদা থবক তৌনবা হায়রম্মী। হান্নদি মিপাইজরুই। অসুক চাওরবা ডাক্তরগীসিদা থবক পুবা ঙমগদরা ঙমলোইদরা খল্লী, অমুকসু হন্নাওজে, অদুবু ঐহাক য়ারিমখৈ হোৎনজগনি।"

"য়ারবদি মফমদুদগী ছুটি লৌরে। থবক্তা লাক্লো"

# মিংচং থীবা

অহীং পুং ১ দা ডাক্তবগী বণ্ডগ্লোগী বেল খিংলকই।

"কনানো?'

"ঐ বামেশ্বব ইনাকখুনবগী মুনিন্নী। ডাক্তব সাহব অদোম্ব কৌবকই, ইনাকখুনবগী মনাওনুপীগী হকচাং নুংঙাইতবে'।

ইনাক খুনবগী য়ুমদো ডাক্তবগী হিদাকশঙগী মনাক্তনি। মাগী শগোল গাডীদা তোংদুনা থুনমক যৌবে। উবে, ফজনা লৈতেংলবা কা অমদা, নহা ওইবিবী অমা ফমুংদা মোনখাং ননা হীম্নী। মায়থোঙদু কাথেক্লে। ডাক্তবনা খল্লী মাগী অনাবসি বাখলগী লায়না ওইনা তৌই। খজাইদা চিন্তাগী ময়ী তাবা উই, মিৎতনা ইকাইবা অমদি কিজবগী মতৌ। মহাক ডাক্তবদগী লযথোক্লবা হোৎনদুনতা লৈরকই।

"কবি নুংঙাইতবগে" ডাক্তবনা হংলকই।

"অশিনবা খেগৎলকই, ওগে ওগে তৌই— 'মুনীমনা হায়বকই।

"মিপাইনীংঙাই ওইদে চাবা তুমদবা ওইগনি। হিদাক পীগে, মদু চাবগা ফজখিবনি।"

"নত্তে ডাক্তব সাহেব, অদুক লাইনা ফবোই। অদোম্না মাবু ফহনবা ঙম্লবদি, ইনাক খুনবনা অদোমবু নুংঙাইহনগনি। লৌবিয়ু, অসি হায়বদুনা লুপা চামা চৎপী নোট অমা মহাক্কী মমাঙদা থম্মী।

"ঙাইবীখো, হান্না হিদাক থাখিগে?" ডাক্তবনা হায়বকই অদুদা মঙোন্দগী মায লৈথোক্লকই।

"নত্তে ডাক্তব, অদোম অনাবদু খঙবিদবে, মসি ইনাক খুনবগী ইজ্জৎকী বাফমনি'

"ইজ্জৎকী বাফম? মসিদা ইজ্জৎকী কবি বানো?"

ডাক্তবনা ঙক্লা হংলকই। মহাক্লা খল্লকই নুপীসি ইনাকখুনবগীদা অতিথি ওইনা

লৈবা ওইরমান্নে। অনাবসিদগী ফত্ত-নুংদা থোকপ্পবদি ইনাকখুনবগী মথক্তা দোষ ওইগদৌরিবনি, মরমসিনা মদুগী চিন্তা তৌরিবা ওইরিনি।

মসিদা নত্তনা নুংশি কায়নখিবগী চৈনাখোন্না ডাক্তরগী পূক্লিং লৈতাদ্রিবনি। মসিদা মাগী থম্মোয় অমদি পূক্লিং ইংথরকই। পূক্লিংগী ফিভম ফংথ্রিবনি। করিগুম্বদা তয়াং তশোয়না লৈরকই। করিগুম্বদা মানা লৈরিবসি কদায়দনো? করি তৌরিবনো? হায়বা ফাওবা কাউরকপা য়াওরকই।

ডাক্তর হৌজিক ফাওবা রাফমদু খঙবা ঙমদরে। মদু উবদা মুনীমদো মিপাইরকই। রাদো অমুক শেংদোক্না হায়রকই তপ্না— "ডাক্তর সাহেব অশিনবা খেগৎপা নত্তে মশা লূম্বনি।"

ডাক্তর পূক্লিংদা মত্তান অমা লাকই। মনুংদা মরৌ অমা লৈরে। অদুবু মপুং ফানা খঙনবা অমুক হায়রকই— "মদুদা করি কায়বগে? মশানা অদুম ফজখিগনি। থা কয়ানো"

"মরীগুবনি" মুনীম্না হরাওনা হায়রকই, ডাক্তর য়ারবগুম খল্লুরে।

"মাগী নুপাদি কদায়দা লৈবগে?" ডাক্তরনা হংলকই।

"নুপা? মাদি লুত্রাবীনি"

'ওঃ অদু ওইরে, থবকসি ঐদি ঙমলোই।" ডাক্তর হৌগৎতুনা লেপলে।

থবক্তু ওইরোইদৌরবদা মুনিম মিপাইরকই। মাগী রাঙাঙ হৈবা শক্তি পুথোরকই। হায়রকই "ডাক্তর সাহব, চনী/চহম লৌবিয়ু, চমঙা, অদুবু হিদাক থাবিয়ু। অদোমদা করি কায়বগে? কনানা খঙগদগে?"

"নত্তে, নত্তে কৈদৌঙেদসু ঙমলোই "মহাক্না হমাং তৈথোক্তুনা কনশিন্না হায়রকই। "ঐদি মীহাৎপা, জীব হাৎপা ঙমলোই, ঐদি থবায় কনবা ডাক্তরনি। থবায় লৌবা কসাই নত্তে"। অসি হায়রদুনা চৎনবা তৌরকই।

ডাক্তরনা য়াররোইদৌবা খঙলবদুদা থংনবা কাদগী রাজেশ্বর, ইনাকখুনবদো ময়ী অহমগী চন্দন থিল্লদুনা খুৎতা মোম্বতি পায়দুনা, খুরুম তোংদুনা, মচিন্দা হে রাম হে রাম শোন্দুনা থোরকই অদুগা হায়রকই— "ডাক্তর সাহব! নীং তম্না ভোগ বিলাস তৌবিরিবদুবো? অচৌ অশাং ইমুংগী মচা মমৌদা অহীং অথেংবদা খুৎ শেংদোকপিবদি

ইকাইবীদবরা? হে বাম, হে রাম কলি যুগসি অসিগুম্বসিদি খরদনি"

"ইহে, ইদোম্না হায়বীরীবদু করি বানো? ইনাক খুনবা? অদোমগী মুনীম্না ঐ কৌববনি।"

"মুনীম্না কৌরবনি হায়বা"— ইনাকখুনবদুনা মচিন পোম্নদুনা হায়রকই— "হে রাম, হে বাম মপান্দদি মতিক লৈবা সাধু মাম্নী, ডাক্তর সাহব! মনুংদা অদুম তৌবোইরে অমবোমদা নশাগী নর্সপু মমায়দা কালি তৈশিন্দুনা তাম্বোকখরে। অদুগা ঐগী য়ুমদ খুৎ থারবা? নহা ওইবগী মচু কদায়দনো? হায়বিয়ু ডাক্তর সাহব! বাজার দি পুন্নমক্ক হাংলিবনি, হায়বীগে ডাক্তর সাহব! লুহোংব্রিবা করিগীনো? হে রাম হে রাম।"

"ইনাক খুনবা! অদোম্না ভাগুলিবদো কনাদা হায়রিবনো?"— ডাক্তর গুক্রদুন হায়রকই। নর্সকী বাফমদুগী অসুম্না অর্থ লৌনরবা? মসি খঙ্গক্লরগা বাজরকই। অবাবগী পোৎলুমনা পুক্লিংগী থৌনা পুম্বা নমশিনবীব্রে। মাগী বাহৈদা অয়াকপা লাক্কদবদে শোম্বরকখি।

হৌজিক হেম্না মীনম্বীর্নু ডাক্তর সাহব, অদোম্না ঐগী ইজ্জৎ মাংহনবীরে, তুমিন্ন মফমসিদগী তপ্পা চৎপিব্রো। নত্তনা করি ওইগনি?"

ইনাক খুনবদুনা মমায় হাইগত্তুনা হায়রকই। মথংদা মুনীমদা খুদম ওইন হায়রকই— "মহাকপু মফমসিদগী তাম্বোকখো, বদনামসিগী মতুংদা মায় উৎপদ মতিক চাদরে। য়ুমলোন্নবনি হায়দুনা করি তৌরুনি ঐগী লুপ্লাবী ইনাও নুপীগা উনবিবা হে রাম হে রাম।"

"ইনাক খুনবা" ডাক্তর খরা হায়নীংগুকই। মুনীম সাহবনসু শকফম ওন্দুন হায়রকই— "তোকলোসে ডাক্তর মফমসিদগী লেগুবিখরো। মদুনা ফরনি লেগুবীবো।?"

মসি হায়রদুনা মহাক্কী মখূৎ পায়দুনা মনিংথোগুলোমদা অমোৎপা লম্বীদুদ তাম্বোক্লকই।

ডাক্তর অসিগুম্বা খগুহৌদবা বাথোক চক্রসিদা বাখল বুদ্ধি লৌশিং লোইনা মমব্রে। মসিবু করি করম তৌনা ওইখিবনো হায়বা কাওবা খগুজদরে। মুনীম্না অমম্বা থোগুলোমদা তাম্বোক্লগা থোগু লোনশিনখি। ময়ুকসিদা কনানো অমনা বিজলী টোচ

কাপ্লকই। মহাক্লা হংলকই "কনানো?

"ঐহাক দুখল্লাল্লী, ডাক্তর বর্মাগী কম্পাউন্দর ।"

"মফমসিদা লৈবরা?"

"হোই হোই মনাকসিদা মাইল মখাইরোমগী মনুংদা"

"অসুম্না?" ডাক্তর চৎখ্রে অদুনা দুখল্লাল্লীসু মাংখ্রে।

রাথোকসি থোক্লবা মতুংদা ডাক্তরগী মাঙদা দৃশ্যদো হন্না হন্না উরকই, মদু মাগী বদনাম নত্তে রাজেশ্বর ইনাক খুনবগী অপিকপা মতৌদুনি। সুপ্নগী বাজরবী নুপীদুগীনি মহাক ইকায়বা অমদি লাংতক্লবনা মকোক নোঙ্হদুনা পিগী ইরা শিন্থরী। মশাগী মমাঙমক্তদা মশাবু ইকাই খঙদগী অমদি ইকাইবা পীবা খুৎশান্না য়েংলিবনি। ডাক্তর নীংশিংলকই— কাদুদগী মহাক্লা চৎলগে তৌবদা নুপীদুগী হীক হীক কপ্পা তারকই। মহাক্কী থম্মোয়দু পোকখাইরকপগী খুদম্নী। মিকুপ্তুদা কয়া তোঙ্হজরিবা। অমদি চাকচরিবনো?

ডাক্তর চৎখ্রে, ইনাকখুনবদুনা মুনীম্বু তোঙান্না কৌরগা হায়রকই— "হৌজিক কবি তৌগনি মুনীম ডাক্তরদুদি পক্কা ওইরমলে।"

"হোই অঙকপা বানি। ঐদি মহাক অসিগুম্বা থবক তৌরমগনি খল্লুদবনি। মহাক অমদি নর্সকী মরক্তা তারিবা বাদু মদুগী হায়রুরবদি অয়াংবা লমচৎকী মীওই ওইরমগনি, অসিগুমবি থবকসি তৌগনি?"

"বাহে তাবদা ওইবা য়াববা? নোংমা অহীং পুং ১১ তাবদা মহাক নর্সকী মশাগী কাদগী চৎখিবা উখিবনি ঐগী য়ুম মক্তগী মফমদু শেংনা উবনি।'

ইনাকখুনবদুনা হায়রকই

"অদুগা .. শগোল গাড়ীবালানসু হায়রমদরা? ডাক্তরগী য়ুমদা নর্স অহীং চুপ্পা লৈ। মহাক মশানা থিল্লুবনি। অদুবু ডাক্তরগী লমচৎ অদুম তৌদ্রবনি অথেংবা অহীংদা মাগী ময়ুমদা করিগী চৎলুদৌরিনো?"

"তশেংনা চুন্নবনি, তৌইগুম্বসুং করি তৌগনি, মুনীম মানা য়ারোই হায়বা খঙলন্নবদি মাবু কৌরম্লোইদৌবনি। মহাক্লা অরোনবদুসু খঙখ্রে থবকসু ওইদ্রে।"

"অদোমগী করি অরোনবনো ইনাকখুনবা অদোমদি গুসি নাটক অমা উৎখ্রেদনা।

অঙকপনি বদনামগী পোরমদি মপ্তেন্দা ওনশিনপ্রে, মপ্পন্না অহীংদা মোটব তোংলকতবা, অমোংপা লম্বীদা চেনখিবা হিদাকশঙদা য়ুমলোম্নবগী নহা ওইবিবা অমদি লুহোংদ্রিবা, ফিভমদুদা নর্সকী মরমদা শন্দোক্লীবা তোকঙা, মীনা থাজবদা কুইগদৌবা নত্তে। অদোম নুংঙাইনা লৈবীয়ু।" মুনীম্না আশা উৎলকই।

"খঙদে মুনীম, ডাক্তর য়াম্না ফাওবা মীওইনি মীশিংনা মাবু য়াম্না নুংশিবনি। মাগী বদনাম কদৌনুংদসু থাজরোই। ফবে অওইবা অমা ওইরে থবকসি করম তৌবা তারিবগে? মদু হায়রবকউ?"

"কবি হায়রুনি? অপঙবা বর্মাগী হিদাক থারম্বা ওইরদি ডাক্তবসি কৌরবগী তাঞ্জা লৈবমলোইদৌবনি মদুসু লাইবক থীবা হায়দুনী। ফরে মিপাইরুনু, লম্বী অমা নৎত্রগা অমদি শোয়দনা লাকনি।"

"মখোয় অনীগী মরক্তা বা তানরম্বা থোক্লবদি খঙদে।"

অচিকপা কাদা মীহিংচাবা অনীদো অবোনবা করি বা তানবীবনো খঙদে?

ইনাকখুনবগী মনাওনুপীগী বাবী খরা ঙকই। ইনাকখুনবগী নুপী লৈখিদবা ঙসিগা থাম্না থা তরুক শুরে। য়ুমগী থবক ইনখাং য়েংশিনবীনবা কনাসু লৈতে। মবমসিনা মতৈগী অবাবদু খরা য়াংনবা ময়ুমসিদা অহানবদা থা অমগীদমক লাকখি। মহাক নহা লুপ্রাবীনি। ভোপাল ষ্টেটতা মাগী লম খরা লৈ। মচেদু লৈখিদবগী মতুংদা কনানসু য়েংবীদে। য়ুমগী বাণীবু নীংশিংবদা মমায়দা কি খুমদুনা কম্নী। পি মরিক অমা তাদবনা তোঙানবা বানি। মচিন্দা হে বাম, হে বাম তঙনা শোম্নী। মশাগী অবাবদু কাউনবগীদমক নহা ওইবিবী মনাওনুপীগী চঙজফম লৌরকই। মহাক চহী ২১/২২ বোমগী ওইনি। মশাগী আত্মা সংযমদগী হৌজিক ফাওবা শোক্তনা লৈরকপনি। মতৈগী শুমহৎনিংঙাই ওইবা লাংগী শক্তিদগী মশাবু কনজবা ঙমখিদে। মহাক তপ্না তপ্না লাংদুদা থুখিবম্মী। ঙসি মদুগী ফলনি উরিবসি। বদনাম তৌবদগী অমদি থরায় কম্নবগী বাফম খন্নবা হৌবকই। ঙসিগীদু ডাক্তব মধুসূদনবু কৌহল্লদনা বাফমদুগী মরীদা থোকখিবা থৌদোক্নী।

মুনীম্নু বিদায় তৌপ্রবা মতুংদা 'হে রাম, হে রাম মচিন্দা শোম্নদুনা অনাবগী কাদা চঙলকই। হাম্না থোঙ থিংজিন্নে। মহাকী ফমুংদা, মনাক্তা ফম্নকই। উবে, হৌজিক

ফাওবা কগুনা লৈরি।

"কপ্পনু রূপা ডাক্তরসিনা য়াম্রবসু করি কায়বগে? হৌজিক অতে লম্বী য়াম্না লৈরি।" মহাক্কী পূক্লিং নেমথনবা থেমজিল্লকই।

"নহাক খরা ইকাইবদি ফবনি। নশাগী লৈখা তারবা লমচৎপু লোৎননবগীদমক অফবা মী অমদা বদনাম তৌহি। ঐদি নঙোন্দা শেংনা শেংনা হায়রিবসিনি। নহাক ডাক্তর সাহবকী বদনাম তৌবদা খূৎ থারবদি ঐদি নঙগী লিচৎতা লৈখা তানা শন্দোক্লম্লগা হ চাদুনা শিখিগনি। ঐগীদি পূম্মাং মাঙলবনি। অদুগা লৈখা তারবা নঙগী খূৎতা সাধু ওইরবা মী অমগী বদনাম তৌহন্ত্রোই।" য়াম্না থৌনা লৈনা হায়রকই।

ইনাকখুনবনা খল্লকই, মমাঙদা মাগী ইংতপ্পবী মনাও-নুপীদো নত্তে তশেংনা চন্দিকা দেবী ফম্নীবনি। হান্নদি ব্বারম্বনি। অদুদগী ঙাইহাক লৈরগা .... হায়রকই— "হে রূপা। নঙনা হায়রিবদো করিনো? খরা চেকশিন্না ঙাঙউ। ঐনা পাপী অদুগা নঙনা কনা? নঙদি তশেংনা সতী লক্ষ্মীনিনে?"

রূপা করেম্নবসিদা খোইরাং খোইশাওরকই। হায়রকই "নঙনা ইরাং পাম্বনা ঐবু ফিভমসিদা থাদোকপিরবনি। ঐদি হান্না খঙখিবনি।"

"ঐন ইরাংদা লূপ্লনি। নঙনা? নঙসু অঙাংদি নৎত্রবনি। নঙদি করিগী য়াবিবনো? ঐনা নমজা-নমথেক্লবদি নত্তেদনা?"

"ঐদি মসি পূন্নমকসি করি খঙগনি? নঙদি ঐঙোন্দগী হেন্না শিংবনি। নঙনদি ঐঙোন্দা হন্না হন্না হায়বনি— "কিপ্পনু সংসারনা পাপসে করিসু খঙলোয়? অদুগা লোইনা ওন্ন-তৈনবদা ঐঙোন্দা মরাল শিরিবনো?"

"খঙদ্রবদি মহেদো চাব্রো?"

"ঐ ইতোমতা চাগদবা নত্তে, নীংশিংউ, ঐগীদি মাংজরবনি তৌইগুম্বসুং নঙগুম্বা লৈখা তারবা মীসিবু শন্না শন্দ্রিমখৈ শিখিব্রোই। শিরবা তুংদসু ভূত ওইনা নথবাক্তা ফমখিগনি।" য়ামনা শাওনা হায়রকই।

ইনাকখুনবদো য়াম্না কিপ্পনবনি। মিপায়রকই। হায়রকই— "করিগীনো? নঙবু থাদোক্তুনা কদায়দসু চৎব্রিদনা? ঐদি নঙবু কননবা হোৎনরিবনি।"

"ঐবু কননবা হোৎনগে হোৎনৌ হোৎনব্রোই তৌকউ ডাক্তরবু বদনামসিদগী

কনদ্রবদি নঙগী অফবা ওইবোই"।

"কবিগীনো? হৌজিক ডাক্তরদা পূক্লিং লুপ্লববা?" হন্দক্তী ইনাকখুনবদো য়াম্ন শাওনা ইকাই খওদনা হায়বকই।

"অমুকসু বাফমদো? নশাগী পাপতো অতোয়দা ইহ্লোকনু, ইনাকখুনবা। নীংশিংউ মসি ঐগী অচম্বা থমকা নত্তে। নঙনা বাফমসে লৌদ্রবদি?"

"নত্তে-নত্তে রুপারাণী, কবিগী নঙগী বা লৌরোইদৌরিবনো? হৌজিক তুম্নো অহীং থেংগ্নে। খল্লুনু ঐগী ইথক্তা দায়ত্ব লৈবদু ঐ লোইনা খঙই। নহাক চিন্তা তৌগনু বামনা মপুনি।"

মহাক খুরুম তোংদুনা মচিন্দা বাম-বাম শোল্লদুনা মফমদু দগী থোকখি। মশাগী কাদা চঙখিবদদি মাগী অনৌবী নহা ওইবিবী ববোনী মহাকপু ঙাইদুনা লৈবমলে।

# ইঞ্জিনিয়রগী নুপী

ডাক্তর বর্মাগী কম্পান্দর দুখল্লানা থৌদোক্তু খরা হেন্না মপুদা তম্বদা মিনিট অমফাও থেংথদে। মসিদা হরাওরগনি অমদি মাগী প্রমোসন পীগনি থাজরম্মী। দুখল্লান্না কান্নবা ফংলবসু ডা. মধুসুদনদি থৌদোক্তুনা অমাঙবা ওইরকই। তপ্না তপ্না মকা-ফোংদনা মীয়ান্না মহাক্কী লমচংকী মরমদা নৈনবা হৌরকই। হৌজিক রাজেশ্বর ইনকসুনবগী থৌদোক্তুগী মথক্তা সুশীলানা খঙহৌদনা থবক থাদোক্তুনা চংখিবদুসু অর্থ লৌনরকই।

সহরসিদা মাগী মীনা নুংশিবা মরম্না তোকঙাদু থাজবা মী পঙয়াম য়ামদে। অয়াম্বনদি মসি মীনম্বনি, মশাগী য়েংবা কল্লক চাওবা মীওই খরনা শন্দোকপনি খল্লী। অদু ওইদুনসু মীওইবগী লোনচৎ অঙকপনি। কনাগুম্বগী লৈখা তানবগী নৈন্নবসি অয়াম্বনা পূক্নিং চঙই। থাজবা থাজদবা। মসি মীনম্বনি কনাসু হায়দে। অদুদা নৈন্নবদা হেন্না নুংঙাইবা ফংনৈ। মীওইদো অবাংবা থাক্কী ওইনসু লমচৎ ফজবসু ওইসনু মদুদা মরান থিজনবদা কয়া নুংঙাইনা লৌনরীবা। মতমসিদা থাজবগী ওননবদা মসিগী মরমদা ঙাঙনবদা হেন্না পূক্নিং চঙনরকই। অহানবদদি সুপ্নগী খঙনীংবা অমদি মওং কাইনা। নুংঙাইনরম্বনি। হৌজিক তোকঙাদুগী ফল থোক্রে। মতুংদা তপ্না তপ্না নিপাশিংদনা হেন্না ৱাফমসি ঈশৈগুম লৌনরে। ফেমিলি ডাক্তর ওইরম্বা য়ুমশিংদা ডা. মধুসুদনবু লৈথোক্লবা হৌরে। অহানবদা ৱাসে থওইনরমদে অদুবু তুংদদি মরমদু খঙলক্লবদা য়াম্না ৱাজখি সাধুগুম্বা লিচৎনা মরম ওইদুনা মীওইশিংগী কায়থরক্লীবা লোনচৎলোমদা থোইনা পূক্নিং চঙলমদে। ওননবদা মীশিংসে অফবা ঙাক্তনি খননা চৎলম্বনি অদুবু মাগী মায়থোঙ মকশিল্লী। নোকপদি শীলানা পুদুনা চৎখ্রবনি।

অঙকপদি নুপীশিংগী থম্মোয়দা খজিক্তং ফাওবা মসিদা চিংনবা পোকতে। ডা. মধুসুদনবু উরুরগা মখোয়গী থম্মোয় নুংদা ৱাফমসি মীনম্বনি, নমথাক্নি খল্লী। মসিদা খজিক্তং ফাও অচুম্বা নত্তে। মখোয়না ডাক্তরবু অনাবা য়েংনবা কৌবদা চিংনবা লৈতে।

তৌইগুম্বসুং মখোয় মখোযগী নুপা, মচা অমদি মবুং মৌপ্পাশিংনা নুপীশিংনা বাফমসিগী মরী খণ্ডখিবদা ডাক্তরগী ভিজিৎতা অপনবা পীবা হৌরকই। অদুবু মীওইবনা নাবদি লেপ্পা লৈতবনা ডা. মধুসুদনগী মহুত্তা ডা. বর্মাবু কৌবা হৌরকই। ডা. বর্মা হরাওজে মরমদি মাগী শিথরুববা প্রাক্টিটস অমূক হন্না ফগৎলকপা উবদা।

হবা-নুংশিৎসিগী মরমদা ডা মধুসুদনগী মায়থোঙ মতম পুম্বদা মকশিন্না লৈরকই। মাগী মমাঙদদি করিসু হায়নদে, ব্যবহারদা করিসু কাইদে, ফাগি ওইনা, মীৎয়েং নায়েংদা ফৎত্রবা হবা নুংশিৎতুগী মমি তাই। মসিনা মাগী থোৎলবা মায়থোঙদা চৈনা ফাওই। অদু ওইদুনসু কনাদসু করিসু হাযরুদে। মানা চেৎনা থাজজে নোংলে নুংশিৎসি অচুম্বা য়াওদবনা নোংমদি শোয়দনা নেমখিগনি। মতমদু ফাওবদি মহৌশা লাইরেম্বীদা কোক নোন্দুনা ঙাইবা তাই।

মরকসিদা অপিকপা থৌদোক অমা থোকলকই। ডাক্তরবু সহরগী অচৌবা ইঞ্জিনিয়ারগী নুপী নাবগী কৌরকই। বঙ্গালীনি, ব্রহ্ম সমাজীনী। মাগী নুপী য়েংবা মতোমদা চৎলি। মহাক্না হাযরকই— "ডাক্তর সাহব, নহাক্কী লমচৎকী মরমদা তোকঙা শন্দোক্লীবসে, মসিদা নুপীশিংনা কবিসু থাজনদে, থাজবীয়ু।"

ডাক্তরনা মঙোন্দা য়েংলুই, মদুদা মাগী মিৎতা ডাক্তরবু থাজবগী অমদি ইকাই খুন্নবগী মমি তাই। খঙহৌদনা থাজবা ফোঙদোক্লকপদুদা অহানবদদি থাজরুদে অবুদু তৌবিমল খঙবা বাখলনা পূক্লিং মকা লাম্লকই।

মহাক্কী কংলবা মোমোন মিনোক্লা পূকচেল চাওরবী নুপীদুগী ফজবা লোনচৎপু ওক্লকই। নুপীদুগী মনুং হুঞ্জিন্না য়েংবা মীৎয়েংদুনদি ডাক্তর কপ্পীংলকই হায়বা খঙখি।

পম্মানা নুমিৎসিগী সন্ধ্যাদা হিদাকশঙদা লাক্লগা হায়রে— "স্কুলগী ওজা নুপীশিং অমদি মমান্নবীশিংনা ডাক্তরগী বাফমদু ঙাঙনরকপদা ডাক্তর দোষ লৈতে হায়রম্মী হায়না ডাক্তরদা তম্লকই। মঙোনদা মরান শিরিবসি মীনম্বনি।

নুমিৎতুগী অহীংদা তুম্বা মতমদা মাগী মিংচৎ থিবগী লৈচিন মরক্তসু পূক্লিং তপথবা ঙম্মী মরমদি নুপী ওইবী শিংগী সেবাগীদমক পুন্সি চুপ্পা ব্রত লৌরবনি। মখোয়রোমদা অমুকফাও মীৎয়েং নত্তবা য়েংখিদে। মখোয়গী মরমদা ফত্তবা বাখল খনখিদে। মমা ওইবীশিংনা মাবু থাজরি, ইকাই খুন্নরি। ঈশ্বরগী অচুম্বা থৌওংগী

প্রমান নত্তনা সিদগী হেনবা অমা লৈরিবরা ? বঙ্গালী নুপী অমদি পদ্মাবতী চন্দ্রা হায়নরুবা তৌদনা থাজদনা ফংবা মীনুংশিনা ঙসি মহাক্কী থম্মোয়দা থৌনা হাপ্লী, কল্লবা শক্তিগী বাখল লাকই। মানা খল্লী মসিদগী হেনবা ফত্রবা তোকঙা, তুক্কচনিংঙাই ওইরবা লাম্থেং চৈথেং ফাও হরাওনা থেংনবা ঙমগনি। অসুম্না সিধান্ত অমগীদমক বলি তৌগদৌরবা শহীদ অমনা মঙোন্দা পীরকপা অকিবগী মশক ওরিবা চৈথেং পূন্নমক নোক্কুনা খাঙখিবনি।

# পোকখাইবা

নোংজু থা লোইশিলখরে, সরত ঋতু লাকপা হৌরে। মীওইশিংনা য়ূমকে লূনা-নান্না শেংদোক্লুনা দীবালীগী থৌরাং তৌরি।

খঙহৌদনা অয়ুক অমা পোষ্ট মেন্না ফিগী অপিকপা পার্সেল অমা ডাক্তর মধুসুদনদা পীরে। লৈফমদা থারকপগী মমিংদা সুশীলা রাজেশ্বর থাই। লৈফম থাদে, পোষ্টকী শীলদগী পার্সেলদু মুম্বাই জেনেরল পোষ্ট ওফিসতগী লাকপনি হায়বদি তশেংলে।

সুশীলাগী মিং থাবা উবদা ডাক্তরগী থম্মোয় অঙকপা মওংদা খঙহৌদনা নিক্লকই। মদুগী প্রভাব খুত্তসু তাই। নিক্লবা খুত্তুনা মহাক্না মদু হাংদোকই। উরে, মদুদা অঙৌবা উনগী চোকলেটনা মপান চনবা ফজরবা ডিজাইনগী স্বেটর অমা, রেশমগী ফীনা প্রজেন্টেসন কার্ড অমা পুল্লি, মদুদা সুশীলাগী খুৎনাই "সুশীলাগী মায়কৈদগী ইকাইখুম্নবা নুংশিজবা খুদোল"।

ডাক্তর স্বেটরদো ওগ্লোক ওল্লিন তৌদুনা য়েংই। মনুংদা থবাক মপাদা অঙ্গ্রেজী ময়েক S সি লোন্দুনা থারকই।

মসি উরুবদা ডাক্তরগী থম্মোয়দা মপান নাইদবা খোইথুম্নবা ফাওরকই। থম্মোয়দা হৌখ্রবগী খোইথুম্নরবা নীংশিংবশিংদু অমুক হল্লকই। মদুদা, সুশীলাগা লোয়নখিবা, মানা য়াখিদবা অমদি খঙহৌদনা চৎখিবা। মসিগী মতুংদা মীনুংশি উৎলক্লীবসিগী করি অর্থ লোৎলিবনো? মনুংদা চিঠি য়াওবরা থিবা ফংদে। শীলাগী পাতাসু য়াওদে। ফংলবসু করিবু তৌনরুনি? মহাক মশানদি সুশীলাদা অমুক মরী লৈননবা হোৎনখিদে। অমুক খক নুংশিনা হায়জরুবনি মদুদা য়াবিরক্লবদা অমুক হন্না মিথচিনফাওবা য়েংলোই।

অদু ওইদুনসু ঙসিগী খুদোলসিনা মাগী থম্মোয়দা নুংঙাইরবা ইথক্না ইপোম নাইরকই মসিদা চিংননীংঙাই লৈতে। কুইর কুইরগা শীলাবু নীংশিংলকই, মসিনা

তাকপদি নুপীসিবু মহাক্কী থম্মোয়দগী মপুং ফানা তাম্থোকপা ঙমদে।

অদুগা ঙসিগী খুদোলসিনা শীলা মশাসু ডাক্তরবু থম্মোয়দগী তাম্থোকপা ঙমদে হায়বসি তাকপনি।

খল্লুদবা খুদোলসিনা তাকপদি সুশীলানসু মহাক্কী অরোনবা মফমদুদা লৈরবসু ডাক্তরবু ইকাই খুম্নবা থল্লী অমদি ফত্তবা লৈতে হায়বসিনি। ৱাখলসিমক্না মধুসুদনবু হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইহল্লী।

নুমিত্তুগী নুমিদাং ৱাইরমদা সহরদুগী খ্বাইদগী চাওনা বোমব্লাগী কারবার তৌবা হাজী অববাস নোংমৈ মরু য়োনবগী দুকান্দা কেস অমা য়েংনবা কৌরকই। অনাবা য়েংলবা মতুংদা কা-হে চারিঙেদা খঙহৌদনা বোম পোকখাইবগী মখোল তাখি অমদি মৈরী মৈখু উরকই। ডাক্তর খল্লী করিগুম্বা অকনবা পোৎনা মাগী মমায়দা থাখি অদুগী মিৎমাঙদা পুংমম মমখি। মিৎকুপ অমদা যুহার হাবগুম তৌখি। অদুদগী লাউ খোঙবা তারকই— "নোংমৈ মরুদা মৈ হৌরে, নোংমৈ মরুদা মৈ হৌরে" অদুগী তুংদা ৱাহুরকখি। মহাক জ্ঞান মাঙলকখি। অসুম্না খল্লকই মাগীতা নতে সংসার পুম্বাগী অরোইবনি। জ্ঞান লৈরিঙেদা মহাক্না খনখি অশিবা হায়বদো লাক্রবনি।

কয়া কুইরগা জ্ঞান তারকখিবা মহাক খঙদে, মতমদুদা খোঞ্জেল অমা তাখি "করম তৌরে ডাক্তর?" মহাক্না মথা চলাইরি য়াম্না হোৎনরবগী তুংদা খোঞ্জেল খঙবগুম তৌরকই অদুবু অচুম্বদি খঙবা ঙমদে খোঞ্জেলদো কনাগীনো হায়বা। মহাক্না হংলকই

"কনানো?"

"ঐনি ডাক্তর বর্মা।"

"Oh, I see" অসি হায়বগা মমিৎপাঙথোক্লবা হোৎনৈ অদুবু মৈতান থম্বগুম মৈশা ফাওরকই। করিসু উবা ঙমদে। মশাগী তৌফম খঙদবদু খঙলদুনা হংলকই— "ঐগী মীৎসি মৈচাক ফাওরিবসি করিগীনো? ঐ কদায়দা লৈরিবনো? ডাক্তর?"

"অদোম ঐগী হিদাকশঙদনি। এক্সিদেন্টতা নোংমৈমরু পোকখাইদুনা অদোমগী মীৎ শোকখ্রে", ডাক্তর বর্মানা হায়রকই।

মধুসুদনদা ফাওরকই, মাগী খোঞ্জেন্দা অবাবা ফোংদোকলী। ডাক্তরনা ৱাখল

তৌদুনা থিরুই, কবিসু নীংশিংবা থোক্তে ঙাইহাক লৈবগা খন্না-খন্না নীংশিংলকই। মহাক নুমিদাং ৱাইবম হাজী অববাস, নোংমৈ মক যোনবা ইনাক খুনকগী য়ুমদা অনাবা যেংবা চৎলুবনি। মফমদুদা মখোল অমা তাখি অদুদগী করিসু নীংশিংবা থোকখিদবে। মতম নুমিদাংৱাইবমনি অদুদি হৌজিক অহীং ওইবমগনি মরমসিনা কবিসু উদবনি। ঙাইহাক লৈবগা হায়বকই— "ডাক্তৰ অদোম্না থাওমৈ থান্দিববা কবিগীনো"

"দাক্তৰ মতমসি নুংথিলগী পূং ১০ তাবা নৎত্ৰনে?"

"অদুগা কবিগীনো? ঐনা কবিসু উট্ৰিবসে? মিত্তা কবি থম্বগে?"

"হোই ডাক্তৰ I am sorry to say that you have gone stone blind ঐহাক্না অৱাবগী লোযনা হায়বা তাবে অদোম মপূং ফানা মীৎ তাংলবনি)"

"ও! য়াম্না নুংশিববা অৱাবগী নুংশাখ্ৰ হোনবা ডা মধুসুদনগী মচিন্দগী তাবকই। মহৌশাগী থৌদোক ওন্থোকপা য়াদ্ৰবা চৈফুসিদা কনা লৈত্ৰবগুম কপ্লকই। মকোক্তু চৈঙাক যাওদনা মোন মখাদা ওন্থবকই। মিৎলুদা পিবাং ইচাও ইহৌবকই। ইহৌদু খৌনাওদদুম নমথনবা হোৎনবকই তৌইগুম্বসু ইচেন্দুনসুং চেম্বক্রবা কন্না লাম্থেংনবি।

খুদক্তুদা নুপী অমগী খুজিগী ঝন ঝন লাওবা মখোলগা লোযননা হীক-হীক কপ্পগী খোঞ্জেল তাবকই। থাজদবা অমদি শকখঙদবা মিকপু কনাগীনো খঙবা ঙমদে - "কনানো? কবিগী কপ্লীবনো? অদোম কনানো?" অসি হায়রদুনা মশাসু হীক হীক কপ্পা হৌবকই। ঙসিগী অসুম্না কবিগুম্বদসু ফোংনা কপখিদ্রি। তৌইগুম্বসুং ঙসিদি মহাক মশাগী সমস্যাবু ফাথজবা ঙম্লমদে। অমুক্তং কপ্পা হৌব্ৰবদি মদু থিংনবসু হোৎনবমদে। থম্মোযগী অৱাবা পোৎলুমদো যাংহননকগীদমক মপান্দা মনীংতম্না কপথোবকই। ঙসিদি মাগী মনাক্তা লম্বা ওইবিবা ডাক্তর লেপ্লী হায়বসিসু খল্লুদে অদুগা নুপী অমসু মহাক্কী মখোনদি খঙদে অদুবু মহাক্কী অৱাবদা মীনুংশি ফোংদোক্লীবনি হায়বদি খল্লী। কয়া কুইনা নুপীদু অমদি ডাক্তৰ, মধুসুদন অসুম্না কপ্পুনা লৈববা খঙদে।

অৱাবদুগী চাং হম্থববদা নুপীদুগী মাযগৈদা ওন্দুনা হায়বকইন— "কনানো?"

কপ্পা-কপ্পা পাউখুম পীবকই— "পদ্মাবতী চন্দ্ৰা"

"কৃপানি, অদোম লাকপিবা। অদোম্না লাকপিবসিদা ঐহাক য়াম্না নুংঙাইজবে'

- মহাক্না হায়রকই।

তপ্না-তপ্না থৌদোক্কুগী বারী পূন্নমক খণ্ডনরকই মিনাই অমনা থৌশাদবদগী চুরুট মতেক নোংমৈ মরু মরক্তা লংশিল্লম্মী। অকিবগী মশক ওইনা পোকখাইরকই। মফমদুদা মীনাইদুদি চাক্নুনা শিগ্রে। ডাক্তর জ্ঞান মাংদুনা বাহুরম্মী। মহাক্কী মমিং কায়রে, মায়দসু মফম অমদি থীনা চাকগ্রে। য়াম্বদি নত্তে। হাজী ইনাকখুনবগী মশম অমদি মকোই পুমচাক চাকগ্রে, মমায়সু। মখোয় অনী সরকারগী হোসপিটালদা মীং চল্লম্বনি। ডাক্তর বর্মানা পাউসি তাবদগী মশাগী হিদাকশঙধা পুরকখিবনি।

পুং অনীগী মনুংদা থৌদোক অদুগী খবর সহব থুংনা শন্দোকখি অমদি মধুসুদনগী ফিভম খণ্ডনীংবা মীওইশিংনা পরেং লেঙলখি। পদ্মাসু চেন্না চেন্না লাকই অদুদগী পুং ৩ চুপ্না চানি-থক্কনি খণ্ডদনা ফমদুনা লৈরকপনি। ডাক্তর বাহুরিবসিদগী হুহুরক্নবা বাখলদা লুপ্তুনা লৈরম্মী। করিগুম্বদা বাহুরুবসিদগী কোক হঙ্গৎলক্ত্রবদি, খল্লুবদা লাংতক্নরকই। ডাক্তর মমীৎ তাংলবনি, মশক খরাসু থীরবনি অদু ওইদুনসু হীংবদি হীংহৌরে। মসিদনা হরাওবগী ঙমখৈ লৈখিদে।

তৌইগুম্বসুং ডাক্তরনদি খল্লী করিগী খুদোংথীবসিদগী হীংহৌরিবনো? মীনাইদুগুম মফমদুদা চাক্নুনা করিগী শিরমদ্রিবনো?

মথং মথং ওইনা খুদোংথিবা মঙোন্দা থোক্লীবা, নুংশিবা কায়নবা, মিংচৎ থীবা, মীৎযেং অমদি শক মাংবা।

নুংশিবা কায়নবনা থম্মোযদা হায়নীংঙাই লৈতবা নীংবা কায়বা শন্দোকই। মিংচৎ থীবনা সমাজগী ওইবা পুন্সিদা অদুগী মীৎ তাংবনা মহাক্কীদমক্তী সংসার পূম্বাদা পুন্সিদা অমম্বগী অমম্বা ঙাক্তা শন্দোকখরে। হে ঈশ্বর! মহাক ঙসিদি কদায়দগী করি ওইগ্রবগে?

ঙরাং ফাওবদা মহাক্কী থম্মোয় কয়া চাওরম্বা, থৌনা ফরমবা, মহাক্কী মীবু নুংশিবা অমদি লমচৎ ফজবগীদমক ফাওরম্মী। মহাক্কী হকচাংদা পাঙ্গল অমদি ফজবা পূক্নিংদা আত্মা বিশ্বাস, পুন্সিদা কয়াদা খোইথুন্নরল্লীবা? মহাক্কী তুংগী ফিভমদা আশা লৈরিবা, পূক্নিংদা পান্দম কয়া লৈজরম্বা। মখোয়দো অরেম্বা অমতা নত্তে মদুবু মুক্তি পান্না উরক্রুবা মতমনি। মঙোন্দা মপুং ফানা থাজবাপোক্নবনি; আবা-অনাশিংগী

থোইদোক-হেন্দোক্লা নুপী জাতিগী সেবা তৌনবা ব্রত লৌখিবদো, পুন্সিদা মহে য়ানবা ঙম্লগনি, মমাগী অবোইবা আশা মপূং ফাহনবা ঙম্লগনি খনজরবনি অদুবু— "ইমা, ইশাগী অৱাবদি থোইনা খন্দে, ফিভমসিদা নহাক্কী য়াথং ঙাকপা মতৌ করম্না ঙমগনি মতৌ করম্না?"

মহাক্কী পুন্সিগী পম্বুং ফংবা ঙম্লবদি মশাগী অৱাবা অনাবা পুন্নমক খাঙবা ঙমগনি অদুবু পম্বুংদো মায়কৈ অমদা লৈখ্রে। মাগী মখূৎতা অরেম্বা তারবা, মীগী মতেং লৌগদবা পুন্সি ওইরবে। মশাগীদমক অতোপ্পবু অৱাবা পীদবদুনা ঙসিদি নুংশিনিংঙই ওইরবা ফিভমসিদা, চাবা থকপদি থম্বু থমখো হকচাংগী নিতিগী ওইবা থবক্তসু, ফি শেৎপা খরা খরাদা ওইবা ৱাফমগীদমক অতোপদা অৱাব পিরগনি। হৌজিক ফাওবা অতোপ্পগী সেবা তৌদুনতা লাক্রবনি শুনোম্লকপনি অদুনা হীংবগী হক লৈরম্বনি। হৌজিক অতোপনা মাগীদমক সেবা তৌবা তারবনি। মাগীদমক শু-নোম্বা তারবনি। অসিগুম্বা মীগী মতেং য়াওদনা হীংবা ঙমদ্রবা পুন্সিদগী শিখিবনা ফত্তবরা? হোই শিবনা য়াম্না ফববনি। খজিক খজিক মচেৎ মচেৎ ওইনা আত্মা য়াওদ্রবা পুন্সিসি শিবদি শিররোইদনা?

মহাক্লা তপ্না অচিকপদা পদ্মাদা হায়বকই— "পদ্মা তুমিন্না ঐঙোন্দা হু কৈদৌনা পীথকত্রিবনো?"

"ৱাফমসি অদোম্না কবিগী হায়রিবনো? ডাক্তর সাহব! অদুগুম্বা ৱা হায়বা হৌনদে। "মহাক্লা থম্মোয় শোক্লা হায়রকই।

"করিগী হায়দনি? অসুম্না মীগী মতেংদা হীংবা পুন্সিসী করিবু কান্নরিবা? ঐদি হৌজিক অতোপদা পোৎলুম ওইরবনি। পুন্সিদা নাপল-লৈজবা মী অমনা অসুম্না হীংবসে খাঙবা ঙমজদে।"

"নত্তে ডাক্তর সাহব। পোৎলুম করিগী ওইগনি? অদোম্না ময়ামগী সেবা তৌরক্লীবনি। হৌজিক মখোয়না করিগী অদোমগী খুদোংথীরবসিদা লোয়নরিরোইদবগে অদোম মসিগী মরমদা চিংনবীগনু ডাক্তরবু পোৎলুম ওইরোইদৌবা মীওই কয়া লৈরি, মখোয়গীদমক্ত চাওথোকচনীংঙাইনি।"

"পদ্মা" তৌবিমল খঙবা, থম্মোয় শোক্লবা মীকৌ অমা কৌরকই। খুদোংথীরবা

মতমসিদা পদ্মানা মাগী মনাক্তা লাক্লীবসে মহাক্কী করম্বা মপোক্কী পুণ্যনো হাযনা ইতৎ তৎতনা খল্লী। মহাক্কা মরী থোইনা লৈনরুবসু নত্তে, সুশীলাগী য়ুমলোন্নবনি। মাগী য়ুমদা অমুক অনীরক অনাবা য়েংবা চৎলুই। অমুকখক অরুবা অনাবদগী মহাক্কী মমাবু কনবিখি। অসিগুম্বদি মীপুম কয়ামরুম নুপী-নুপা অনাবদগী কনবিখিবনি। মরমসি লৈবনা পদ্মাগী মীনুংশি উরুবদা হেন্না তৌবীমল খঙবা উথ্চরকই। মহাক্কা খল্লী ঙসি ফাওবা ভারতবর্ষদা নুপী জাতিগী পাথাং পুথাং চৎথরক্লীবনি, কনাগুম্বনা অবা-অনা খুদোংথীবা নংলবা মীওইনা মাগী সেবা ফংদবা লৈতে।

মখোয় অনীগী মরক্তা অথ্যাগী ওইবা মরী হেঙ্গৎলকই। অদুদগী অবাবা পুম্বা মাঙখবে। অকিবগী মশক ওইববা খুদোংথীবসিদসু মহাক মতোমতা নত্তে, মাবু হুন্দোকপিদরে খঞ্জে।

ঙাইহাক লৈরগা পদ্মাবতী চন্দ্রা অমদি ডা. বর্মাগী মরক্তা য়েৎনরকপগী খোঞ্জেল তারকই। মহাক্কা হায়রকই— "নহাক্কীসিদা লৈবগী মতম লোইকগা ঐগী য়ুমদা পুরগনি"

বর্মানা হায়রকই" মহাক ঐগী শিনফমগা মান্নবনি ঐগীসিদা থমগনি। ঐঙোন্দা পোৎলুম ওইরোই। ইবানী পুন্না প্রাক্তিস তৌগনি। ঐনা থবক তৌগনি অদুগা মানা পাউতাক পীগনি।"

"মদুনা তুংগী বানি। হৌজিক্তী মহাক ঐগীদা পুরুখিগে। মীৎতী হল্লক্ররোই অদুবু অনাবা ফবদা মতম চঙগনি মদু ফাওবদি মহাকপু থাদোক্ররোই। "মহাক্কা য়াম্না থুনা হায়বকই।

ডা. মধুসুদননা খঙখি মাগী মরমদা মখোয় অনী য়েৎনরিবনি। ডা. বর্মাগীদমকসু মহাক্কী থম্মোয়দা নুংঙাইতবা লৈতে। মহাক্কা করিগুম্বা বর্মাগীদমক্তা ফত্তবা বাফম থল্লক্তে। বর্মাদনা মঙোন্দা কল্লকচবনি। মহাক্তী লমচত্তদি ফত্তবা নৎতে, মধুসুদনগী প্রাক্তিসকী চৈফু খক্তনা মশাগী ওইবা বাখল লাকখিবনি ডাক্তরগী বদনামগীদমক মহাক্কী খুৎ চঙখিবনি অদুবু শীলানা চৎখিবদা মাগী দায়ত্ব নত্তে। বিধিগী অকনবা চৈথেংসিগী মতুংদা ডা. মধুসুদনগী তোল্লবা ফিভমসি উরুবদা মাগী লৈহৌরিবা খরাদুসু মাঙখেরে। মহাক্কী থম্মোয়দা নীংঙমদবা লাক্তুনা মদুগী প্রায়চিত তৌনবগীদমক্তা ডা. মধুসুদনগী সেবাদা পুক্লিং চিংলিবনি। মাগী পুক্লিংদা খুদোংথীবা নংলবা

ডাক্তরগীদমক্তা প্রেম অমদি মীনুংশি নত্তনা অতৈ অতাপ্পা থাখল লৈতে। মহাক অদুক য়াম্না ফত্তবা মীওই ওইবন্নবদি অমুক থাংনা কাখৎপসু ওল্লমলোই। মবমদি ডাক্তর মধুসূদনবু মাগীদা থম্নবা থাফমসু মানা থাংগৎলকপনি মীনম্বা অমদি শাজিনবা নত্তে।

অদুবু পদ্মাগী মীনুংশিগা লোযননা তক্লবকপদুদা ডা বর্মানা নোনবা তাখি। থৌদোকসিগী নুমিৎ নিপালনি মতুংদা ডা মধুসূদন মশাবু পদ্মাবতীগী অতিথি ওইনা থেংনবকই।

পদ্মাবতীনা মাগী ব্রোক্তা মতম অমদা সুশীলা বাজেশ্বরনা লৈবম্বা কাদুদা থম্মী। সুশীলানা চৎথ্রবদা মতম অয়াম্বদা হাগুদুনা লৈবকই। সুপ্পতগী চা কমপানী অমগী মেনেজর অমা থা অমগীদমক্তা লৈবম্বনি।

ডা মধুসূদন শক খঙথ্রবা মদুগী খঙলবা কাদুদা লাকপদা করম্না খল্লকই। সুকতাক তাক্তনা খঙলম্মী, মানা লৈববা কাদু সুশীলানা অবোইবা উনখিবা কাদুমক্কী হায়বা।

ডাক্তরগী মীৎ অমদি অশোকপা মফম ফববনি, মপুং ফনা ফরে। মাগী ওইথংবা শরুক্তা মৈনা চাকখিবদগী মুক মচুগুম্বা দাগ অমা লৈবে। অদুনা মশক খবদি থীহল্লে। তপ্না তপ্না অনৌবা ফিভমদুদা হৈন্ননবা হোৎনবকই। বিথি নোংদম্বদুদা মকোক নোন্দনা লাযবক থীববদুদা থৌনা ফনা খাংনবা হোৎনবকই।

পদ্মা, মমা অমদি মৌপ্পা-মনাওনুপী, মহাক্কী সেবাদা কবিগুম্বা অবাৎপা থমদে। স্কুলগী মতম নত্তনা মশাগী অয়াম্বা মতম ডাক্তরগী নাক্তা লেল্লকই। অহীংদা মৌপ্পা মহাক্কা লোযননা তুম্মী।

নোংমা নুমিদাং থাইবম অমা খঙহৌদনা ডাক্তরনা হায়বকই— "সুশীলাগী কাদু নৎত্রা পদ্মা?"

"হোই"— মহাক্না ইঙক-ঙক্না পাউখুম পীবকই। 'ঐগী ফমুংসি মাগী ফমুং থাবা মফমদুমক নৎত্রা?"

"হোই"

মবানীমক তুমিন্না লৈখ্রে। পদ্মা পুক্লিং চঙনা মাগী মায়দা য়েংলি। মসিদা মাগী থম্মোযদা কবি খল্লীবগে হাযবদু খঙনবা হোৎনবি? অদুগা হায়বকই " শীলা কদাযদা লৈবিনি পদ্মা?"

"মুম্বাইদা লৈরিনি। করিগীনো?"

"করিসু নত্তেদা চুম্না হংবনি।"

"মঙোন্দা পাউ পীগদরা?"

"নত্তেদা" পদ্মানা চিংনেরম্বদুমক চুম্লম্মী। ঙসি ফাওবা ডাক্তর নুতিগী সুশীলাগী মরমদা খল্লী। অহীং নুংথিলদা ডাক্তরগী পুক্রিংদা মাগী মরমদা খনদুনতা লৈ।

অদুগী নুমিৎ মঙানিগী মতুংদা খঙহৌদনা পদ্মানা হায়রকই— "ডা. সাহব, ওজা নুপী অমা অঙাং উনবগী ছুটি লৌখিদুনা স্কুলদা ঐগী থবক খরা চিল্লে, ঐহাক ডাক্তরগী সেবাদা মতম শাংনা লৌবা ঙমলোয়দৌরে, অদোমগী সেবাগীদমক নর্স অমা থম্বা তারে"।

"নত্তে পদ্মা, মদুগী দরকার লৈতে? হৌজিক ঐসু তপ্না তপ্না থবক খুদিংমক ইশানা তৌবা ঙম্লনি।

'এটেন্দেন্স' ওইনা নুপামচা অমা থম্মু।"

"নত্তে, ডাক্তর বর্মানা হায়রকই থা ৩ ফাওবদি অদোম য়ামনা লেঙওৎপা য়ারোই। মীৎ উদবগী হৈনবী লৈবদা মতম খরদি চঙগনি। অদু নত্তনদুনা খঙহৌদনা খুদোংথীবা থোকপা য়াবগী ওইথোকপা লৈ।"

"ব্রাফম অমদা ঐহাক য়াগনি পদ্মা?"

"করিনো?"

"ঐগী বেঙ্ক একাউন্ত পুম্বা নহাক্কী মীংদা ওল্লো। ঐগী খরাচ পুম্বা অদুদগী তৌনবা।"

"মদুগী দরকার ওইদে।"

"অদু ওইরদি নর্সগীসু দরাকর ওইদে "অসি হায়দুনা মায় লয়থোক্লুনা লৈখি।

"ফরে শাওবিরনু। অদোম্না হায়বদু তৌগনি" পদ্মানা নোক্লুনা হায়রকই— "অদোমদি অঙাংদৌনা নিঙাই তৌই।"

পদ্মানা ডাক্তরগী অঙাংগুম খঙজদবা মতৌদু উরম্বদা মিকুপ অমদা সুশীলানা করিগীদমক ডাক্তরবু অসুক নুংশিখিবা হায়বসি খঙবা ঙমখি।

ডাক্তরগী হিদাকশঙগী মোটরদু য়োল্লে। মদুদগী লিশীং নিপালী লৌশিল্লে।

মাগী অশেংবা বাব্রোলদু খঙলে। থা অহমগী মতুংদা মহাক শ্রীপুরদা মপাগী লমদা মহাক পুন্সি লেপ্লনি, মদুদা প্রাক্তিস করিমতা তৌরবোই।

নোংমা নুমিদাংবাইরম পদ্মানা হায়রকই- "হয়েংদি নর্স লাক্লনি।"

"কদায়দগীনো?" ডাক্তরনা হংলকই।

"নাগপুরদগীনি"

"কনানো?"

"ইসাই নুপীনি। মরাইবক থীরবীনি। লুপ্পাবীনি অদুগী মথক্তা ঙসি ঙরাং চহী ১৫/১৬ কী অমত্তা ঙাইজরবা, তাইফোইটনা মচানুপাদু লৈখিদরে। মরমসিনা য়াম্না বাজবীনি বাসু য়াম্না ঙাওদে।"

"ওঃ" ডাক্তরগী থম্মোয়দা মীনুংশিনা থুমহৎলকই "মসিগী মাগী মরমদা হাযজবতনি। ডাক্তরগী থবক্তী নীংথিনা তৌগনি। ঐনা থাজবা লৈ। ঐগী নাগপুবদা লৈবী ইন্দোমচানা য়েংদুনা লেপ্লকপনি। অদোমসু বা য়ামনা ঙাওবীরুগনু, মাগী অবাবসি নৌরিবসিনা বাফম খুদিংদা পি নৌই।"

"নত্তে পদ্মা! ঐনা করিগী অতোপ্পগী অবাবা হেঙ্গৎনবা মবম ওইরুনি। অদুবু অদুগুম্বী নর্স থম্বগী মহুৎ থমদবনা ফরোইদ্রা? মানা ঐগী সেবা তৌবগী মগুত্তা ঐনা মাগী সেবা তৌবা তাদনবা।"

"নত্তে অদুম্না করিসু তৌরোই। বাফমসি ঐনা মাগী লিচৎকীদমক্তা হাযজবনি।"

পদ্মাগী বাঙাঙনা মবম ওইদুনা হান্নদগী নর্সগীদমক মহাক্কী থম্মোযদা মীনুংশি ফাওবকই মরমসিনা মহাক লাকপা য়াম্না থৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবকই।

# মীৎতাংবগী চৈশু

"নর্স লাক্লে, ডাক্তর" পদ্মানা কাদা লাক্কুনা হায়রকই। ডাক্তর নাকোংনা তাখি পদ্মানা নুপী অমসু লাকই, মহাক পদ্মাদগী খরা নোই চাওই।

মিৎতাংখিবদগী বাখল য়াম্না শীংই, বা অয়াম্বা ভাবনা খঙবা ৬ম্রে।

"করি কৌবগে?"

"ডোরা, অদুবু নর্স হেক্তা কৌবিয়ু"— পদ্মানা হায়রকই। ডাক্তর নর্সকী খোঞ্জেন তানীংলকই। অদুবু করিসু হায়দরে।

পদ্মা নর্সতা বাফম খুদিং হিদাক, ঈশিং, ফিরোলনচিংবা তাক্লকই। ইরু মাইথজনবা, অতোপ্পা মফম তাক্লে। ডাক্তর তুমিন্না তারম্মী। পূন্নমক তাক-খোৎলবা মতুংদা পদ্মা চৎখ্রে। কাদা ডাক্তর অমদি নর্সতমক ঙাইহৌরে।

"নর্স" মহাক্না কৌরকই।

"য়েস প্লীজ" তপ্পা খোঞ্জেন লাকই।

ডাক্তর খংই খোঞ্জেন্দা খঙখিবগুম তৌই। মথং মিকুপ্তা মহাক্না খল্লী নত্তে মসি মীনম্বনি।

"নহাক লাক্লে, য়াম্না ফরে"

"নর্স তুমিন্ন লৈ। মহাক্কী বাখলবু নমথনবা হোৎনরিবনি।

"ঐনা নহাক্কী অবাবগী বারী তারে ঐহাক য়াম্না ঋাই, নঙনা বিধিগী মীনুংশি লৈত্রবা চৈথেং খাঙবা তারিবা? ঐহাক নঙগীদমক করিসু তৌবা ঙমদে অদুবু থাজৌ ঐগী থম্মোয়না নঙগীদমক হকশিন্না বাই।"

ডাক্তরনা হন্দমুকসু নুংশা খর শাংনা হোনবা তারকই।

"নহাক নাগপুরদগী লাকপা নৎত্রা? বীমেন হোসপিতান্দা লৈরম্বা নৎত্রা? মফমদুদা নুংঙাইরমগনি।"

"ঙাকপিযু ডাক্তর, ঐহাক ৱাবী শাবগী পুক্লিং লৈজদে ঐগী অবাবগী চাং হন্থদ্রিমখৈ তুমিন্না লৈজখিগে।" মহাক্না অঙ্গেন্জীদা হায়বকই।

অমুকসু ডাক্তরনা খংই মাগী খোঞ্জেলদো খঙখিবগুম তৌই। মসি পুন্নমক ৱাখলনি মহাকনা সুপ্না হায়রকই— "সোরী, খঙলে হৌজিক অদোম্বু ৱাহনজববোই।"

নর্সকী নুংশা খর মপী হোনবগী খোঞ্জেল তাবকই মতুংদা কাদুদা শান্তি ওইবকই। ডাক্তর থবক্কী ৱাহে অমা/অনী নত্তনা ঈশিং রুমান। অতোপ্পা ৱাহে অমত্তা ঙাঙখিদরে। তুমিন্না ফমুংদা হিগুনা লৈ। মহাক্কী থবক ফজনা চংথরি। পোৎ খুদিংমক মতম চানা ফংই। হিদাক তৈবা চাক চাবা ঈশিং থকপা পুন্নমক ঘডীগী মতুংইন্না ৱা ঙাঙনদনা তুমিন্না চংলি। ডাক্তরনা নর্স লৈবদগী অঙকপা মওংগী নুংঙাইবা ফাওই।

কা মনুংদা ডাক্তরনা নুপী অনী ৱারী শাবা তাবকই!! কনানো?"

"ঐ পদ্মানি।" পদ্মানা হায়রকই।

"নহাক কনাগা ৱারী শারিবনো?

"নর্সকা"

"তপ্পা করিগী ঙাঙনরিবনো? ঐ তুমদে।"

নর্স মনুংদা চঙখ্রে। ডাক্তরনা পদ্মাদা তপ্পা হায়বকই

"নর্সসি নঙগা হান্না খঙনবা মাল্লি।"

"হোই ইন্দোম্না মাবু মূনা খঙই।"

"অদুন্না" খরা খল্লগা তুমিন্না লৈখি।

অহীংদা তুমদ্রিঙেদা নর্সনা মিৎকী বেন্দেজ শিল্লী, মাগী খুৎনা ডাক্তরগী খুৎতা শোকখি। ডাক্তরগী হকচাং পুম্বা নিকখি। মসি করিগীনো? হায়না মহাক ঙকখি। মসিগী মমাঙদা পদ্মানা কয়ারক হন্না বেন্দেজ হোংই। মাগী শিনফমদসু নুপী কয়ামরুম শোকনৈ অসুন্না করিগুম্বদা খোক্তে, মসি করিগীনো?

খঙহৌদনা অহীংদা মিকপ থোকপদা মধুসুদন্না মাগী ফমুং ময়াদা কনানো অমা লেপ্তুনা লৈবা থেংনৈ মহাক্না নিক্রুবা খরনা হায়রকই "কনানো? নর্স"

"হুঃ"

"নহাক হৌজিক ফাওবা তুমদ্রিবরা? চৎলো তুম্মুরো। হৌজিক ঐহাক করিগুম্বা

পোৎ অমত্তগী দরকার ওইদরে, পূং কয়া তারে?"

"তরানিথোই"

"চৎলো তুম্মুরো।"

"নর্স থংনবা কাদা চঙখিবগী মখোল তারকই। মিনিট তরামঙাগী মনুংদা মনাক্কী পুলিস ষ্টেসন্দা কাংসী য়েরকই টন টন ২।

ডাক্তর য়ামনা ঙকখি। নর্সনা মতম লান্না করিগী তাক্লীবনো? মহাক পুং ৪ চূপ্পা ফমুং ময়াদা লেপ্লীবরা? কৌদুনা হংনীংলকই তৌইগুম্বসুং মহাক ফমুংদা হিপ্থখিবগী মখোল তারকই মরমদুনা মাবু অবাবা পীবা চুমদে খন্দুনা তুমিন্না লৈরে অদুবু খাখলদি ইংদে।

ঙসি নুমিৎ চূপ্পা সুশীলাগী নীংশিংলনা খাহল্লী নর্সকী মখোন ইহান হান্না তারুবদগী মহাক্কী নীংশিংবসি হৌরকখিবনি। অহীংদা মখূৎ শোকপদা অমুক্তা হেন্না চেকশিল্লকই। নর্সনা মহাক্কী ফমুং মনাক্তা লেপ্তুনা অহীং লেনবা পূম্বা অঙকপা ফাওই। খাফমসিনা মাগী থম্মোয়দা অকনবা আন্দলোন তৌবি। মখোনসু সুশীলাগুম্মী। অদুসু নুপী অনীগী খোন মান্নবা য়াই খল্লী। সুশীলা মফমসিদা করিগী লাক্কনি? মহাক্কী চৎখ্রবনি মাগী পুন্সিদগী মতম পূম্বাগী ওইনা।

মহাক পুং ১ গী মতুংদা তুম্নীংলকই অদুবু মঙসু সুশীলাগী মরমদা মঙই, মঙদা উরকই নোংমৈ মরু পোকখাইরে মদুদগী মায়কৈ পূম্বা মমখি। অদুবু মানা উখি আতিয়াদগী থবাম্বিচাক অমা কুমথরকই। নকশিল্লক্লগা নুপী অমা ওইরকই। মহাক্লা মাগী মশক য়েংলুবদা খঙলে হৌনা কৌরকই"— শীলা"

মশানা কৌবদু তাবদা মিকপ থোক্লে। মানা তাই থংনবা কাদা খংনা হৌগৎখি অদুগা থুনা মধুসুদনগী নাক্তা লাক্তুনা লৈপ্লে।

ডাক্তরনা মঙক হাইগক্তুনা হংলকই— "কনানো" শীলারা?

"নর্স মহাক্লা তপ্না হায়রকই।

"হু" নীংবা কায়না ডাক্তরনা মোন্দাকোক ঙাথখি

"সোরী" মঙ মঙবনি।

নর্সনা ঈশিং গিলাস অমা পুরক্তুনা পিথকই। অদুগা তুম্বা চঙখরে। মথং নুমিত্তা

পদ্মা লাকপদা তাঞ্জা ফংদুনা ডাক্তবনা হ্না হংলকই— 'পদ্মা। নর্সসি শীলাগা মান্নববা?"

"হোই খব খবা"

"কুচু কমদৌই"

"কুবুদি মহাক সুশীলাদগী ভৌই।"

"ও" মচিন্দগী নীংবা কাযবগী খোন্থোক তাবকই। ভাইহাক লৈবগা "মাগী খজাইদা অমুবা সম্নু থুংববা?"

"নুপী খুদিংগী মায়দা শম্নু থুংদে।

"পদ্মা" মাগী খোন্দী শীলাগা মান্নে।"

"খবদনি খোঞ্জেল অমা নুপী অনীগী ওইবা যাদববা? নুপীশিংগী পুন্সিদা খুদোং থীববশিংগী খোঞ্জেল অসুন্না লূম্মী।"

"হোই ওইবা য়াই" মসি হাযবন্নগা ৱাখল তৌবকই পদ্মা মাগী মায়খোঙদা যেংই— মাগী থম্মোয়দা অকনবা লান থেংনবি।

"পদ্মা"— অমুক কৌবকই।

"কবিনো?"

"শীলা কদাযদা লৈবমগনি?"

"হাযখিবদুনি, মুম্বাইদা লৈবমগনি"

"কবম খঙবগে? মুম্বাইদা লৈবমগনি, লৈফম খঙববা?"

"মুম্বাইদগী লাকপনি, মবমদুনা মদুদা চঙলমগনি। ঐনা মাগী লৈফম কবিদৌনা খঙলুগনি। খঙগদবদি অদোম্নী"

"নত্তে ঐসু খঙদে।"

মবানীমক তুমিন্না লৈবে। ভাইহাক লৈবগা ডাক্তবনা হংলকই— "কবিগুম্বদা খনবা গুম্ববা? শীলা মবম অমগীদমক মফমসিদা লাক্রম্বা য়াই?"

"কৈদৌঙে"

"হৌজিক"

"হৌজিক কৈদৌবা লাক্কনি? লাক্লবদি অদোমগা উনরোইদরা? ঐগসু উনরোইদবা?"

"ঐবুদি তশেংনা শাওদুনা চৎখ্রবনি" য়াম্না নীংবা কাম্ননীংঙাই ওইনা হায়বকই "নঙগদি শোয়দনা উনগনি। নঙ নত্তনা মফমসিদা মাগী কনাসু লৈতে।"

"করিগীনো? মাবু কৌবা পাম্বরা?"

"নত্তে, নত্তে" মহাক্না থুনমক হায়রকই। ৱাহংসি চুন্না হংলক্কনি খল্লুদবনি। "মহাক্তী মশানা চৎখিবনি। অমুক হন্না করম্না কৌরক্গনি।"

পদ্মাবতী করিসু হায়দে। ঙাইহাক লৈরগা "স্কুলগী মতম য়ৌরে" হায়দুনা চৎখি। মধুদন ফক্লাংলোমদা ওন্দুনা হিপ্লী। মাগী থম্মোয়দা মথুম মরাং হৌই। নর্সকী মরমদা খলবা য়াবা মখৈ খল্লী। মহাক্না নর্সতো সুশীলাগুম খল্লী। শীলা নৎত্রবসু মাগী খোঞ্জেল ব্যবহার খুৎশোক খুদিংমক্না মাগী নীংশিংববু য়াকাইহল্লকই। খুদম্না শীলাগীনি মগুণদি ডোরা নর্সকীনি। শীলাদি মুম্বাইদা লৈরমগনি, করম লাক্কনি, মহাক মশানা চৎখিবনি মহাক্কী লৈফম থোকপা মওং মতৌ ঐগী নাক্তা লৈবা য়াদে। মহাক্তী করিগী অমুক হল্লক্কনি? নত্তে মহাক শীলাদি ওইবা য়াদে। পদ্মনা শোয়দনা তাক্কনি করিগী মীনম্লগনি?

তৌইগুম্বসু মহাক মতমসিদা ইনাক্তা লৈরবদি? ওঃ ... কয়াদ ফগবা। মিংচৎ মাংলবা, মীৎয়েং মাংলবসিদা মচেৎ তানা কায়রবা পুন্সিসিবুসু লোইশিনবীগনি। ইবানি শুক্লা মল্লবা অহীংসিদসু পূর্ণিমা থাজগী মঙালগী আশা তৌজগনি।

ফজরবা কলপ্নাগী মঙলান য়েংলবসু ইশাগী পুন্সিবু হেন্না ৱাহল্লী। ফংবা ঙম্লরোইদবা ফংদ্রবা পোৎতুবু ফংনীংবগী অপাম্বদুমক অপঙবনি। মায়া মরিচিকাগী তুংদা চেনবগা মাম্লনা অরেম্বনি। মাগী নুংশিবদা মপান নাইদনা নীংবা কায়বা নত্তনা করিসু লৈতে।

নত্তে, ৱাখলসিমক থাদোক্কদবনি। থাদোক্কদবনি হায়বদি ৱাখলদু মাংখিদে। অঙকপদি অসিনি, কাউরগে খনবদুনা হেন্না নীংশিংহল্লী। অসুক্কী মতিক হোৎনরিমখৈ মধুসুদন শীলাবু কাউবা ঙমদে।

"নর্স" মহাক্না কৌরকই— "ইংলকই, লিৎনবা পীয়ু"

নর্সনা উপুদগী উনগী কোট, মফম্লর পীরে।

"নত্তে ঙসিদি মসি পামদে, শউনগী বোকস লৈবদুদা পেক্কীংদা অঙৌবা উনগী স্বেটর লৈবনি মদুদা চাকলেট মচুগী বোর্দর য়াওবদু পুরকউ।"

নর্সনা উপু হাংদোক্লুনা পেক্কীং লৌথোরকই।

"য়েংউ নর্স। মদুদা প্রজেন্টেসন কার্ড লৈবনি অদু অমদি রেশমগী ডোরীদো য়াম্না চেকশিন্না থম্মু, মথক্কী পেক্কীংদুসু। ডোরী কক্নু, কিশিদো খুৎনা তপ্না লৌথোকউ।

নর্সনা স্বেটর মখূৎতা পীরে। মধুসুদন্না য়াম্না কুইনা মখূৎনা লৌরগা মথবাক্তা কোনশিল্লী তুমিন্না হিপ্তুনা লৈরে। মদুগী মরমদা খোইথুম্নরবা নীংশিংবশিংগী খজানা হাংদোক্লীবয়া খঙদে?

স্বেটরদু ওহ্যোকই অদুগা খুৎশানা উৎতুনা নর্সতা তাকই— "মসিদা S ইবরা?"

"হোই"

"স্বেটরসি শীলানা লোনবনি"— মহাক্না নর্সলোমদা ওনশিন্দুনা চাওথোক্না হায়রকই।

নর্স করিসু হায়দে।

ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই— "লৌরো মসি লিৎপিয়ু" নর্স নকশিল্লকই মধুসুদন খঙই মাগী নুংশা শ্বরগী অশাবদু অমুক্তা হন্না লূমশিল্লকই। মাগী বাখলদো খঙগ্রে হাযবগুম নিংই। মতমদুদা স্বেটর লিৎশিল্লীঙেদা নোংজুগী অহীংদু বু নীংশিংলকই। বঙ্গলোদা অসুম তৌনা মহাকপু শীলানা ফি হোংহনখিবনি। ঙসিসু শক খঙনবা মখূৎকী মমতা অদুগুম থাজবদু ফাওরকই।

ডাক্তরগী হকচাংদো চেঙখৈবগুম নিক্লকই। নর্সনা ডাক্তরগী মঙক্তা স্বেটর হকচিনবদা মাগী নুংশা শ্বরদু মধুসুদনগী মনাতোন্দা থেংই। মহাক নিকখি। অঙাওবগী মতৌগুম মাগী মখূত্তু পায়দুনা লাউরকই— "শীলা, শীলা"

নর্স করিসু হায়দে। খূৎ নাম্থোক্লবা হোৎনৈ।

মধুসুদনগী লায়বক্তা অশাবা পীরাংগী মরিক অনীদং তপ তপ তারকই।

"নর্স নহাক শীলা নৎত্রেনে" মহাক্না লাংতক্লবা অমদি থশ্মোয়গী ঈহৌদা হংলকই।

"নো ডাক্তর" মহাক্না তপ্না মশাবু নাম্থোকচদুনা হায়রকই।

"নহাক করিগী কপ্পীবনো?"

"ঐহাক ইচা নুপাবু নীংশিংলকই। মতৌ অসুম্না ঐনা মাবু ফি শেৎপীবনি।"

মহাক্না থম্মোয় শোক্না অঙ্গ্রেজীদা হায়রকই,

"ওঃ I am sorry Nurse" ঐবু ঙাকপয়ি ৱাখলদা লুপ্পুরে— মহাক্না থুনমক মঙক নোম্বরকই। মীৎ উইশিল্লীবদুদগী পিরাং ইফুৎ ইহৌরকই। নর্স থুনা মাগী কাদা চৎখিবা তারকই।

# খাঙমদবা লীলা

ডা বর্মা মোটব তোংদুনা লাকই। মধুসুদনবু য়েংনবা মাগী হিদাক শঙদা পুখি। নর্স চৎতে। হায়বকই— মবকসিদা কা অমদি ফমুং ফানুং শেমজিন্দুনা থমগে।" পদ্মাগী মৌপ্পা লোয়নখিবনি।

মোটব চৎখিবগা পদ্মা মধুসুদনগী কাদা লাকই মাবু উবদা নর্সনা হায়বকই— "হৌজিক লীলাসি ঐ শান্নবা ঙম্লবোই। মাগী পুক্লিং লাংতক্লবা অমদি অৱার্বসি যেংবা ঙমদে।"

"নুমিৎ হুমনিদা মিপাইরে ইচে শীলা?" থবকসি খবা লুই হায়বসি হান্না হায়ত্রবদুনি। ফবে নহাক্কী কবি মোত লৈবগে?"

"মহাক তশেংনা চীংনৈ। ঐনা চৎখিবদু অশেংবা অমদি অচুম্বনি খল্লী মবমসিনা ঐ লৈবদু ওইবা যাবা, খঙলবসু থাজবা ঙমদে ঐসিমক শীলানি হায়বা।"

"মহাক্কী থম্মোযগী ফিভম কবম তৌই"

"তশেংনা অৱাবা অমদি লুনা লৈ। মহাক ঐবু তশেংনা কাউদে। কাউবসু ঙম্লবোই ৱাহে খুদিং ঐবু নীংশিংই। ঐ শীলা নত্তে হায়বা খঙলবসু নীংবা কাযবকই। মসিনা অমাংবসু ওইবা যাই। মাগী তোম্থবা অমদি তৌফম খঙদবা মতৌদু উবগা থম্মোয কাযখিগদৌবে, পদ্মা"

"অদুদি নঙনা যেংবা পাম্বীবদু ফংলেদনা?"

"হোই পদ্মা। মানা ঐবু থম্মোযদগী তাম্লোক্তে হায়বা খঙলে। অদুতা নত্তনা মাগী থম্মোয়দা ঐগী মমি হকচিন্না তাখ্রে।"

"ইচে, হৌজিক নহাক্কী কবি ৱাখল লৈবগে?"

"হৌজিক মাগী মমাঙদা অশেংবদু উৎথোক্তুনা ঐসে মাগী ওইদুনা লৈবগনি হায়বসি থাজহনবা পাম্লে।"

"ইচে বা অমা হায়গে ঙাকপিগনি করিগুম্বদা প্রেম নত্তবা মাগী তোম্বুবা মতৌদা মীনুংশি পোক্লকপদি নত্তেকো? মীনুংশিদি নাপল চাওবা নিপানা পামজরোই। মসিদা নঙসু অশেংবা নুংঙাইবা ফংলোই।"

"ঐ খঙলে পদ্মা। ইশাগী ৱাখল চপ-চানা খঙই।

ঙসি মাগী ফিভম উরগা কনাসু মাগী নাক্তা লৈবা পাম্লোই। সংসাবদা মাবু থাদোক্কনি তৌইগুম্বসুং ঐনা থাদোক্লোই। মঙোন্দা ঐগী দরকার ওইরে, পুন্সি চুপ্না লৈরগনি।"

"অদুদি মাগী দরকার ওইবগী মতুংইন্না মাবু লৌশিনগদৌরিবরা?"

"নত্তে পদ্মা! দরকারদি ঐ ইশাগীসুনি। মুম্বাইদা চৎলগা ঐনা উরে মা য়াওদনা হীংদুনা লৈবা ঙমদে। অনীরকতি আখ্রাঘাট তৌনবা ৱাখল লাকখি। অদুবু ইমাগী খল্লগা তৌবা ঙমদ্রে। খুদোংথীবসিদি শাপ ওইনা ববগুম্বনি। নঙগী চিঠি ফংবগা বারেপ লৌবদা মিনিট অনীফাও চঙদে। ঐগী মফমসু মাগী মনাক্তনি মতম পুম্বাদা লৈরগনি, চিংনবদি ঐনা য়াদ্রবা তুংদা মাগী থম্মোয়দা শাওনীংলমগদরা? অদুবু শাওনীংবদি লাইরদুনা হেন্না খোইথুন্ননা, হেন্না নকশিন্না নীংলম্বনি হৌজিক অতে অমা পামজদরে।

"চুম্না খল্লু ইচে" পদ্মানা লংনবা মীৎয়েংদা নোক্ননীংবদু থিংলদুনা হায়রকই' "মতৌ অসুম্না মীৎতাংবা, মশকথীরবা, লাইরববা মীগা লোযননা পুন্সি পুন্সিনবা অরাযবা নত্তে।"

"চৎথোকউ, ফাগি নত্তে, ঐগুম্বী হনুবীদি লাইরদনা নঙগুম্বী লৈশাবী ফাও অসিগুম্বা নুপাগী থম্মোয় উরগা মশাবু কৎথোক ওইদবা লৈতে"— সুশীলানা মাগী মখজাই শিক্লদুনা হায়রকই। মরূপ অনীমক অসুম্না নোকপসিদসু শীলানা পদ্মাগী মিৎলু ঈহৌরকপা উখি।

পদ্মা ঙকখি। সুশীলানা মাগী অরোনবদু করম্না খঙখ্রিবনো? ৱাফমদো চিন্না ফোঙদোকপদি লাইরদুনা মাগী পূক্লিংদা খনবা ফাও পামখিদে। অদুবু সুশীলানা ঙসি মাগী থম্মোয় নুংগী ওইবা ৱাফমলোমদা ইঙ্গিৎ তৌরকলিবা?

মরমদি মাসু নুংশিবা ফংদ্রবী নুপীনি। মীনুংশিগী ইখৌ লাংলীবনি। অতোপ্পা

নুপীগী অশেংবা থম্মোয়বু মাতনি খগুবা গুন্নীবা।

মবকসিদা ডাক্তব বর্মাগী মোটর মখোল তাবকই। পদ্মা মমায় ফিজিনা খুমজিন্দুনা থুনা য়াংনা চৎখি।

# অপুন্বা মীওই

হিদাকশঙদা হন্নকপগা সুশীলানা পীজ পীথক তৌরগা তুমহল্লে। মহাকসু তুম্নীংলক্লুনা মাগী কাদা চঙদুনা হিপ্লুই। মাগী মীৎমাঙদা হৌখিবা থা খরাগী মমাঙগী থৌদোকশিং নীংশিংলকই মধুসুদনগী লুহোংবগী ঋাহৌদু য়াবা ঙমখিদে মরমদি মানা খল্লী মঙোন্দগী হেন্না মতিক চাবী ফজবী লৈশাবী অমগী নুংশিবা ফংবা ঙমগনি। য়াখিদবদুগী মতুংদা খাঙমদবা হৱা নুংশিৎনা অনীমক্কী মরক্তা হৌগৎলকই। অদুগা অনীমক্কীসু মরক্তা তোকঙা শন্দোক্লকখি। মদুদগী নাম্বোক্লবা হায়দুনা মুম্বাইদা থবক থাদোক্লুনা চৎখিবনি।

তৌইগুম্বসুং মফমদুদা করিগুম্বা থবক অমতদা পূক্লিং চঙবা ঙমদে। পারসী ডাক্তর অমগী নর্সিং হোমদা থবক্তি ফংই। চাবা থকপগী চিন্তাদি লৈতে। পুন্সি নুংঙাইবসি মসি খক্তগী মখা পোনবদি নত্তে। মাগী মনাক্তা নুংঙাইনা লৈবদু মশানা থাদোক্তনা চৎশ্রবনি। মশানা মাঙহনজবনি। মদুগীদমক মহাক কযারক হন্না পূক্লিং পেন্না কপচখি। মতৌ করন্না অমুক হন্না মাগী মনাক্তা লাক্লনি।

পদ্মাগা অবোইবা ওইনা শান্নখিবা ঋারী কাযরক হন্না নীংশিংলকই। কবিগুম্বাদা মানা য়ান্না লান্না চৎখিবরা? মতম হৌখিবগা লোয়ননা মাগী থম্মোয় মথুম মরাং হৌরকই। ঈশ্বরদা তত্তনা হায়জে, পুন্সিপু পুন্সিল্লীবা ঋাখলসি শেংদোকপিনবা অমদি অচুম্বা লম্বী তাকপিনবা।

নীংবা কায়রক্লবা মতমদা খল্লকই— পুন্সিসিমক মীনম্বনি। মসিবু করিগী লোইশিন্দনীংঙাই ওইবগে?

মরকসিদা পদ্মাগী চিঠি ফংই। ডা. মধুসুদনগী থৌদোক্লুগী অকিবা ফংনা বর্ণন তৌই। ডাক্তরনা অমুক/অনীরক সুশীলাবু নীংশিংলকই।

বস, মসিনা মাগীদি মতিক চারবনি। থুনমক ডা. মধুসুদনগী অনাবা ফমুং নাক্তা

চৎনবা ৱাবেপ লৌই। অদুগা পম্মাদা চিঠি ইবকই।

মাগী পূক্লিংদা চিংনবা অমা লৈবি মদু কোক্লবা হোৎন্নীংই। ডা মধুসুদনগী থম্মোযদা মাগী ৱাখল হোংলববা হোংদববা? হান্নগুম লৈববদি মাগী লম্বী অবেপ্পনি। পুন্সি চুপ্পা মাগা লোযননা লৈবগনি। মাগী ফিভম ফত্রবদুদা, লাববববা, মীৎতাংলবসিগা কন্নানসু মহাক্কা লুহোংনীংলবোই। অদুগুম্বা লাক্লবসু ডাক্তরনা মাগী পুন্সি মাঙহনবা পামলোই। মহাক ডাক্তবগী পূক্লিং খঙই।

মবমসিনা মাগী মফমদী ডাক্তবগী মনাক্তনি মহাক ডা মধুসুদনদা মপূং ফানা কৎথোকপদা চিংনবা লৈতে। ডাক্তবগী ফজববা হকচাং মিংচৎ অমদি লন থুমদা মিহৌবা লৈতে। মানা পামজবদি অম্মাগী মপান নাইদবা ফজবা, চাংদমনিংঙাই লৈতবদুতবু পামজক্কবনি, নুংশিজরুবনি। মদুদি খুদোংথীববা ফিভম, শোকপনা অমাঙ অতা থোকহনবা ঙমদে। মানা মসি মপূং ফানা থাজে। মবানিগী মবক্তা মান্নদবগী পল লৈবম্বদু মাংখবে। হৌজিক মবানী পুনশিল্লবদি অশেংবা স্বর্গগী নুংঙাইবা, অচুম্বা মবী ওইগনি। অশেংবা প্রেমদা নুংঙাইবদু সংসাবগী মফম কদায়দবু ফংগদগে?

মহাক ৱাবেপ লৌবা মতম চঙদে। ডাক্তবনা মপান ফবিঙেদা মাগী নুংশিববু নিখিবদুদা মাগী থম্মোযগী চাংদমনীংঙাই লৈতনা ফজবদু উৎত্রবনি। ঙসি মাগী মতম ফত্রবসিদা মহাক ডাক্তবদা (নুংশি) ভিক্ষা নীগনি। ঙসি ডাক্তবগী ৱাখলদুমক হীংদুনা লৈববদি মবম অমত্তনা মাবু খাম্বা ঙমলোই। মশানা লেপচবা লম্বীদা শোয়দনা চৎলগনি।

ৱাফমসি খঙনবা হায়দুনা নাটক তৌবম্বনি। ডোবা কৌবী খ্রিস্টান নর্সগী মশক লৌদুনা ষ্টেজদা কুল্লকপনি মশাগী খোঞ্জেন ওন্নবা হোৎনৈ, মদুদা মহৈ য়ানদে। পম্মা লীলাসিদা মতেং পাংবীনি। নুমিৎ হুমনিদগী হেন্না লীলাসি চৎথবা ঙমদে। ৱাফমদুগী অশেংবা খঙনিংবদু মপূং ফানা খঙজবে। হৌজিক মহাক মশাগী অশেংবা মশক ডাক্তবগী মাঙদা উৎপা পাম্মী। ডা মধুসুদনগী কিনিংঙাই ওইবা শোকচিল্লবা ফিভম য়েংবা ঙমদবে।

অদুবু ডাক্তবদি অৱাবসিদা ৱাখল চঙদে। পূক্লিংগী অৱাবসু ঙমখৈ লৈতে। শীলাগী ৱাখল মাগী তুখোঙ খুদিংদা শন্দোকখ্রি। ডোবা কৌবী নর্সসু অসিগুম্বা শন্দোকখ্রিবা ৱাখলদুবু মপূং ফাহনবদা মথৌ ওইবি। অশেংবদি মহাক শীলা নত্তে শীলা মঙোন্দগী

থাগ্না মুম্বাই নৎত্রগা কর্নাটকাদা শাওদুনা চৎখ্রে।

মহাকসি শীলা ওইরবদি কায়া লাইবক ফগবা? মহাক শীলাগুম তৌই, শীলাদি নত্তে। কয়ারক হন্না ডাক্তরনা ঈশ্বরদা খুরুমজে মিনিট অমখক্তং ওইরবুস মাগী মমিৎ পীনবীয়ু মদুনা মহাকসি শীলানি নত্তে য়েংজনবা।

শীলা শীলা শীলা!

মাগী বাখল মাগী পূজা করিগুম্বদা লায়বক থীরবা মতমসিদসু মাবু লাক্লবদি লায়বক ফবা ওইরগনি?

নুমিৎ চুপ্পা অহীং চপ্পা হীংলিবা মতম পুম্বা মাগী বাখলদা অসুন্না তাণ্ডব জগোয়গুম শারি। স্বেটরগী মরী লৈনবা থৌদোক্তুগী মতুংদদি মাগী ফিভম য়াম্না থোৎলি অমুকসু কনশিল্লী।

বাখল য়াম্না খলবনা অহীং চাক চারবা মতুংদা তুম্নবা শেম শারবসু পুংমুক তুম্বা য়াদে। মিনিট মঙা খুদিং য়াওনলি। মচিন্দা নুংশা মপী হোলকই। পুং ১১ অহীংদা কৌরকই" "নর্স কোক চিকই। তৈনবা লৈবরা?"

সুশীলা অমৃতজ্ঞানগী লিক্রী পুদুনা ফমুংদা মধুসুদনগী মকোক মাদা ফম্লুই। মকোক্তা তপ্না তপ্না তৈরকই।

"নর্স নঙ ঐনা মরম ওইদুনা য়াম্না বারে। ঐনা করম্বা বাহৈনা হায়গনি— ঐহাক কয়াদা নুংঙাইজরিবা?"

"Don't worry" হায়দুনা সুশীলানা মাগী মকোক্তু মতম্বাক্তা থাঙ্গৎলি অদুগা তপ্না তপ্না নম্বীরকই।

ডাক্তরনা হায়নীংঙই লৈতনা নুংঙাইজদুনা মকোক্তু মাগী তম্বাক্তা মোনখাংনরকই।

"নর্স নহাক্কী মমতাবু উক্লরগা শীলাবু নীংশিংলকই। খঙবরা? শীলা কনানো? মহাক ঐগী নর্স ওইরম্মী। নর্সতা নত্তনা পুম্নমকনি, অদুবু মাদি চৎখরে।"

"কদায়দা"— সুশীলানা হংলকই।

ডাক্তর খংই। মিকুপ অমদি উইশিল্লবা মমিত্তু সুশীলারোমদা ওনশিল্লকই— "নর্স নঙগী খোঞ্জেল মাগীগুম্মী অদুগা..."

"অদুগা করি?"

"অদুগা বাহে, ব্যবহার, মীনুংশি, মমতা।"

"অদুগা মহাক করিগী চৎথ্রিবনো?"

"ঐনা মাগী নুংশি ভিক্ষা নীরুবনি। মদু মনা পীবা ঙমদে। মরমদুনা...।"

"অদোম হৌজিকসু মাবু নুংশিরিবরা?"

"ঐগী নুংশিবদি ময়েং তাদে।"

"হৌজিক লাক্লবদি মাবু লৌশিনবীগদরা?"

"মহাক করিগী লাকনি?

"লাকলে খনবীয়ু মতমদুদা?"

"অদুগুম্বা লাইবক্তো ঐগী কদায়দনো? ঙসি মহাক লাক্লবদি অবাবা পূম্বা, লাইবক থীবসিসু মিনিট অমদা কাউগনি। মানা মরম ওইদুনা ঐগী পুন্সি নুংঙাইবনা মপান নাইররোই, মদুদি আশাগী ওন্নবনি।" মহাক্না নুংশা শোর মপী শাংনা হোল্লী।

ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই— "নর্স নঙ খঙদে, মাগী থম্মোয় কয়াম চাওই, থোৎলি। নুপীরক্তা রত্ননি। সংসারনা মাগী মমল খঙবিদে। লায়বক থীবীদো, য়াম্না বাজরবনি। ঐনা মাবু নুংঙাইবা খরাদং পীবা ঙম্নবদি নুংঙাইজগনি। ঈশ্বরনসু মদু য়াবিদে।" অমুক নুংশা শোর মপী হোল্লী।

বাখলনা থুমহৎলক্কুনা তুমিন্ন লৈখি। ঙাইহাক লৈরগা হায়রকই— "নর্স মহাক ঐঙোন্দগী কয়াম মগুণ হেল্লী, পুকচেল চাওই, ঐনা মাঙোন্দা মমা অমগী মূর্ত্তিগুম উই। মা খক্তনি ঐগী মরূপ, নুংশিবী, ইমা ওইবীবা ঙমগদবা অসিগুম্বী লোয়নবী ফংনবগীদমক মপোক্কী তুংশিন্নবা পুণ্যা দরকার ওই। ঐগুম্বা মীওইগী লাইবক্তা তন্নমদে।"

মধুসুদননা খল্লকই— নুপীদুগী তম্বাক্তা কোকমোন খাংনরিবদু মশা পূম্বা নিক্রকই। মথং মিকুপ্তা নর্স মাগী মকোক্তু মথানুংদো চেৎনা কোনশিল্লকই। খঙহৌদনা মাগী লাইবক্তা অশাবা পিরাং তপ-তপ তারকই। মদুগী অশাবদুনা মশা পূম্বা বিজলীগুম ফাওরকই। অদুদগী হীক-হীক কপ্লা খাংবগী পোকখয়রকপা খোঞ্জেল তারকই।

"নর্স করি তৌরে নঙবু"

ডা। মধুসুদনগী নাকোংদা কপ্লীবা খৌনাওদগী য়ামনা নুংশিরবা মীকৌ অমা তারকই "মধুসুদন"

"কনানো শীলা?" মহাক্না মিপাইনা হংলকই।

"হোই ঐনি।"

"নহাক? শীলা! অশেংবা নহাক্না? তশেংনা হায়য়ু ঐদি মীৎ তাংলবনি, মরমদুনা ঐবু মীনমগনু? অশেংবদু হায়য়ু?"

"হোই, মধু অশেংবা হায়রবনি, ঐ শীলানি।" মহাক্না ডাক্তববু মপাম্বোম অনীনা কন্না কোনশিন্দুনা থম্মোয় ইহৌবা লোয়ননা চুপ্লকই।

"শীলা ঐগী শীলা হে ঈশ্বর"

মসি হায়রদুনা মানসু কোল্লকই। অতৎ অথম লৈতনা থম্মোয় ইহৌনা ইচেন নাইনা চেম্বরকই। মখা করিসু হায়বা ঙমদরে।

শীলাসু অপুনবা পুম্বা থাদোক্নুনা মখোন থোক্না কপ্লকই।

ঙসিদি থম্মোয় অনীগী ঈহৌ মপান নাইদে। পিরাংগী ইচাও-অমগী মথংদা অমা লাকই। ইচেনগী শাফুনা থম্মোয়গী মৈচাক তাওথোরকই।

খঙদে অসুমনা কয়াম কুইনা পিরাং নোংজু চুথরকখিবা। ঙসি কায়নরব্রবা থম্মোয় অনীগী উনবা নুমিৎনি।

নুংশিনবসু করম্বা? অমনা মমিৎ তাংলবা মশক থীরবা লায়রবা মীগী মতেং লৌরবা মাগী সংসারদা কনাসু লৈতে। অতোপ্পদুনা যৌবন লোইখ্রবী ফজদ্রবী, অহল ওইরক্রবী, মঙোন্দা কনাগুম্বা নিপানা মীৎনা ফাও য়েংবীদ্রবী।

তৌইগুম্বসুং মবানীগী থম্মোয় কয়া ফজব্রবা? কয়াদা মঙ্গলগী মশক ওইরবা। করম্বা অবাংবা পোৎশক্না শাবনো? ঈশ্বরনা মাগী খূৎ হৈবেদু পূন্না হৈথবগুম অঙকপা নত্তে, মখোয় জাতি দেশ, ধর্ম্ম অমদি খেন্নবা পুম্বা লাহোক্নুনা অমনা অমবু থিরক্নুনা অমত্তা ওইখরে।

জীব অনীগী অনী ওইবা মতৌ মাঙখরে। অমত্তা ওইবগী মতৌনি। হকচাং অনীদা থবায় অমত্তা ওইবনি। সংসারগী মঙ্গল পুম্বা মবানীগী শরুক ওইরকই।

শীলা অমদি মধুসুদন? মধুসুদন অমদি শীলা?

ঙসি অহীংসু মবানীগীদমক তেল্লী। মবানীগী অশেংবা নুংঙাইববু চাংদম্লনবা পোৎ থিবা ফংদে মবানীগী অশেংবা নুংঙাইবা থম্নবগীদমক পৃথিবীসু পীক্লবনি।

# নুমিদাংবাইরম

## শিবা চণ্ডবগী মরূপ

য়াম্না লাপ্না ইউরোপ্তা লান হৌরে তৌইশুম্বসুং ময়ায় ওইবা ভারতকী উমংগী খুঙ্গংসিদা হৌজিকসু থৌদোক্কুনা শোক্তে। মফমসিগী নুতিগী পুন্সি য়াম্না মপুং ফানা ইং তপ্না চৎলি।

দেবগড়গী চীংশাংগী মনাক্তা নক্না লৈবা ফজরবা লমদমসি খা থংবদা কনহান তুরেলগী মপাল ফাওবা শন্দোকখ্রি। ঙসি ফাওবা মীওইবগী অরাংবনা য়ৌবা ঙমদ্রি। মফমদুদা ঙসিসু নোংচুপলোমগী সভ্যতাগী দূত, হায়বদি কয়লাগী খোং ফেক্তরীশিং, চৎথোক-চৎশিনগী অচৌ অচৌবা পাম্বে অমত্তা থুংলদ্রি। অপিকপা খুরবা রেল লাইন অমদি অপিকপা পক্কা সড়ক মফমসি ফাওদুনা থাপ্না চৎখ্রি। করিগুম্বদা লম্বী মাংলবা লোড়ীগী মখোল, ইংলবা লমদমসিদা ঙাইহাক্কী ওইনা নিল্লম্মী। মসি নত্তনদি প্রকৃতিগী ফজবনা মপুং ফানা পুন্সিল্লবা লম মচেৎ অসি য়াম্না ইং-তপ্না পুক্লিং চঙনা লৈজবি।

মতম অমদা অপিকপা দেশসি প্রান্তসিদা নংত্রগা গোওবানদা য়াম্না মগুণ লৈরম্মী। মফমসিদা লৈরিবা অতেক অকাইশিংসিনা গোগুশিংগী মতিক মগুণ উৎলি। অসিগুম্বা অতেক অকাইশিংসিনা করিগুম্বা লোল থোক্রম্লবদি, মতমদুগী নুংঙাই য়াইফবগী বারী কয়া অমদি হৌখিবা মঙাল লৈরম্বা মতমদুগী করম্বা বারী লীরকঅমগনি?

সন্ধ্যা হৌখরে। অকুংবা জঙ্গলদদি থুনা মম্মী। মরমসিনা অহীংনা য়াম্না থুংনা মাগী সমাজ্য শন্দোক্লকই। শিথরকপগী অহীংনি মরমসিনা নক্ষত্রশিংগী নত্তনা অতৈগী মতেং লৈতে।

মতমসিদা জঙ্গললোমদা লম্বী অমা অপিকপা স্টেসন থাদোক্কুনা লাকই, মদুদা নুপা অমা মখুত্তা চৈ পায়দুনা লম্বী কক্তুনা লাকই, মহাক্কী কৃষ্ণগী কুচু বাং চাওরবা

মশা অমদি শেগাইরবা ফিরোন উরুবদা মহাকসি গোগুনি খণ্ডই। মাগী খুৎচৎতু উবদা লম্বীসি মানা খঙলবা মাল্লি। খোঙথাং খুদিং খঙলবনি।

মাগী তুংদা চহী ময়াই চল্লবী নুপী অমা চৎলি। মখুত্তা চৈ অমা পায়, মদুগী মতেং তোইনা লৌরি। মহাক অকিবা অমদি চিংনবগী মওং মাল্লি, ফিজেৎ-চাকশেত্তি সহরগী লাইরিক হৈবী, ময়াই ওইবা নুপী মাল্লি। মাহক চৎনা চৎনা চোকথবকই, লোক খুরকই, নুংশা শ্বর হোল্লী। ঙাইহাক লেপ্পী মদু উবদা গোগুদুসু লেপ্পা তাই, মহাক লম্বী তাকপা ওইনা তৌই। নুপীদু পাঙ্গল খোমজিন্দুনা অমুক চৎপা হৌরকই। নুপাদুনা মাগী ঙমজদবা অমদি শোল্লবদু খণ্ডই। মাবু থৌনা হাপকৎনবা হায়রকই— "হৌজিক শরদা ঙাইরে বাথলিবা, ইমা"

কয়াম বাথলিবা ওইদুনসু মহাক্কী পূক্লিং থৌগৎপা বাহৈদুনা নুপীদু থৌনা হাপ্তুনা অমুক চৎপা হৌরকই অদুগা মহাক্কী কংলবা অমদি তাইরবা মায়থোঙদা মোমোন নোক্লকই অমদি মায়থোঙ মকা লাল্লকই।

মহাক মশা ঙমদরে হায়বা তশেংনা উরকই। মশা ময়াং কংই, মমিৎ কুথলে, খজাইগী শরু মপান থোক্লে। মাগী লোক খুবগী মখোন্দু জঙ্গলগী অহিং অচিকপদা, কিনীংঙাই ওই।

অদু ওইদুনসু মহাক্কী থৌনাদি অঙকপনি। মশা ঙমদ্রবা ফাওবসিদা সন্ধ্যাগী গাড়ীদা মফমসিদা কুমথরকই। মশাগী পোৎ খবাদু মান্তরদা শিনরম্লগা গোগু সিবু লম্বী তাকহন্দনা লাক্লীবনি।

অহীংদু মশ্মী লম্বী খঙদবনি জঙ্গলগী লমনি। গোগুদুসু অনৌবা মীনি। অদুবু মাগা মতোমতা চৎপদা অকিবা লৈতে। মানা থুংলুবা পামীবা মফমদুগী বাখলদুনা তশেংই। অতোপ্পা বাফমগী মরমদা খনবা পামদে। দরকারসু ওইদে। গোগুবু উবদা মিনিট অমা বারী শাবদা মাবু থাজে, মহাক অফবা মীনি, খুদোংথীনিংঙাই ওইদে, মীনম্বা য়াওদে।

মরমসিনা মাগী মতুং ইন্নকপনি। চিংনবা লৈতে, অকিবা ফাওদে, জঙ্গলদা পুবা য়াই, কৈগী মকোন্দা পুবা য়াই, চীংগী মতোন্দগী ইন্থরকপা য়াই মদুদা মানা কিবা লৈতে। মাদি চুম্না চিন্ত্র তৌদনা লাকই। চৎনা চৎনা লম্বী তাকপা নুপাদো খংলেপ

লেপ্লী। হবাওনা কৌবকই— য়েংঙউ ইমা।

নুপীদুনা উরে অমম্বদা থাওমৈগী পিক্রবা মৈঙান অমা উবা ফংই। অমবু ওইববসু মফমদু মীওইবগী লৈফম্নী হায়বা খঙই।

মহাক মৈঙান্দুগী মাযগৈ যেংদুনা লেপ্লী, সন্ধ্যাগী পীক্রবা থাউমৈগী মৈঙান্দুদা, আশা, নুংঙাইবা, থৌনা অমদি পুন্সিগী অমৃত ফংজবগুম্নী, মহাক অদু থক্লী। মশা পুম্বা অঙকপা মওংদা নিকপা হৌবকই।

মহাক লাকপগী অবাবা খরা মখৈ কোকখেবে। মপূক্লিংদা থৌনা হাপ্লকই। থাপ্লা অমদি শাংনা লাকপগী অবোইবসুনি। মাগী পম্বুংদুসু নক্রবনি। অমুক মহাক চৎলকই।

ফালং অহমলোম চৎলবগী তুংদা মঙান্দু শেংনা উবকই। মদুগী মনাক্তা মৈখুগুম থোক্লককপসু উই।

মনাক্তা য়ৌবগা উবে, জঙ্গলগী ময়াইদা অহাংবা মফম খবা লৈ, মদুদা অচৌবা লৌবুক অমা লৈ, মদুদা খোঙ লম্বী অমা লৌবুক্কী ময়াইদা চথলি। মদুনা খাংপোকলোমদা চঙলি। মঙালদু খাংপোক্কুদগী লাকপনি।

নুপীদু খাংপোক্কী থোঙ ময়া যৌবে, খাংপোক নত্তে কচচা য়ুমনি। মদুগী থোঙদু উনা শাবনি। থোঙ থিল্লুবে দং দং

মনুংদা থাওমৈদু মফম লেঙই। কনানো অমা থোঙলোমদা লাকই, থোঙ হাংলে, মদুদা অহল ওইরবী নুপী অমনা কেন্দন পায়দুনা লেপ্লী।

"কনানো?" মহাক্লা কেন্দন্দু মথক্তা থাঙ্গৎতুনা শঙখঙদবদু মমায় য়েংই। মাযথোঙদা মঙান পীবদুনা হায়বকই মশক উবদা ঙাইহাক ঙকই অদুগা মশাবু ফাথজদুনা হায়বকই "কনানো? পম্বা?"

"ইচে শীলা"

অসুম কৌবদুনা ইংলপ্লা নুপীদুনা মহাক্কী ঙকশমদা কোনশিনখি। হীক হীক কপ্লা হৌবকই অমুক থাদোক্লবোই হায়বগী মতাগুম চেৎনা কোনশিল্লকই।

শীলাদু মশাগী পিবাং থিংবা ঙমদে অদুগা থিনেবসু হোৎনদে। মহাক্লা পম্বাগী মকোক্তু মথাদা কোনশিল্লী, মশমদা মখজাইনা ঙাশিল্লী। নুপী অনীমক্কী পিরাং ইচাও হৌবকই।

গোও লম্বী তাকপদু লেপ্পা লেপ্পা দৃশ্যদু য়েংলি অদুদগী চৈ পায়দুনা চৎবা হোৎনৈ অদুদগী অমম্বদা তিনখ্রে।

নুংঙাইবগী ইহৌদু খরা ময়েং তারে। শীলানা হায়রকই— "হে পদ্মা, নঙ অকম হৌরে"।

"অকুমদি নত্তে, চৎনা চৎনা চোকথরে, চহী কয়াগী মতুংদা ঙসি অসুক শাংনা লাক্লীবনি মরমসিনা হকচাং শাগৎপা ওইরিনি?"

"নত্তে নত্তে মদুগী মরম নত্তে, নহাক নশা ঙমদ্রবনি। চৎলো, হিপ্পুনা পোথারো।"

মতমসিদা মনুংদগী খোঞ্জেল তারকই— "কনানো? শীলা?

পদ্মানা কুইনা খঙখিবা নুংশিববা খোঞ্জেল তাবদা মাগী লমশাং লাকপগী অৱাবা কোকখিবনি। হকচাংদা ইথক ইপোম নাইনা নিক্লকখি।

"ঐখোয়' পদ্মানি" শীলানা হাযরকই।

ওহো! পদ্মা! অসুক কুইববগী তুংদা লেংশিনবীরকউ, তরাম্না ওকচরি, ঐখোয়গী লাইবক ফবনি, অদোমগা উনজবা ফংলিবসিমক।

পদ্মাবতী চন্দ্রা মীনুংশিগী বাহৈশিংদু তাবদা মশাবু লাইবক ফৈ খঞ্জে। অসিগুম্বা অশেংবা নুংঙাইবগীদমক অনাবা ফংলবা হকচাং পুদুনা মদোম তারবা পুন্সিগী অপনবা পুম্ববু থাদোক্নুনা মফমসিদা মহাক লাক্লীবনি। মহাক হরাওজে। মহাক কবিসু থওইদে, কয়াম কুইনা হীংগনি, করম্বা মতমদা অরোইবা পুংফম লাক্কনি।

ডাক্তর মধুসুদন মাগী ফমুংদা কম্বল ইন্দনা হিপ্লম্বনি পদ্মাবু মনাক্তা ফমহল্লি। মহাক্না পদ্মাগী মখূৎতু নুংশিনা শোকপদা নুপীদুগী মশাদা বিজলী করেন্ট চেলবগুম খল্লী।

মিৎকুপ অমগী মনুংদা পদ্মানা মধুসুদনগী মখূৎতগী নাহোক্নুনা কম্বল মনুংদা মধুসুদনগী খোঙদা থল্লকই। মাগী শাববা নীক্লবা মখূত্নুনা ডাক্তরগী মখোঙ নোইরকই।

অসুম্না তৌবদা মানা খঞ্জে, সংসারদা মসি নত্তবা অতোপ্পা অপাম্বা লৈতরে। করিগুম্বা পোৎ অমগী দরকার ওইদবে। অদুদগী শীলানা পদ্মাবু লুম্না ফমুংদা হিপহল্লে। অশাবা শঙ্গোম থক্লবা পীরকই। পুং ১/২ রোম পোখাহল্লবা মতুংদা মহাক খরা ফরকপগুম তৌই। মাংলুরবা পাঙ্গল হল্লকপগুম তৌরকই। শীলা মাগী নাক্তা সেবা

তৌদুনা ফন্নী।

"ডাক্তর তুমখ্রবরা?" পদ্মানা হংলকই।

"হোই পদ্মা, মহাক থুনা তুম্মী, অয়ুক ঙন্না হৌবা মহাক্না পাম্বা নৎত্রা?"

মপান্দা ইংই, শীলানা লৈরংদা কয়লা খরা্ হাপচিল্লী। পদ্মানা শুপ্পবা কম্বল অমসু পীরে, মশাগীসু শাল অমা পুরকই। নুপী অনীদু ফমুংদুদা নকশিন্না ফম্না ফম্না অমনা অমগী বারী নুংশিননা শান্নরি। হংনরী।

"চহী কয়াগী মতুংদা উনরিবনো? ইচে" পদ্মা হংলকই।

"হোই চহী তরামঙাদগীদি হেল্লে।"

"মতমদুদগী জঙ্গলসিদা লৈবরা?"

"হোই, জঙ্গলসিদা লৈ"— শীলানা নোক্নুনা হায়রকই।

পদ্মানা উরকই— শীলাগী মায়খোঙদা অশেংবা নুংঙাইবগী অমদি অপেনবগী মমি তাই।

"নুংঙাইরিদনা ইচে?"

"তশেংনা নুংঙাই, পুক্লিদা নুংঙাইবগী কল্পনা তৌজবমক ঐনা ফংজে। ঐখোয় অতোপ্পা অমা অমুক পামদে।"

"খুদোংথীবা থৌদোক্তুগী মতুংদগী মফমসিদা লৈরকপরা?"

"হোই, মফমসিদা, অমুক ফাও সহর চৎলুদ্রি।"

"জঙ্গলসিদা মতম লেনবা ঙম্বরা?"

"হোই লেল্লী, মতম মপুং ফাদে, নুংথিল পুং ২৪ সু বাৎনা উই। অমুক নুংথিল অনাবশিংগী সেবা, মরক্তা লৌ-শিংগী থবক, সন্ধ্যাদা লাৎচরিবগী সেবা, বারী শান্নবগী মতমসু ফংদে।"

"মফমসিদু হোসপিটাল হাংদোকপরা?"

"হোসপিটালমক হায়বা য়াই, হোমিয়োপেথিগী লায়েং তৌই। মহাক্না পাউতাক পী, ঐনা হিদাক পী।"

"নখোয়না লৈনবগীদমক মফমসি করিগী খল্লীবনো? ইচে?"

"মসি মহাক্কী মপা-মপুগী লমনি ঐখোয়না একর খরা্ অমসু লৈরে। খরা্

লৈহৌবা পৈশাদো লমসিদা থাদরে। লমসিদা মাগী মমা-মপাগী হকচাং তিনখ্রিবনি। মাগীসু তিনজনীংই। মফমসিদা লৈবদা স্বর্গগী নুংঙাইবা ফংই।"

"নহাক হৈনীংদবা পোক্তবরা?"

করিগী হৈনীংদবনো? নুংশিবদুনা মপানগী মিহৌবা অমদি হকচাংগী শুমহৎপদা ওইরবদি হৈনীংদবা শোয়দবনি তৌইগুম্বসুং নুংশিবদুনা আত্মাগী মমতাদা য়ুমফম ওইরবদি থাদোকপা অমদি সংযমগী রথ চক্রনি। মতমদুদা নুংশিবদু তশেংনা মেঙুলবা অশেংবা অমদি তুংকোইনা লৈহল্লী। মসিদা অমাঙবা লৈতে, তাবা লৈতে, লোইবা নাইদে অমদি নোংমা নোংমগী হেনগৎলকই অদুনা ওইরকপা তশেংনা মনুং ফাওনা অমদি মঙ্গলগী মশক ওইরকই। মসিদি ঈশ্বরগী শেংলবা বরনি। মসিগীদমক্তা ঐখোয়গী থম্মোয়না তৌবীমল মপুং ওইনা ফোংদোকচৈ। হকচাং অমদি মায়থোঙ দা ময়ী তারকই তৌইগুম্বসুং Heart knows no wrinkles অদুনা হৈনীংদবা করম লৈরুগনি ইনাও।"

শীলাগী মায়থোঙদা লৈরংগী মঙান্দা মঙাল লৈনা লংখৎলিবদু পদ্মানা উরকই। পদ্মা মশাসু নুপীনি। নুপীনা নুপীগী থম্মোয়গী অরোনবা ৰাফমবু খঙবা ঙমদ্রবদি কনানা খঙবিগনি?

তশেংবনি পুন্সিগী মরুওইবা মন্ত্র অমসুং নুংশিবগী প্রসাদী ফংনবগী শোজৈদি মখোয়না ফংলবনি। মহাক্কী থম্মোয় মখোয় অনীগী নুংশিনবগী থম্মোয়দুগী মমাঙদা ভক্তিগা লোয়নননা নোনজরি। মখোয়গী দরকার কয়াদা য়ামখিদ্রবা, অদুগা নুংঙাইবনা কয়া য়াল্লীবনো? হরাওজবা, প্রেমসু কয়াদনো?

"মসি পূন্নমক লোইনা ফরে, পদ্মা তৌইগুম্বসুং নহাক্কী ফিভমদি করম তৌরে? অদুদুম তাকউ?"

"ঐগী ফিভম করি ওইগনি ইচে, হান্নদগী ইতোমতনি হৌজিকসুনি, ঐগী পুন্সিদা তাকথোক্নবা করিবু লৈরিবগে?" অদু ওইদুনসু পদ্মানা চহী তরামঙাগী লীদুনা তাংল্লী ডাক্তর মধুসুদনগী খুদোংথীবা থোকখ্রবা মতুং মহাক অমদি শীলা নুংশিনবা উনখ্রবা মতুংদা মখোয় অনী জিলা থাদোক্নুনা লৰাই লমসিদা লৈখ্রবদা পদ্মা মফমদুদা পূক্লিং চঙদরে। মাসু মফম অমদা থবক থিদুনা মীরতকী কন্যা বিদ্যালয়দা ফরবা ফম অমা

ফংলে। মফমদুদা চহী কয়া হৌখ্রে। মবকসিদা মাগী ইমুংসু মচাই মচাই কায়নখ্রে। মনাওনুপী লুহোংখবে, মৌপ্পা নুপা অনী মাগী মাগী শেল থুমগী লম্বী তোঙানখ্রে। মমা লৈখিদবে। মহাক মতোমতা লৈহৌই। মমানা শিদ্রিঙৈ মমাঙদা লুহোংনবা যাম্না কন্না তরুবম্মী তৌইগুম্বসুং মহাক্না যাখিদবনি। মবমদি? নুপীনা নুপীগী থম্মোয় খঙবা ঙম্মী। মবমসিনা মদুগী মবম খঙবা হাযববদি সুশীলাদনা খঙলমগনি অদুগা মমানসু? তশেংবমক কনাগুম্বা নুপাগী মবীদা মাবু শুমহৎপা লৈতে অদুগা নুপা অমতগা নকনবা কনানসু উদে। মাগী নুংশিবা ওইবগনা লোৎচবিবদু মাগী থম্মোয মন্দিবদা পূজা তৌবিবদুনি। মদোমপানবা পুন্সিগী পোৎলূম হকচাংদা মমি তাবা হৌবে। মহাক শোল্লকলবদা যক্ষমাগী মকোন ওইবক্রে। অদুদগী মহাক হকচাং ঙম্লক্তবে। অবোইবা মতমসু নকশিল্লক্রে। অদুদগী থবক্তগী তোক্রে। অবৈবা খবা পুনশিন্দুনা থম্বদু পুদুনা শীলা অমদি মধুসুদনগীদা চঙজফম লৌবা লাক্লীবনি। চহী তবামঙাবোমসিদা লাইন অমদা চিঠি চৎনদে। কবম্বা আত্মাগী থাজবনো মাবু মফমসিদা চিংলক্লীবা? অবোইবা মতমদা মহাক মফমসিদা চঙজফম ফংগনি? শিবা তাববসু, মীৎ উইশিনবা তাববসু নুংশিজববা মবানিগী মনাক্ত অমদি মধুসুদনবু অবোইবা ওইনা যেংজবগা শিবা পামজখিবনি।

শীলা মসি পুম্বা খঙববা হাযবসু নত্তে, শীলানা থাদোক্তুনা চৎখ্রবা ফাওবা ডা মধুসুদনগী খুদোংথীববা মতমদুদা ব্বাববী নুপীসিনা থাদোকখিদবনি।

মতমসিদা কনাগীসু মতেং লৈত্রবদা অবোইবা মতমদা শীলা অমদি নুংশিজবা মীওইদুগী মবন্না খবা নুংঙাইবা ফংগবা অমদি নুংঙাইনা ইংনা শিজখিবগী অপাম্বনি। মবমদি পদ্মা কুইনা হীংলবোই। হাযবসি হৌজিক মহাক্না খঙজববনি। মবমসিনা মতৌ অসুম্না পদ্মাগী অব্বাবা পোৎলূম খবা যাংহনবা ঙম্লবদি মহাক্কী তৌবীমলগী শরুক খবা শিংবা ঙমজগনি খন্দুনা পদ্মাবু তশেংনা আত্মাগী ওইবা থৌনাগা লোযননা ওকচবনি। মহাকসি মখোয়গী থব্বাযগী অমদি আত্মাগী খাইদোকপা যাদ্রবা শরুক অমনি খল্লী।

পদ্মা নুংশিবগা লোযননা তবাম্না ওকপিবসিদা পুন্সি মহৈ যাক্লে খঙ্গে। হৌখিবা পুন্সিদা ফংজখিবা ববদো হৌজিক শেংদোকচবে। হৌজিক খোইথুম্নববা ফিজিসিদা

অরোইবা মীৎ উইশিঞ্জবা অসি নত্তনা অতোপ্পা অমা পামজদে।

অহীং য়াম্না হৌজিনখরে, মরমসিনা শীলানা কম্বল শুপচিন্দুনা মা তুমহল্লম্মী। মাগী লায়বক্তা চুপ্পদুনা হায়রকই— "হৌজিক তুম্লো, ইনাও য়াম্না চোকথরবনি হয়েং ব্বারী শাসি।"

শীলা চৎখ্রে, তৌইশুম্বসুং পদ্মা তুম্বা য়াদে, ঙাইহাক লৈতনা অসুম নুংশিনবা জুরাদুগী মরমদা খন্দুনা লৈ। পুম্বিগী সন্ধ্যাফাও মখোয়গী অশেংবা প্রেম্না কয়া ফজরবা ঈশৈগী মশক লৌরিবা! মানা খল্লী, মবানীগী নুংশিবসি ভোগ নৎতে, থাদোকপনি, নুংঙাইবা নত্তে, সাধনানি। মখোয়গী থম্মোয়নুং নুংশিবনা থুমহৎলকই, মসিদা মখোয়গী থম্মোয় পীকশিনবা নত্তে, পাক-চাওথোরকই, মদুগী অকোইবদু সুপ্নগী নুপী অমা অমদি নুপা অমা সুপ্পাগী নং ঐ নত্তে, মদুদা গোগু পূম্বাসুনি। কোরকুম্মুনি ভারতকী লায়রবা অমদি অরাবা অঙাংশিংসুনি। মসি লৈবাক্কী নুংশিৎনি, আতিয়ানি, সংসার পূম্বনি। মসিদা মাগী আত্মা রক্ষা সংসার পূম্বাগী মহাক অত্মাদুগী মওং অমা ওইখি। মহাক প্রভুগী খুদম নত্তনদি অতৈ করিনো?

অহীং নোংযাই ওইরে, সংসার পূম্বা ইংনা অমদি লেঙদনা লৈ তৌইশুম্বসুং পদ্মাগী থম্মোযদা শান্তি লৈতে।

মরক্সিদা অহীংগী অচিকপবু চিংখাইদুনা ঈশৈগী শ্বর ছন্দ খরাগী ইপোম মাগী নাকোংদা তারকই। অহীং হৌখ্রবা মতমসিদা শেংলবা ঈশৈসে করোমদগীনো?

মানা পূক্নিং চঙনা তাই—

সিতারদা নীলাবরী রাগগী শুর লহরীনা জগোই শারকই। মদুদা হব্বা-নুংশিৎ পূম্বা মখোন্দুদা ইহৌরকই।

ঙাইহাক লৈরগা কনাগুম্বী নুপীগী কোকিলবু ঙমজবা খোঞ্জেনগুম ঈশৈ লাংতক্নবা শ্বরদা তারকই—

"ঐগী পোকপা শিবগী মরূপ

ও মীবাবাইগী ফজরবা ভজননি। পদ্মাবতী মাগী থব্বায় পূম্বা নাকোংদা পুনশিন্দুনা তাবা হৌরকই। শ্বর ইচম চম্মী অদুগী মতুংদা থম্মোয়দুদি কয়াদা হরাওরিবা, পূক্নিং থুমহৎলিবা অমদি কয়াদা লাংতক্নরিবা?

মহাক মন্ত্রনা শুমহৎলবা লিনশুম শুবদুগী মায়গৈদা মফম খঙদ-চিংখিবস্মী। কবম্না ফমুংদগী হৌগৎখিবা, কবম্না স্বর্গীয সংগীততুগী মাযগৈ ওন্দুনা চৎখিবা মসিগী মহাক জ্ঞান লৈতে। মফমদুদা চৎপা মতিক চাই নৎত্রগা চাদে, অদোমদসু পূক্লিং চঙদে।

অমুক তাবকই—

"কায়নজবোই নহাক্কা অহীং নুংথিল"

মহাক হেন্না নক্লা চঙলুই, তাবকই—

"অবাংবদা কা-কাদুনা লম্বী যেংজকই

কপ্না কপ্না মিৎস্নাসে চোকথবে"

মসি শক্লা শক্লা শক্লীবীগী থম্মোয কপ্লকই, মসিদা কযাদা লাংতক্লবিবা কযাদা খৌবাংলিবা?

মহাক্লা উবকই, মতৈ মনাওগী তুমফম কাদো থোঙ লোনদে কাচিন্দা কেন্দল পীক্লা থাল্লি, মানা লেপ্লীবা মফমদু মপূং ফানা মস্মী। মহাক্লা মনুংদা যেংলুই মদুদা উবকই।

শীলা সিতাবগা লোযননা বসনা থল্লবা ভজনসি শক্লী, মহাক্কী য়েৎ থংবা তম্বাক্তা সিতাব অদুগা ওইদা ডাক্তব মধুসূদনগী কোক মোনখাংনবি। শীলাগী ওইগী খূৎ শাশিংনা সিতাব খোংলি, যেৎকী খূৎশাশিংনা ডাক্তবগী থবাক্তা থল্লী।

মেঙলবা মঙান্দুদসু পদ্মানা শীলাগী মীৎলুদা পিবাং ইহৌনা চেম্বক্লীবদো উবকই অদুগা ডাক্তবগী মিৎলুসু অমহানি মবমদি মবক মবক্তা মহাক শীলাগী ফিজিনা মমীৎ তৈথোক্লী।

শীলানা গতিগী অবোইবা পবেং শকই "মীবাগী প্রভু শুমহৎনীংঙাই ওইব্বা/হবি চবন্দা থম্মোয় চঙজৈ/মীকুপ্তু নুংশি শকতম যেংজৈ/ যেংল-যেংল নুংঙাইজৈ/সুবদুদা মশাগী থব্বায পূম্বা, লৌশিং পূম্বা হৈথবি। মহাক শক্লী, আত্মাবু কাউথোকপগুম, জ্ঞান মাঙনা লাকশিনবা ঙমদনা।

পদ্মানা ফমদুযা মন্ত্রনা শুমহৎপগুম লেপ্তনা লৈবি। মখোঙদু মফমদুদা ফাজিনখবে। জ্ঞান পূম্বা মাঙখবে, মপি ইবা চেক্লী অদুগা থম্মোয়দি হবাওজৈ মহাক কবিগুস্বা

অমগী জ্ঞান লৈতে। মশামক মাগী অকোইবগী ফিভম, অহীংদুগী, পুন্সিগী সংসাবগী কনাগীসু লৈতে। পিবাং শিন্থরকপনা মরম ওইদুনা মাঙদা লৈবিবা দৃশ্যদু ময়েক শেংলক্তে।

অদুবু নাকোংদা ঈশৈগী অশেংবা স্বরদি শেংনা তারি—

মহাক্না খল্লী, গতিগী খোইথুম্নরবদুনা মাগী আত্মাবু খণ্ডদে করম্বা পুন্সিগী মফম অমদা থাঙ্গৎত্তুনা থম্বীরিবনো? অমুক খল্লী, সংসারগী ব্রহ্মা সঙ্গীতকী খোম্থাংনা মাগী পূক্নিংদা খোম্থাং য়েরুরি। অসিগুম্বা দৈবী শক্তিগা লোয়নরবা মীওই অমদি অহৌবা মীওই খুৎশেমগী শকক অমনি। মসিনা ঙসি ঈশ্বরগী মণ্ডানগী থৌওং উই। মহাক মাগী লায়বক ফবগীদমক চাওথোকচরকই।

অসিগুম্বা অশেংবা দৃশ্যসি উরুরগা মকোক নোনজরকই। পিরাংনা লৈমায়দা তপ তপ তারকই। মন্দিরদা ঈশ্বরগী পূজাগী পোৎলম কৎপগুন্নী।

অসিগুম্বা পূজাগী পোৎলম কৎপগী মতমসিদা পুন্সি অমদি শিবগী লৈইসে কয়াদা মমশিল্লক্লীবা? মশা ফাও মদুগী জ্ঞান লৈজদরে।

## লোইরবা

## অইবীগী ২০০৪ দা ফোঙখিবা নির্মলা, অহীংগী ঈশৈ হায়বা উপন্যাস অনীমক্তা পীনরকপা মতশিং

'অহীংগী ঈশৈ' উপন্যাস অসিদা অঙকপা ময়াই অমা য়াওরি। মসিনা পাবা লোয়ন্ত্রিফাওবা হৃমদুনা পুখি।

-ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী, এপ্রিল তাং ২৩ ইং ২০০৫ থাংজ ,থৌদাং

ওজা ইবুংঙো কুঞ্জমোহন অথোইবা অতিথি য়ারোল্দা- ওজা ইবেতোন ঙাওরে, তশেংনা অঙাওবা নুংশিৎ অমা লোয়নরে হায়বিরি লোয়ননা ওজা ইবেতোনগী তুংইনবা অঙাওবা খরসু লোয়নরমগনি হায়না সহিত্যদা ঙাওজবা খুৎঙাওগী খুৎনুংঙাইদু ময়েক শেংনা তাকপী।

- লৈশাংথেম ইবেয়াইমা তাং ১৪।১০।১০০৪ ইং ইরাই, হুইয়েন লানপাউ

ওজা বাজেন্দ্রগী য়ারোল - লাইনেনা খয়া তিন্নরগা মী হেক ওইরম্মী মীনেনা খল্লুরগা লাই হেক ওইরম্মী' ওজা ইবেতোনবু লাই ওইরম্রে হায়না থাগৎপীদুনা পুক্লিং থৌগৎপীখি।

- লৈশাংতেম ইবেয়াইমা তাং ১৪।১০।২০০৪, ইরাই , হয়েন লানপাউ

অনুবাদ হায়বসে অরায়বা থবকসু নত্তে। উপন্যাস মশাগী নুংগী ওইবা শক্তমসু কায়হনবা য়াবা নত্তে। মসি পুন্নমক অসি খঙনা ইবেতোনা থবক অসি পায়খৎপনি। ইবেতোনগী য়াহৈগী পুক্কে লনগৈ চাউই। য়াহৈদা কমান্দ লৈ। শীজিন্ননীংবা মফমদা মওং তানা শীজিন্নৈ। লোন অমদগী হন্দোকপনি হায়বা খঙহন্দে। পাবদসু অপনবা পীবা লৈতে, জর-জর চৎথে।

-খাইদেম প্ররমোদিনী তাং ২।১২।২০০৪ ইং শগোলশেল, পোক্লফম

মণিপুরীদা হন্দোক্লিবনি অসুম পাথরকপা মতমদা অইবীগী মফমদা লোন অমদগী লোন অমদা হন্দোকপগী জ্ঞান লৌশিং খরগী পথৈ লৈ হায়বসি খঙবা ঙম্মী। মণিপুরী লোন অমসুং হিন্দী লোনগী থোৎপা মেঙবা কয়া অদু হন্দোক্লিবা অসিদা উৎবা ফংঙি।

- ইবোসনা য়াম্বেম, তাং ৯।১।২০০৪ ইং নোংমাইজিং , পোক্লফম

লাইরিক অনীসিগী মনুংদা য়েক্লিবা চরিত্রশিংসি মরীক চুম্না অইবীনা হন্দোক্লি। থোইদোকপা মখলগী প্রমান পাম্বে চুননা অইবীনা মফম চান-চানা হাপ্লি। প্রোগ্রেমশিং মশক থোকহল্লি, য়াম্নগী লনগে চোল্লি।

-যুগেশ্বর য়াইখম তাং ২৪।১০।২০০৪ ইং , য়াকাইরোল

ওজা মোইরাংথেম রজেন্দ্রনা হায়খি- অনুবাদ লাইরিকশিংনা পীরিবা খুদোংচাবশিং উরকপদা গুসি পুথোক্লীবা লাইরিক অনীসিনা ঐগোন্দা তাক্লি- ঐগী হন্না খঙ্গক্রবা ওজা ইবেতোনদুদি ওইরমদ্রে। হালেংবা নৈত্রবী মুর্ত্তি অমগুম ঐগী মাগুদা চোংথোরক্রে। লীগু হৈবী, মখুৎ চুম্বী অমগুম থোক্রে। মহাক্কী খোজেনা সাহিত্যগী অশেংবা মহাও তংনীংবা চানিংবগী লাগুতকনবদু মশক নাইবা হিন্দীগী অইবা অনীগীদমক্তি পুক্লিং কাথবা গুমহল্লগনি।

- যুগেশ্বর য়াইখম তাং ২৪।১০।২০০৪ ইং , য়াকাইরোল

উপন্যাস অনীবু চপ মান্নবা মণিপুরী লোন্দা মতম অমগুদা পুথোক্রবা অকনবা য়াশক অমগা লোয়ননা হোৎনবিখিবী লাইরিক অনীমক্কী অনুবাদক খাঙেম্বম ইবেতোন দেবী মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিবা মীপুম খুদিংমক্কা থাগৎফম থোকই। অনুবাদক অসিগী থৌনা লিংজেন তশেংনমক তমজানীংঙাইনি।

- ডা. লনচেনবা মীতৈ তাং ১৭।১০।২০০৪ ইং নোংমাইজিং,

সঙাই এক্সপ্রেস

প্রেমচন্দনা নির্মলানা পাম্বে ওইরগা মতমদুগী ভারতকী নৈখা তারবা খুন্নাইবু ময়েক শেংনা উৎথোক্লুনা ভারতকী প্রজাশিংগী কোক্তা অচৌবা শাফু অমা পীনবা হোৎনবনি। অসিগুম্বা উপন্যাস অসিবু খাঙেম্বম ইবেতোন দেবীনা মণিপুরী লোন্দা হন্দোক্লুনা মণিপুরী অপাবশিংদা মহাউ তংহনবা হায়বসিমক থাগৎনীংঙাইনি।

-ডা. লনচেনবা মীতৈ তাং ১৭।১০।২০০৪ ইং নোংমাইজিং, সঙাই এক্সপ্রেস

মীৎয়েং অসিদা য়েংবদা খাঙেম্বম ইবেতোন দেবীগী নির্মলা উপন্যাস অসি ফনা মায় পাক্লা হন্দোকই হায়বা য়াই। করিগুম্বা মতাংদা হিন্দীগী পাউরৌদু মীতৈরোলগী পাউরৌ অমদা অনীমক্কী য়াহন্দোক মান্নবা থিরগা হন্দোকপা থেংনৈ। লাইরিকশিংগী অনুবাদগী লোন থোৎলি, মেগুই না[illegible]অফা-অ[illegible]ন য়াওদনা চংশিনগদবা লোন্দানি।

- ডা. লনচেনবা মীতৈ তা[illegible]০।২০০৪ ইং, নো[illegible]ং,

সঙাইএ[illegible]ন



মিং : কেঐচ. ইবেতোন দেবী

লৈকম : বিষ্ণুপুর ৱার্দ নম্বর ৮

অপোকপা : খাঙেম্বম ঁগৌরাচান্দ সিংহ

অপোকপী : তখেল্লম্ব নিংঙোল ঁতামিনী দেবী

মপুবোইবা : হাওমোম কমল সিংহ

**তৌবিবা থবক :**

বিষ্ণুপুর হায়র সেকেন্দরীদগী লেকচরর ওইনা পোথাবে বিষ্ণুপুর সাহিত্য পরিষদ, বাইতর্স ক্লব মণিপুর- নম্বোল লৈকোল, ইম্ফালগী লাইফ মেম্বর ওইবি।

**ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং :**

১। ইচেম্মা (শৈরেং) ২০০৩ ইং

২। নির্মলা (উপন্যাস) হন্দোকপা ২০০৪ ইং

৩। অহিংগী ঈশৈ (উপন্যাস) হন্দোকপা ২০০৪ ইং

৪। লৈবোল শাংলে (সোনেত সিক্যেন্স) ২০০৫ ইং

৫। কুন্দো পরেংগী হক (ৱারী মচা) ২০০৫ ইং

৬। প্রেম লতা (উপন্যাস) ২০০৫ ইং

**ফোঙদ্রিবা লাইরিকশিং :**

১। নিংশিংলুবদা (ওটোবাইযোগ্রাফি)

২। থম্মোয় লৈকাবক্তা (হিন্দীদা হন্দোকপা)

৩। শোল্লবা মরী (হিন্দীদা হন্দোকপা)

৪। মানস কী কাঙহা (উপন্যাস) হন্দোকপা

৫। বঙ্গভুমি (উপন্যাস) হন্দোকপা